# শগোল গাড়ী থৌবা গুলামদিন

## অমসুং অতৈ ৱারী খরা





হন্দোকপা ঃ

ডা. থোকচোম ইবোহনবী সিংহ

ꯁꯒꯣꯜ ꯒꯥꯗꯤ ꯊꯧꯕ ꯒꯨꯂꯥꯃꯗꯤꯟ
ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯑꯇꯩ ꯋꯥꯕꯤ ꯈꯕ

শগোল গাডী থৌবা গুলামদিন
অমসুং অতৈ ৱাবী খবা

ꯁꯒꯣꯜ ꯒꯥꯔꯤ ꯊꯧꯕ ꯒꯨꯂꯥꯃꯗꯤꯟ
ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯑꯇꯩ ꯋꯥꯔꯤ ꯈꯔꯥ

# শগোল গাড়ী থৌবা গুলামদিন

## অমসুং অতৈ ৱারী খরা

হন্দোকপা ঃ

ডা থোকচোম ইবোহনবী সিংহ

অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

**Sagol Gari Thouba Gulamdin**

**Amasung Atei Wari Khara**

Selected Short Stories of different Indian languages & English, translated by Dr Th Ibohanbi Singh


অফোঙবা : থোকচোম ওংবী বঞ্জনা দেবীনা
অশাংবা কমিউনিকেসন ইম্ফালগী মহুৎ শিন্দুনা ফোঙবা।





অহানবা ফোঙবা : ওক্টোবব, ২০১৩

কোপী : ১০০০

মমল : মখুম অপাবা লুপা ১২০/-

মখুম অথাবা লুপা ১৮০/-

মখুম : আব কে মুসুকসনা দেবী

ISBN · 978-81-927033-3-6

নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

অবোক

**ওইনাম ʼতম্ফা দেবী**

অমসুং

ইমা

**বাজকুমাবী ʼলেম্বীসনা দেবী**

অনীগী মফমদা।

# অফোঙবগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎ অসিদা ঐখোযদা তত্তনা থেংনবা অৱাৎপা অমা লৈবি। মদুদি অতৈ কবিশু নত্তে, অতোপ্পা লোনগী সাহিত্য মণিপুরীদা হন্দোকপা নত্রগা মণিপুরী সাহিত্য অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা অসিনি। লোন অমদগী অমদা হন্দোক্তুনা লাইবিক ফোঙবা হাযবসি অবাইবা অমবুদি ওইদে। ভারতকী সাহিত্য অকাদেমিনা অতোপ্পা লোনশিংদগী মণিপুরী লোনদা হন্দোক্তুনা ফোঙবা লাইবিকশিংদা ট্রান্সলেসন প্রাইজ পিবীদুনা ঈকাইখুম্নবীবা কযা লৈখ্রে। মসিগীদমক ঐখোযনা চাওথোকচনীংঙাইনি। অদুবু মসিগী লমসিদা, ঐখোযগী সাহিত্যনা যাম্না মবাং কাইখ্রবা হাযবদুদি থোকত্রি। মবমসিনা ঐখোযগী লোনদা মপানলমগী লাইবিকশিং হন্দোকপগী থবকশিং ঐখোযনা ইচঙথৌনা চঙশিনফম থোকই অমদি ফোঙদোক্লবা হোৎনবসু মথৌ তাই হাযনীংই।

থমজবিবা ৱাফমসিনা মাঙদা থম্লগা ওজা ডাঃ থোকচোম ইবোহল্বীনা মণিপুরী দা হন্দোক্লবা লাইবিক **শগোল গাডী থৌবা গুলামদিন অমসুং অতৈ ৱাবী খবা** হাযবসি ফোঙদোক্লবা থবক ওইনা চঙশিনলুবনি। ওজা অসি মমাঙদা মণিপুরী সাহিত্যগী নৈনা ৱাবেংগী লাইবিক অমা যাওনা লমকোয ৱাবীগী লাইবিক অমসু ফোঙদোকখ্রবা অইবনি। কলেজদা মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্য তম্বীবা ওজা অমা ওইনা অতোপ্পা লোনগী ৱাবীশিং হন্দোকপগী মাযকৈদা চঙশিনলকপা হাযবসি ঐখোয খুদিংমক্কী চাওথোকচনীংঙাইনি থম্লুবদগী লাইবিকসি ফোঙদোক্লবগী থৌদাং লৌখ্বনি।

মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা অশাংবা কমিউনিকেসন ইম্ফালনা তোঙান তোঙানবা মখলগী লাইবিক কযা খূদোল তৌদুনা ফোঙদোকচবা ঙমজখ্রে। সাহিত্য হাযবসি সমাজ অমগী মিংশেলনি হাযনৈ। মিংশেনদা যেংলগা ঐখোযনা ঐখোযগী ইশক খঙবগুম সাহিত্য হাযবসিদা লম লমদুগী পুন্সি মহিং পুন্সিবোল কযাগী মশক

খঙবা ঙম্মী। অফবা মখলগী লাইবিকশিং ফোঙদোক্লবা হোৎনবা হাযবসিনা অশাংবা কমিউনিকেসন অসিগী পান্দমনি। মসিবু পাবীবা মাই পাকহনবিবা হাযবসিনা মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবীবা, পাবীবিবশিংগী খুত্তা লৈবে। ঙসি পুথোক্লিবা লাইবিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈহাওদা লুপচদুনা সাহিত্যগী অরাৎপা অমা মেনখৎচবা ঙমলবদি লাইবিকসি ফোঙদোক্লবগী মহৈ যানলে খনজগনি। লাইবিকসিদা যাওবিবা রাবীমচাশিং অসি ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোনশিং হাযবদি গুজরাতি, নেপালি, মলযালম, মৈথিলী, ওড়িযা, সিন্ধী, পঞ্জাবী, কোনকনি অমদি ইংলিস লোনগী রাবীমচা ঙাক্তনি। মসি কমদৌবগে হাযবদু ঐখোযগী ইবোল অসিদগী মহাও লৌবিযু। রাবীশিং অসি পাক্নবগা তোঙান তোঙানবা লোনশিং অসিবু ঙাঙলিবা জাতি কাংলুপশিং অসিগী পুন্সিবোল চৎন লোনচৎ রাখল মিৎযেং ঐখোযনা খঙবা ঙমগনি খনলি। লাইবিক অসিনা ঐখোযগী থম্মোযদা খজিক্তং ওইববসু যৈহনবা ঙম্লবদি হোৎনজবিবগী মাইকৈদগী মহৈ যাগ্লে খনজগনি।

অবোইবদা, অসিগুম্বা লাইবিক অমা ফোঙদোক্লবা হাযজক্নবদা হবাও হবাও অযাবা পীবীবক্লিবা ওঝাবুশু কমিউনিকেসন অসিগী মাইকৈদগী থাগৎচবা অমদি নুংঙাইবা ফোঙদোকচবী। লাইবিক অসি ওইবক্লবা হোৎনবদা ঐগী মরুপ ওঝা প্রিযব্রত এলাংবগী অচৌবা মতেঙ, লোইননা লমযানবা প্রিন্টর্সকী অহল লমন মরুপ মপাংশিংনা থরায যাওনা হোৎনবীদুনা মতম চানা ফোঙদোকচবা ঙমহনবীবগীদমক থাগৎচবী।

ইম্ফাল,
ওক্টোবর, ২০১৩

এ সি নেত্রজিৎ
অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

ভাবত হাযবা অসি জাতি কাঙলুপ কযা তাবা, মখল মখাগী চৎনবী নাৎ কযা লৈবা, অদুন্নদি ওইবগা অমগা অমগা পুথোক পুশিন তৌনদুনা পুন্না লৈমিন্নবা লৈবাক অমনি। ভাবত্তা লৈবিবা তোঙান তোঙানবা জাতিগী মশা মশাগী সাহিত্যগী পবম্পবা লৈজে। মখোয খুদিংমক পাক চাউববা পান ইন্দিযান কলচবেল ইথোজ অমগী মনুং চনবনিনা পুন্নমক অদু অমগা অমগা তোৎন তিন্নবা পুন্না লৈমিন্নবিবা চাউববা ইমুং অমদা পুল্লি হাযবা তাই। মবম অসিনা জাতি কাঙলুপ কযাগী ৱাবীমচাশিং অসিদা ভাবতকী ওইবা ক্রিযেতিবিতি - হাইবপ মান্নবা হঞ্জিন হঞ্জিনবা হীবমশিং, তেকনিক অমসুং পূক্লীং মতা উবা ফংই। অসিগুম্বা ভাবতকী তোঙান তোঙানবা লোনগী ৱাবীমচাশিং অসিগী তোপ তোপ্পা মহাউ খবদং তংহনজনীংবদগী হন্দোকপগী থবক অসি পাযখৎচবনি।

লাইবিক অসিদা যাওবি - ইংবাজী, ওডিযা, কোনকনি, পঞ্জাবী, মলযালম, মৈথিলী, সিন্ধী, গুজবাতি অমসুং নেপালি লোনগী পুন্না ৱাবীমচা তবামাথোই। ৱাবীশিং অসি সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙবা **কনতেমপোবেবী ইন্দিযান সোর্ট ষ্টোবিজ**, ভোল্যুম II অমসুং IV, **কনতেমপোবেবী ইন্দিযান সোর্ট ষ্টোবিজ ইন ইংলিস** অমসুং **ইন্দিযান লিতবেচব**, ভোল্যুম XXIII , নম্বব III অমসুং IV -১৯৮০, ভোল্যুম XXXIV , নম্বব II -১৯৯১, অমসুং ভোল্যুম XLVI, নম্বব IV -২০০২ দা ফোঙবা ৱাবীশিংদগী মনিপুবীদা হন্দোকচবনি। মশাগী ওইবা লোনশিং অদু খঙদবদগী ইংবাজীদগী মথাং ওইনা মনিপুবীদা হন্দোকপদা খুদোংচাদবা কযামুক থেংনজে। ৱাবীশিং অসি ভাবতকী মশক নাইববা অইবশিংনা ইবনি। অইবশিং অসি মশক খঙহঞ্জনীংদুনা 'অইবশিংবু শক্তাকপা' হাযদুনা মখোযগী শম্লপ্পা শকতাক ৱাবোল খবসু হাপচবি। ৱাবী তবামাথোই অসি খঙ্গৎতুনা হন্দোকচবিবা অসিগী থোইদোকপা

ক্রাইতেবিযা অমা লৈজদে। ভাবতকী ৱাবীমচা কযা পাৰুবদা ঐনা যাম্না ফজৈ হাযনা খঞ্জবা, পুক্নীংদা থং লাউনা পানবা অদু খঙ্গৎতুনা হন্দোকচবনি। ৱাবীশিং অসি অশং অশংবা মতমদা হন্দোকপা ওইবনা মতম যাম্না শাংনা চঙখি। চহী মঙা তকক্কী মমাঙদা হন্দোকখিবসু যাওৱে। হন্দক্তা ইকুই কুইদনা হন্দোকপসু যাওৱে। খুৎই ওইনা লৈবিঙৈদা চিল্লবা মতম কযা কাযথোক্কুনা থৱায হকচাং যাওনা পাবিখিবা, হেন্না ফজনবা ৱাফম কযা হাযবিখিবা ঐগী মকুপ অমদি ইনাও শ্রী পি বিপ্রচান্দ সিংহ, এসিষ্টেন্ট প্রোফেসব (ইংলিশ), মনিপুব কলেজগী চাউববা লমন তোক্লে হাযনা পঞ্জনীংই। মতাং মতাংগী ওইনা মতেঙ লৌজখিবা অখঙ অহৈশিংগী মনুংদা ওজা প্রো এলাংবম দীনমনি সিংহ, ডা শগোলশেম লনচেনবা মৈতৈ, ডা শীলাবমনিগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

পঞ্জনীংবা অমনা ৱাবীশিং অসিগী অইবশিং অসি অযাম্বনা লৈখিদ্রবা ঙাক্তা ওইবনা পবমিসন লৌবদা যাম্না অৰুবা অমসু ওইখি। অদুম ওইনমক মলযালম লোনগী অইবী বি চন্দ্রিকানা থৱায যাওনা মহাক্কী ৱাবীমচা ফোঙনবগী অযাবা যাম্না হবাও নুংঙাইবগা লোযননা পীবিবকপগীদমক্তা মহাক্কী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

লাইবিক অসিগী প্রুফ বিদিংগী চাউববা থৌদাং লৌবিবিবা ঐগী ইনাও শ্রী প্রিযব্রত এলাংবা, লেকচবব, ডি এম কলেজ ওভ আর্টস অমসুং লমযানবা প্রিন্টর্স ইম্ফালগী মেনেজব শ্রী তাউবেম মঙ্গী সিংহ অমসুং প্রেসকী থবক তৌবিবিবা পূন্নমক্কী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচবি। লাইবিক অসি ফোঙবগী থৌদাং লৌবিবিবা অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফালবুসু থাগৎচবি।

অবোইবদা ভাবতকী বাষ্ট্রপতি ওইবিবম্বা ডা সর্ব্বপলি বাধাকৃষ্ণণনা সাহিত্য অকাদেমি হৌদোকপগী (১৯৫৪) মীফম অমদা হাযবিবম্মি- 'তোঙান তোঙানবা লোনদা ইববসু ভাবতকী সাহিত্যদি অমতনি।' ৱাফম অসি কযা যাম্না চুম্বগে হাযবসি লাইবিক অসিদা যাওবিবা ৱাবীশিং অসি পাবগা অমুক্তং খনবিযু।

ইম্ফাল

সেপ্তেম্বব ৫, ২০১৩

ডা টি ঐচ ইবোহনবী সিংহ

# য়াওফম তাকপা


| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | **শগোল গাডী থৌবা গুলামদিন** (গুজরাতি) | গুলাবদাস ব্রোকর | ১ |
| ২) | **অশিবগী খযাৎনুংদা** (নেপালি) | পরশুরাম রোকা | ১৮ |
| ৩) | **রেবসাহিত** (মলযালম) | বি চন্দ্রিকা | ২৪ |
| ৪) | **লন-থুম ফংহৌগদবা মী** (মৈথিলী) | সুরেন্দ্র ঝা 'সুমন' | ৩৫ |
| ৫) | **যাম্না অথুবা থবক** (ওডিযা) | ক্রুসনা প্রসাদ মিশ্র | ৪৬ |
| ৬) | **অউবদি যাওদে** (ইংরাজী) | রস্কিন বোন্দ | ৫১ |
| ৭) | **খুবাক মযি যেংবা অমগী নুমিৎ** (ইংরাজী) | আর কে নারাযণ | ৫৬ |
| ৮) | **মঞ্জরী** (সিন্ধী) | লেখরাজ তুলশিঅনি | ৬৩ |
| ৯) | **টেক্সি ড্রাইভর** (পঞ্জাবী) | কে এস দুগগল | ৬৮ |
| ১০) | **সুমতি** (কোনকনি) | হেমআচার্য | ৭৫ |
| ১১) | **অকংবা লৈ** (ওডিযা) | সৎচিদানন্দ রাউট রোই | ৮৬ |
| ১২) | **অইরশিং শকতাকপা** | | ৯৩ |

# শগোল গাড়ী থৌবা গুলামদিন

## গুলাবদাস ব্রোকব

মাইথোঙ অদো মপূংফাই, মশা-মউ ফৈ, যেংবদা নীংথিজৈ অদুম ওইনমক খোইতক তৌবা মকোই অদুনা খবা মনুং কনবা, শাথিবা মীতা ওইনা তৌই। মহাক্কী কোযেৎ অদু যেংবদা যাম্নসু পীকই, ফুবিৎ অমসুং রেষ্টকোট লিৎলি অদুগা ফৈগনদগী খোঙজেঙ যৌবা পাইজমা শেৎলি, মখূৎতা শাংলবা শাজে পায, মঙক চপ তিংই, খোঞ্জেল যাম্না হৌই অমসুং নিপা থোকই। মহাক্কী শগোল গাড়ী অদুদা হেক তোংখৎপদা নিপা অসিদা কবিগুম্বা তোপ তোপ্না থোইদোক হেন্দোকপা অমা যাওবি, মদুনা মাবু মহাক্কী সমাজদগী তোপ্না তাহল্লি হাযনা ঐগী পুক্নীংদা ফাওখি।

ঐনা হাযবিবসি চুম্মি হাযবসি প্রমান তৌবদা কুইনা চঙলমদে। 'শগোল গাড়ী থৌবা, নহাকপু হিন্দুবা, মুসলিমলা?'

শগোল গাড়ী অদুনা খবা থৌবা হৌবকপগা ঐনা মঙোন্দা হংলম্মি।

'নহাক্তি কবি খনবগে?' মহাক্না মোমোন নোক্লদুনা ওনখৎতুনা ঐঙোন্দা হংলম্মি।

'ঐনা কবম্না খঙগনি? বাৱালপিন্দি অসিদা লৈবিবা মী অযাম্বা মুসলিম ওইবমগনি। নত্রনে?'

'লাল্লিদা। মফম অসিদা লৈবিবসি মী কাঙলুপ অনীখক্তনি ইনাকখুনবা হাযবা অমা, লাইববা হাযবা অমা। মফম অসিদা হিন্দু লৈতে, মুসলিম লৈতে।'

'অদুদি নহাক্তি কবম্বা কাঙলুপকী মীনো?'

'ঐবুবা? ঐদিনে লাইববা কাঙলুপকী মীনি'। মহাক্না নোক্লগা মাগী শগোলগী থোন থোন লাউবা মবেং অদুদা মশা খিংনা শাজৈনা কল্লম্মি।

মিকুপ খবগী মতুংদা ঐনা ৱাবী শাবা হৌবম্মি।

'শগোল গাড়ী থৌবা নহাক্কী নমিং কবি কৌবগে?'

'গুলামদিন' মহাক্না নোকফেৎ তৌবগা খুম্লকই।

'ব্লাহং অদো ঐনা লৈবিবা কাঙলুপ খঙবদা কান্নবা অমনি।'

ঐসু মোমোন নোক্লগা ব্লাবী শাবা অমূক হৌবম্মি।

'মফম অসিদা কাঙলুপকী ঈবাং তোযনা থোকপ্রা?'

'কবিগুম্বা মতমদা হেক থোকই।'

'নহাক্তি মদুদা চেন্নবকাদি যাওবব্রা?'

'কবিগী ঐ যাওকগনি?'

অমূক হন্না ঐখোয তুমিন্না লৈবম্মি। অদুদগী মহাক্না হংলক্লম্মি,

'*শেঠ সার্ব নহাক্তি কাশ্মীবগী লম্বীবোমদদি চৎলু লাকলুবব্রা?*'

'চৎলুবে। নহাক্তি কবিগুম্বা মতমদা মফম অদুদা চৎলুদ্রিব্রা?'

'হোই, অমুক্তংদি চৎলুবে।'

শগোল গাডীদা তোংলিবা ঐখোয খুদিংমক মাঙোন্দা মিৎযেং থল্লম্মি। ঐনা হংলম্মি, 'মফম অদুবু কমদৌবগেনে? যাম্না ফজবা মফম অমবনে?'

'অওইবমক যাম্না ফজবা জাৎনি। ঐহাক্তি পৃথিবী অসিদা কাশ্মীবদৌনা ফজবা মফম অমা লৈতে হাযনা খল্লি।'

মিনিত অনীচুপ্না মহাক্না পুক্নীং মথুম মবাং হৌহল্লিবা কাশ্মীবগী লৈকোল, তুব্রেল, ঈশিংচাইবী অমসুং উননা কুপ্পা চীংদোনশিংগী মবমদা লেপ্পুনা ঙাঙলম্মি। 'অদুগা নুপীশিংসু স্বর্গগী লাইবেম্বীগুম্না পুক্নীং হুন্না নীংথিজৈ' হাযনা থম্মোইদা নুংঙাইবগা লোযননা মহাক্না হাযবকই। অদুদগী নুংশা মপী অমা হোম্বগা হাযবকই,

'অদুবু মফম অদুদা লৈবিবা লাইববগী ফিভম অদুদি কিনিংঙাইনি।'

মহাক ব্লা ঙাঙবা লেপ্লম্মি, মমিৎ অদুনা কদাইদনো অমা যেংথোকখি। অদুদগী মিৎযেং অদু অকক্লবা মফম অমদা অপান্ননা যেংখি অদুগা ঐগী মিৎযেংসু মাযকৈ অদোমদা লৈশিল্লম্মি। নুপী অমা লম্বেল অদুদা চৎলম্মি। মহাক্কী তুংযান তাবা শকক্তমক উবা ফংলম্মি, অদুবু মহাক্কী খোঙথাঙ অদো কয়ামুক যাম্না চীংলেম্বগে হাযববু কনাগুম্বা অমগী মিৎযেংনা মদুবু উবব্ববদি খক নাম্থোকপা ঙম্লোই। ফৈবোমদগী খোঙজেঙ যৌবফাওবা মুগাগী পাইজমা কুপশিল্লি, পাশোৎকুম ভৌববা ফিস্না মাগী হকচাং কুপ্লম্মি। মাঙগী থাখুম অমগী ফীজিন অনীনা তুংদা হাইথদুনা মহাক্কী খোঙথাঙ

অদু চীং-লেমহল্লি লোযননা নান্না কোইলাস থাববা নুংঙাই নিংঙাই লৈতবা লম্বেল অদু ফজববা অমদি নুংঙাইববা দৃশ্য অমা ওইহল্লি। মিনিত অমগী মনুংদা ঐখোযগী শগোল গাডী অদুনা মহাকপু হেনগৎখিবম্মি। গুলামদিননা মখূৎ নামা শগোলগী খূর্জি থাদোক্লগা মকোক নোম্থবগা নোকফেৎ তৌবদুনা মেঙলবা খোঞ্জেলদা হাযবকই - 'সলাম অলেকুম।'

'নঙোন্দসু মদুমক ওইবসনু' হাযনা নুপী অদুনসু নুংশিবা খোম্থোক্লা শোল্লম্মি। ঐখোয অদুম থৌথবে। চুমদ্রিং চুম্বা, নাল্লবা মপূং ফানা পাক্লবা পূক্লীংদা থোইনা নুংঙাইনিংঙাই লৈতবা বাৱালপিন্দিগী লম্বীদা। ঐগী মিৎযেংসু মিকুপ অদুদা নুপী অদুদা থম্লুই অদুবু খুদক অদুদা মহাক্কী অতবগুলাপ মচুগী খজাই, তিংলবা শবান, ঈবাং থাংলবা ফজববা খোইতকপা চীনবান, পূক্লীং হুনিংঙাই ওইববা কোইবাউনবা মিস্না অমদি মপূং ওইনা যেংবদা চীং লেম্লবা শক্তম অদু ঐগী থম্মোইদা কাউবা ঙম্লবোইদবা মমি তাখি।

ঐগী পূক্লীংদা খনখি-মসিগী শাগোল গাডী থৌবা নিপা অসি বোমান্তিক ওইবা মীতা ওইগনি। ঐখোযনা হেনগৎখিবা নুপী অদুদা মহাক্লা হুবান হুবান হন্ন যেংবদো ঐনা উবম্মি। কবিগুম্বা বাবেপ অমা লৌগদবগী হোৎনবগুম মহাক বাখল খনবা মাল্লি। অদুদগী খঙহৌদনা মহাক্কী শগোল গাডী অদো লেপহন্দুনা চোংথখ্রে অদুগা লম্বী অদুদা চেনখ্রে।

'মখোয অনীগী মবক্তা কবিগুম্বা খবদি লৈবম্বা তাই।' ঐগী নুপীনা হাযবকই।

'নুপী অসি মশক ফজে।' ঐনা খুল্লম্মি।

'বাবা কবিগীনো মহাক্লা নুপী অসিগী মনাক্তা চৎখ্রিবদি?' ঐগী ইচা অমনা হংলকই।

অদুদগী ঐখোয তুমিন্না মখোযদা যেংদুনা লৈবম্মি। নিপা অদুনা নুপী অদুদা কবিগুম্বা খবা যাবিবক্লবা হাযজবগুম তৌবা অদুদা নুপী অদুগী চীনবান্দা মোমোন মিনোক অমা উবা ফংলম্মি। শগোল গাডী অদুদগী খোঙকাপ খবদং চৎলগা মখোয অনী উন্নবনি, নিপা অদুনা চেল্লক্লগা মহাক্কী ফমফম অদুদা অমূক চোংখৎখিবম্মি। শগোলগী খূর্জি পাযবগা শাজে থাদুনা থৌবগা নুপী অদুদা হাযবম্মি, 'হযেং নুমিদাং মফম অসিদা লাকউকো।'

নুপী অদুনা পাউখুম ওইনা খজিক্তং নোকফেৎ তৌবা অদুগী ফজবা অদু ঐগী থম্মোইদা তুংদুনা লৈবন্মি। মথঙগী মিকুপ্তুগীদি মফম অদুদা লম্বেলদা শগোলনা চৎপগী ক্রোক কা ক্রোক কা লাউবা খোঞ্জেল অদুতমক তাবন্মি। শগোল গাডী থৌবা নিপা অদুগী মনাক্তা ফন্নিবা ঐগী ইচানিপা, নুপী অমদি ইচাশিং ঐখোয পূন্নমক্না নিপা অদুগী মাইথোঙদা নোক্লিংনা যেংলম্মি। মনুং কন্নবা শাথিবা মানবা শকফম অদু মাঙখিদুনা মাইথোঙ অদো থোৎ নৌথবক্লম্মি। মহাক্কী চীনবান্দা নোকমি নোকমি তৌবক্লম্মি। গাডী অদু থৌবকপা মতমদা মহাক্কী মিৎযেং লম্বেল অদুদা থন্নকই।

ঐখোয মহাক্কী মাইথোঙ তন্না যেংবা নত্তনা ৱা অমতা ঙাঙনবমদে। ঙৈহাক্কী মতুংদা ওইবা যাই মহাক্না ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্তুনা হাযবকখিবদু।

‘শেঠজী হৌজিক্কী নুপী অদু উহৌব্রা?’

‘অওইমক্কী উহৌইনে, নঙনা কবি হংউবিবনো?’

‘মতম অমদা মহাক ঐগী নুপী ওইবন্মি’ মহাক্না মসি হাযবগা শগোল অদুদা শাজৈনা কন্না ফুখি।

‘মতম অমদা হাযবা? কবিনো নঙনা হাযবিদুবো?’

‘হৌজিক্তি মহাক নঙগী নুপী ওইদ্রববনে?’

ঐগী নুপী অমসুং ইচাশিং পূন্নমক মহাক্না হাযবদু তাবন্মি।

‘ওইদ্রে, ঐ মহাক্কা খাযনবে।’ মহাক্না হাযবন্মি।

‘কবিগীনো?’

‘হুজুব মসিদি শাংখ্রবা ৱাবীনি। নহাক্কুম্বা অচৌবা মীশক অমনা ঐখোয অতোনবা মী মচাগী ৱাবী কববন্না তানীংগনি?’

‘অতোনবা মী মচাগী ৱাবী হাযবা? মখোযগী ৱাবীসু মীওইবগী ৱাবীনি। ঐখোয খুদিংমক মীওইবা ঙাক্তনি। নত্রনে?’

ৱাহৈশিং অদুনা মহাকপু পেলহনবগুম তৌবন্মি।

‘অচুম্বনি, শেঠজী, অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু ঐখোয খুদিংমক মীওইবা ঙাক্তনি। অদুবু ঐগী ৱাবী অসিদি শাংখ্রে, মসিনা নহাকপু তম্বা পোকহনগনি হাযনা নুংশা থী।’

'মদুম্না খনগনু, ঐখোয সহুব অসি কোযনা চৎখিগদৌবিবনি। যামদ্রবদা পূং অমমুক্তি চঙগনি। নহাক্কী ৱাবী অদু তাবদা কৈদৌনা তম্থুকুগদগে? তম্থুবদি লাইবদনা ঐখোযদি হেন্না নুংঙাইদৌবিবনি। ঐখোযদা লীবো।'

'হুজুব, মসিগী শগোল গাডী অমসুং শগোল অসিবু কবি মানবগে?'

ৱাহং অদু মবী ইবৈ লৈনদবা মাল্লম্মি।

'ফজৈ, অদুবু মখোযশিং অসিগা নহাক্কী ৱাবীগা কবি মবী লৈনবগে?' ঐনা হাযবম্মি।

'মদুনি হৌজিক ঐনা অদোমদা লীগদৌবিবা ৱাবী অসি। ঐনা যাম্না অঙাং ওইবিঙৈদগী মঙজবকপা মঙদি ফজববা শগোল গাডী অমা অমসুং শগোল অমা ঐগী ওইজবা ফংজবা হাযবসিনি। শগোল গাডীনা হেক মন্থবকপা নত্রগা শগোলনা ফৎলকত্রবদা ঐনা মখোযশিং অদু অতোপ্পা অমমুক শিন্দোক্লম্মি। ফজববা শগোল গাডী, মশা ফববা অকনবা শগোল, খূৎতা অশাংবা নীংথিজববা শাজৈ অমা পাযবা হাযবসি ঐহাক্কী নুংঙাইজবনি। ঐগী ইপাসু হাযবিবসি যাম্না পামজবম্মি। ঐহাক্না তম্লক্লিবা অসিসু মঙোন্দগীনি।'

ঐখোযনা পামলিবদি মহাক্কী মপা মপুগী ৱাদু নত্তে। ঐখোযদা অবোনবা থৌদোক অমা ওইনা থোক্লিবা মহাক্না নুপী অদুগা লৈনবিবা মবী অদুনি। অদুম ওইনমক মহাক্না ঐখোযদা ৱাবী অদু লীনীংবা মওংদা লীবসনু হাযনা খল্লে।

'অচুম্বনি' মহাক্না ৱাবী লীথবকই, 'ঐগী ইপানদি ঐবু লাইবিক তমহন্নিংলমই, অদুবু ঐনা ক্লাসকুমদা ফাজিন্দুনা লৈবদু পামলমদে। অদুনা ইশাগী চহী তাবতকুক শুবদদি ঐ খ্বাইদগী হৈবা শগোল গাডী থৌবশিংগী লেংদা চল্লম্মি। ঐগীদমক্তা ইপা ইবুংঙোনা অহনবা শগোল গাডী অমসুং ফজববা শগোল অমা লৈবিবম্মি। মতম অদুদা ঐহাক অসে বাৱালপিন্দিদা খ্বাইদগী নহা ওইবা শগোল গাডী থৌবা অমা ওইবম্মি। ঐগী শগোল গাডী অমসুং শগোল অদুনা সহুব অদুদা খ্বাইদগী মশা খিংলম্মি অদুগা ঐগী ফিজোল অদুসু যাম্না কে-নান্না শেৎলম্মি।'

'ঐ খঙই হৌজিকমকসু নহাক যাম্না কে-মৌনা শেৎলি।' ঐনা ফোঙদোক্লম্মি।

'মসিবুবো' মহাক্না মহাক্কী ফিজোল অদুদা হন্থনা যেংলদুনা হাযবম্মি, 'মসিদি কবিসু নত্তে। মতম অদুদদি ঐ তশেংনা ফজবা ফিজোল শেৎ-চাবম্মি।'

'নহাক লম্বেলদা নুপী অদো উখ্রেদনা। মহাক্কী মমিং অযেষা কৌই। মহাক্কী মপাইবুংঙোদি লল্লোন ইতিক চাউনা তৌবা মীশকনি। ঐখোয় অনী খঙনবমদে অদুবু মহাক্কী মপানা মচানুপীবু স্কুলদা থাবা পাল্লম্মি। ঐনা চহী তবাতবেৎ শুবা মতমদা মখোযনা নুপীমচা অসি অযুক্ত স্কুলদা অমসুং নুংথিলদনা যুমদা থিন্নবা ঐগী শগোল গাড়ী নেক্লম্মি। মতম অদুদা অযেষা চাউবাক্লা চহী তবামাথোই নত্রগা তবানিথোইবোম ওইবগনি। অহানবদদি যুমগী মীনাইনুপী অমগা মতম চুপ্পদা লোযনদুনা স্কুলদা থিল্লম্মি। অদুদগী মখোযনা ঐবু যাম্না নীংথিনা খঙলক্তুনা থাজবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লম্মি। চহী অমা ফাদ্রিঙৈদা ঐবু মখোযগী ইমুংগী মী অমগুম্না লোযনবিবম্মি। অসুন্না মখোযনা মীনাইনুবীদু অযেষাগা লোযননা থাবদু তোকহনখিবম্মি অদুগা মহাকপু স্কুলদা অমদি মযুমদা থিন্দোক থিঞ্জিনগী থবক পূন্নমক ইতোমতনা তৌবম্মি। অসুম্না চহী অনী অহুম হৌখ্রে। মহাক কবি তল্লিবগে হাযবসিগী মতাংদা ঐহাক থোইদোক্লা খঙলুদে, অদুবু চহী তবামবি তবামঙা শুববফাওবা স্কুলদা চৎলম্মি। লম্বেলদা ঐখোয় ৱাবী যাম্না শান্নখি।'

'কবি ৱাবী শান্নবিবা?' ঐনা হংলম্মি।

'চুম্না পঙশান শানবা হাযবদুনিদা' হাযবগা মহাক নোকফেৎ তৌবম্মি। অদুদগী মহাক্লা মিকুপ অমগী মতুংদা মখা তাবকই, 'অসুম্না হৌবকখিবনি, অদুবু মহাক্লা চহী যাম্লকপগা লোযননা ৱাবী শান্নবগী মওংসু হোংলক্লম্মি। ঐগী থম্মোইদা নুংশি নুংঙোলগী মবমদা খনবা হৌবক্লম্মি, অদুগা মহাকসু '

মহাক লোক খুবম্মি অদুগা অকোযবদা যেংথোক্লম্মি। অথাপ্পদা উ পবেং শানা হৌবা উবম্মি। মহাক্লা মখুৎ থিল্লদুনা হাযবম্মি, 'শেঠজী, আদা কম্পনি বোগ লৈবে। ঐখোয় মফম অসিদা ঙৈহাক্কী মনুংদা যৌবগনি।'

'অদুগী মথঙদনা কবি?' ঐগী পূক্নীং অসি অযেষাগী ৱাবীনা পীক থনখ্রে।

'কবি ওইগনি হাযবগে? ঐখোয় নুংশিনবে।'

মহাক তুমিন্না লৈখিবম্মি। মিকুপ অমগী মতুংদা মহাক্লা মখা শমথবকই, 'হুজুর নহাক খঙব্রা মতম অমদা মহাক অসি কন্না মানবগে? মহাক্কী ফজবসি স্বর্গদা লৈবিবী লাইবেম্বী অমগফাওবা চাংদম্নবা যাবোই। মহাক অসি অযেকপা চিত্রপটমকনি।'

মসি হাযবগা মহাক অমুক হন্না ফজবদুগী মঙলান অদুদা লুপখিবগুম শগোল গাড়ী অদু থৌনা থৌনা তুমিন্না লৈখিবম্মি।

'মহাক ফজে, তশেংনমক ওঙ্গোক্না নীংথিজে।' ঐনা হায়বম্মি।

'হৌজিকসু ফজবি। অদুম ওইনমক মতম অদুদদি মঙোন্দা থোইদোক হেন্দোকপা খবা লৈবম্মি। সহবগী মীপূম খুদিংমক মঙোন্দা ঙাওখিবনি। অদুনা ঐসু মঙোন্দা ঙাওখি।'

হন্দক্তি মহাক্কী ৱাঙাঙদা নৌহৌনা ঈকাইবা ফাওবা উবা ফংলম্মি। মহাক্না মখা তাবকই, 'ঐসু যেংবদা নীংথিজবা পাখং অমা ওইবম্মি ঐখোয় অনীমক অমনা অমদা ঙাওনখি।'

'মহাক্কী অহল লমন্নদি মদুগী মবমদা খঙখিব্রা?' ঐনা হংলম্মি।

'মখোয় খঙখি। অদুনা মহাক্না চহী তবামঙা শুবা মতমদা মখোয়না মহাকপু স্কুল কাবা তোকহনখ্রে। অদুবু মখোয়না মহাক্কা ঐগা উন্নবদি তোকহনবা ঙমখিদে। তশেংনমক মখোয়না ঐখোয় অনী লুহোংবা যাবমদে। অমূক খক্তংদি ঐনা ৱাফম অসি মহাক্কী মপাবুংদা হৌদোক্লবা হোৎনখি। মদুদা ঐহাক মঙোন্দগী শুপ্নগী ঈকাইবদমক নংখি। মখোয়না ঐখোয় অনী লুহোংবা হায়বদুমদি যাববোই, অদুগা ঐখোয় যুমপান্দনা অসুম লৈবসু ঙমখিদে। অদুনা ঐখোয়গী অবৈবা শেল থুম সনা লুপা যুমদগী খোমগৎলগা কনামতা খঙহন্দনা নোংমদি বাৱালপিন্দি থাদোক্লুনা চেল্লম্মি।'

ঐখোয় মহাক্কী ৱাবীদু যা-কাবমখৈ তাবম্মি। ঐগী ইচানিপা অতোনবনা গুলামদিনদা যাম্না ঙক্লা, খঙনীংনা শংত্রিক যেংলমই অদুগা ঐগী নুপীনা ঐঙোন্দা হবাওনা মোমোন নোক্লম্মি।

'নখোয়দি কদাইদা চেল্লি?' ঐনা হংলম্মি।

'লযালপুবদা। থা খবদি ঐখোয় মফম অদুদা নুংঙাইনা লৈবম্মি। চহী অমবোম লৈননবা ঐখোয়গী মতিক চাবা শেল-থুম লৈবম্মি। ঐ নুমিৎ খুদিংগী থবক থিবা চৎথোক্লম্মি অদুবু মতম অদুদদি থবক ইবৈ লৈবমদে। থা তরুকমুক ঐখোয় পূন্না লৈববা মতুংদা মহাক্কী মপাবুংনা ঐখোয় কদাইদা লৈবগে খঙখ্রে হায়বসি ঐ খঙলম্মি। মহাক্না ঐহাক্কী ইথক্তা আইনগী ওইবা থবক খবা লৌখৎকদৌবম্মি। মবম অসিনা ঐখোয় লযালপুব থাদোক্লুনা সাহাবনপুবদা চৎলম্মি। মতম অদো ঐখোয়গী হবাও নুংঙাইবা, যাইফবা মতমনি। নুংশি নুংঙোলগী নুংঙাইবগী মতোল লোম্বা মতমনি। মতম অদুফাওবা অযেষা পোল্লিবা অতবগুলাপ মাল্লম্মি, অদুবু হৌজিক্তি মহাক

মপূংফানা শাংকাইববা আতবগুলাপনি। মহাক্না ঐবু কযাদা নুংশিজবা। অদুগা ঐ-ঐনা মহাক্কীদমক্তা তাইবঙপান অসিদা লৈবিবা পুন্নমক ত্যাগ তৌগে হায়না থৌবাং তৌখিবনি।'

মহাক্না ঐঙোন্দা নুংঙাইতনা মিকুপ খবা যেংলক্লম্মি, মিৎযেং অদুদি মহাক্না নুংশিজবা নুপী অদুগীদমক্তা পুন্নমক থাদোক্লবা থৌবাং তৌবগী মিৎযেংনি। অদুদগীদি মহাক্না মকা লামনা মোমোন নোক্লগা মখা তাবকই।

'ঐঙোন্দা লৈজবম্বা যামখিদ্রবা শেল অদুসু লোইশিন্লকদৌবম্মি অদুগা থবকসু অমতা ফংলমদে। অযেষাগী অহল লমননা ঐখোযগী লৈফম খঙখ্রগা ঐনা কবি তৌগদগে খনবদা ঐ থৱায ৱাবম্মি। অদুগা অসি খক্তসু নৎত্রি, অনৌবা অৱা-মৈশা অমনা ঐবু ওৎ-নৈবম্মি। অযেষা অযেষা।' মহাক্না মবৈ লৎ-লৎ তৌদুনা মসি হায়বগা তুমিন লৈখিবম্মি।

'অযেষা মমা অমা ওইগদৌবে নত্রা?' মহাক্কী হঙ্গোইবা অদু কোক্নবা ঐনা হায়বম্মি।

'অং অচুম্বনি। ঐনা তৌগদবা অসি কবিনো? ঐখোযনা ৱাখল খনবসি খনবসি অদুবু কাইনথংদা ৱাবেপ অমা লৌরে। ঐ-অযেষাবু সাহাবনপুবদা থম্নম্লগা বাৱালপিন্দি তান্না চৎলম্মি।'

'মফম অদুদা নঙগী নুপী হুন্দোক্লম্লগা নহাক চেল্লব্রা?' ঐগী নুপীনা হংলম্মি।

'নত্তে নত্তে মেদাম, অদুন্না তৌববুদি গুলামদিন শিখিবনা হেন্না ফৈ ঐ বাৱালপিন্দিদা নোংযাইৱাইদা থুংলম্মি অদুগা ৱাবী পুন্নমক ঐগী বাবাদা লীবম্মি। মহাক্না মতেঙ পাওগনি হায়না ৱাশকখি অদুবু মদুমক্না সমস্যা অদু কোকহনবদি ঙমখিদে। মবম অসিনা অহিং অদুমক্তদা ঐহাক মহাক্কী মপাবুংগী মনাক্তা চৎলে। মহাক্তি ঐবু উবমক্তদা ঙাওগদৌবম্মি।'

'হৈ গধা, বদমাস, মীফত্ত-হিংচাবা ইচানুপীদু নহাক্না কদাইদা লোৎতুনা থম্লুই?' মহাক্কী যুমদুদা চঙলুবদা মহাক্না লাউবকখি।

'মহাক্কী অশাউ মৈবী অদু মুৎথৎনবা অমদি ঐগী ৱাবী তাবিনবা ঐনা তৌবা যাবা পুন্নমক তৌবম্মি। ঐখোয লুহোংলে হায়বসি মঙোন্দা হায়বম্মি। মহাক অঙাং উন্নগদৌবে। মসিদা ঐখোয হৌজিক শাউনবগা নত্রগা খৎন-চৈনবগা কবি কান্নগদগে? মমৈথংদা ঐনা মহাক্কী অশাউবদো ফাথদুনা ঐখোযনা বাৱালপিন্দিদা অমূক হন্লক্লবদি

ঐগী ইথক্তা আইনগী থবক অমতা লৌখৎলোই হায়না ৱাশকহল্লম্মি। ঐঙোন্দা নত্রগা চেনখ্রবা মচানুপীগীদমক অমূক হন্না কবিগুম্বা অমতা তৌবিদ্রফাওবা মহাক্না ঐবু মমাক নিপা অমনি হায়না শকখঙবিবা হায়বসিফাওবদি যাবিবম্মি।

মথঙগী অযুক্তা অঙনবগী ট্রেন তোংদুনা সাহাবনপুবদা ঐগী নুপীগী মনাক্তা থুনা চৎলম্মি। ছুমনিশুবা নুমিৎতা ঐখোযগী নুংশিববা ইবমদম বাৱালপিন্দিদা হল্লক্লম্মি। নুমিৎ অদুমক্তদা ঐগী পুক্নীং হুনিংঙাই ওইববা শগোল গাডী অমসুং ফজববা শগোল অমূক হন্না ইখূৎমক্না পাযজবা ফংলম্মি।'

ঐখোযগী শগোল গাডীনা উ মযাম হৌবা মফম অমগী মনাক যৌবকপদু অথাপ্পদগী উবকখি। গুলামদিননা শগোল খূর্জি অদু চিংলগা হায়বকই, 'হুজুব মফম অসি কম্পানি বোগনি। অমুক্ত কুমথবিবগা মিৎযেং তাবিয়ু।'

'ও মসি ওইবে হায়বিবা লৈকোলদু ?' ঐনা যেংলগা হায়বম্মি, 'মসিদি যান্না সাধাবন ওইব জাৎনিদনা।'

'হুজুবদা লান্না পাউ তমশিল্লম্বা মাল্লি। মসিদি অওইবমক যান্না সাধাবন ওইবা লৈকোলনি। তশেংনা ফজবা অদুমদি সহব অসিগী অবোইবা মফম অমদা লৈ।'

ঐনা হায়বম্মি, 'অদুদি ঐখোয মফম অদু তান্না অমুক চৎলসি।'

গুলামদিননা শগোলগী খূর্জি অদু পাযবম্মি অদুগা ঐখোয অমূক চৎপা হৌবম্মি। মহাক্কী বাবী অদু মখা চৎথনবগীদমক্তা ঐনা হায়বম্মি, 'গুলামদিন নহাক অসে তশেংনা অঙকপা নিপা অমনি, নহাক্না মহাক্কী মবমদা লীবিবা ৱাবী অসিদা নহাক অসি যান্না অৱাবা নংখ্রে, অদুগা কাইনথংদা মতৌ কবন্না নহাক্না মহাক্কা খাযনবিবা ?'

'হুজুব মদু লাইবকথীবা হায়বদুনি। অদুবু পুন্সি হায়বসিদি মসিনি।' মসি হায়বগা মহাক নুংঙাইতনা কবিগুম্বা অমা খন্দুনা লৈবম্মি। অদুদগী মহাক্কী ৱাবী অদু অমূক লীবক্লম্মি, 'ঐখোযনা যুমদা হল্লক্লবদা ঐখোয যান্না নুংঙাইনা পুন্সি লেল্লম্মি। ঐখোযগী অঙাং অমা পোক্লে।'

'অঙাং অদু যান্না পুক্নীং হুনীংঙাই ওইবা অঙাং অমা ওইবমগনি।' ঐনা হায়বম্মি।

'শেঠজী, নহাক্তি অযুক অঙনবদা মফম অসি থাদোক্লুনা চৎখ্রগনি নত্রবদি ঐনা অঙাং অদু নঙোন্দা যেংহনগদবনি। মহাক ফজবা নিপামচা অমনি।' মহাক্কী মাইথোঙ অদো হবাওবনা মকা লাম্লক্লমই।

'অদুগা অদুদগীদি' ঐনা শোল্লম্মি, 'কমদৌনা খাযনবগী থৌদোক অসে '

'ঐ হাযবিবা ৱাফম অদুসু লীবক্কে। অযেকপা চিত্রপটগুম পুক্লীং হ্লীংঙাই ওইববা অযেষা অমদি ঐখোযগী অঙাং অদুগা লোযননা যাম্না নুংঙাইনা লেল্লম্মি, নুংঙাইববা চহী অমগী মতম নোংমগুম্না থুনা হৌখিবম্মি। ঐখোযগী নুংঙাইবা ঙমখৈ লৈবমদে, কবিগুম্বা অৱাবগী মমি অমতা ঐখোযগী পুক্সিদা তাখিদে। অদুবু নোংমদি কবিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লম্মি, মদুনা ঐগী নুংঙাইববা পুক্সিদা অৱাবগী চৈনা অমা পীবখি।'

অদুগুম্বা অৱাবগী চৈনা অদু মহাক্না ঙাঙলকপা ৱাহৈশিংগী খোঞ্জেলদা ঐনা তাবা ফংলম্মি। মতাং অসিদা ঐগী নুপীনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হাযবকই, 'নিপা অসি তশেংনা অচুম্বা ঙাঙবা মী মাল্লি। নুপী অদু মহাক্না যাম্না নুংশিজবম্বা তাইযে।'

'মখোযনা লম্বীদা উন্নবা মতমদা নহাক্না উখিবা অদুনিদনা।' ঐনা খুল্লম্মি অদুগা গুলামদিনদা ওনশিল্লগা হংলম্মি,

'গুলামদিন নহাক্কী অৱা-চৈনাদি কবিনো?'

'নোংমা নুমিদাংদা ঐহাক যাম্না নুংঙাইনা ঐগী শগোল শঙদগী থোবক্লম্মি। *ঐনা নুংঙাইবগী অমসুং নুংশি নুংঙোলগী ঈশৈ অমা অসুম ঙংদুনা থোবকপদা থাইনগী* মরূপ অমা উন্নবম্মি।'

'থাইনগী ইতাও, নঙবু কমদৌবিবগে?' ঐনা মহাক্কী মবেংবান্দা পোপ পোপ থাবম্মি।

'যাম্না নুংঙাইবি গুলামদিন। নহাক্তি যাম্না নুংঙাইবা মাল্লিদা।' মহাক্না খুল্লকখি।

'ঐদি কবিগী নুংঙাইবোইদৌবিবনো?'

'অদো নহাক কবিগী নুংঙাইগদৌবিবা?' মহাক্না তকশিল্লক্লম্মি। ঐগী নুংঙাইবনা কবিগুম্বা মওং অমদা মঙোন্দা অপনবা থোকহনবগুম তৌবম্মি।

'কবিগী ঐ নুংঙাইবোই? তাইবঙপান পূম্নমক অসি নুংঙাইবনা পীক থল্লি, যেংউ তাইবঙপান অসি কযাদা ফজখ্রবনো' ঐনা যাম্না নুংঙাইবগী ঈঙ্গিৎ অমগা লোযননা ফোঙদোক্লম্মি।

'গুলামদিন, তাইবঙপান অসিবু পূম্নমক লোইনা ফজব্রনে?' ৱাহং অদুদা অৱাবগী ইহুল অমা থুপ্তুনা লৈবগুম তৌবম্মি। মহাক কবিগুম্বা খবা ফোঙদোকপা পাল্লবসু হাযদোকপদি ঙমদ্রে হাযবসি ঐগী পুক্লীংদা ফাওবম্মি।

'মকুপ, ঐহাক নহাক্কী নুংঙাইবদুদা যৈখাযবা পীবদি পামদে।' মমৈথংদা মহাক্না শোল্লম্মি।

'কৈদৌববগে ? ঐঙোন্দা হাযুনে।' মহাক্কী মখূৎশিং অদো কন্না পাযশিল্লগা ঐনা হাযবম্মি। মহাক্না হাযদোকসিবা হাযদোকনুসিবা হাযদুনা খঞ্জানদুনা লৈবম্মি, অদুবু অমূক হন্না ঐহাক্না মহাক্কী পূক্নীংদা লৈবিবা পূন্নমক হাযদোক্লবা হাযজবম্মি।

মহাক্না হাযবম্মি, 'ঐনা মদু হাযদোক্লবদি নহাক যান্না নুংঙাইববোই।'

ঐনা কযাম নুংঙাইরোইদগে হাযবদুগী মবমদা কবিমতা খল্লোই নত্রগা থোকনীংবা থৌদোক থোকখিবা যাই, ঐনা পামলিবদি মহাক্কী ৱাবী অদু তাবনি। অদুগা ঐনা মঙোন্দা মহাক্কী ৱাবী অদু লীথোক্লবা কন্না তকশিনবা মতমদা থম্মোইগী অৱাবা ইহুল অমগা লোযননা ফোঙদোকপগুম তৌই ঃ

'ঐনা নঙোন্দা পূন্নমক লীথোক্কনি হাযনা ঐগী পূক্নীংদদি ফাওই মবমদি নহাক ঐগী মকুপনি, অদুবু ঐ পূন্নমক্তু নঙোন্দা তম্বদি পামদে, কবিগীনো হাযববু মদুনা নঙগী থম্মোই অঙকপা ফংনা শোকহনগনি। নঙগী অযেষা অদো অতোপ্পা নিপা খবগা লম্বেলদা ৱাবী শান্নবা উবম্মি।'

'কদাইৱাইদা ?' ঐ শ্বৰফাওবা হোনবা ৱানা থোক্লম্মি।

'নহাক্কী যুমগী মনীংথংবা লৈবক্তা। মহাক্না ঐবু উবা মতমদা ৱাবী শান্নবা লেপ্লগা থুনা যাংনা চেনশিনখ্রে।'

'কবিগুম্বা ৱা অমতা ঙাঙদনা ঐসু অদুম থুনা যাঙনা চঙশিল্লম্মি। ঐগী মকুপনা তুংদা ঐবু পাযদুনা খামনবা হোৎনৈ, অদুবু কান্নখিদে। অশাউবনে, কল্লক খম্বনবনে অমসুং ঈকাইবনে অহুম পূল্লপ ঐগী থম্মোইদা পূনখিবম্মি। ঐ কুইনা বুদ্ধি লৌশিং লৈবা মীশক হাযবদো ওইখিদ্রে।'

হৌজিকফাওবা মহাক্কী খোঞ্জেলদা অশাউবগী খোন্থাং যাওবি। ঐঙোন্দা মদুনা অঙকপা অমা পোকহল্লম্মি। কবিগুম্বা মহাক্কী নুপীনা অতোপ্পা নিপা অমগা ৱাবী শাবল্লবফাওবদা মদুনা মহাকপু অদুক যান্না খোযশাউনহল্লিবা কবিগীনো ? নুপী অদুনা থোইদোক্না মহাকপু যান্না নুংশিজবা মতম নত্রনে ?

'অদুবু মদুদা কবি কাযবগেনে গুলামদিন ? মহাক কনাগুম্বা অমতগা ৱাবী শান্নবা শুকযামক যাদব্রা ?'

'জনাব, নহাক্না হাযবিবিবা অদুবু কবিনো? পর্দা কুপশিন্দুনা লৈবি নুপী অমনা নিপা অমগা লম্বেলদা ৱাবী শান্নবা হাযবা অসিবু খনবা যাবা ৱাবনে? অদুদি ইজ্জৎ কদাইদা লৈবিবগে?'

'অদুবু নুপী অদুদদি পর্দা অমতা যাওবা উখিদেদা।' ঐগী নুপীনা নোকফেৎ তৌবগা হাযবম্মি।

'হৌজিক মহাক্না কনাগীদমক্তা পর্দা শীজিন্নগদগে?'

গুলামদিননা নুংঙাইতবা অমা যাওনা ফোঙদোক্লম্মি।

'মহাক কবিগুম্বা অমতা ৱানীংঙাই লৈত্রে। মহাক কনা অমতগী নুপী নৎত্রে, অদুগা কনাগুম্বা অমতগী মচা নিংঙোলসু ওইদ্রে। মহাক মতোম্ত হোৎনজদুনা লৈজরে, ফি লোনবা খোৎপা হৈবনিনা মশানা হিংব ঙম্নবা তাঞ্জদুনা নুংঙাইনা লৈ।'

'গুলামদিন, কনাগুম্বা অমগা ৱাবী-ৱাতাই শান্নববু কবি কাযবগেনে? যেংউ সিদা ঐগী নুপী লৈ। মহাক্না পাম্বা কনাগুম্বা অমগা হেক্তা ৱাবী শান্নবা যাই, নোকমিন্নবা যাই, চৎমিন্নবা যাই, মদু পূন্নমক অদো ঐঙোন্দদি কবিসু লৈতে।'

'অওইব্রা?' মহাক্না ইঙক ঙক্না যেংলক্লম্মি।

'অচুম্বমকনি।'

'জনাব, নখোযগী মীশিংগা মফমসিগা খেন্নে। মফম অসি পঞ্জাবনি, বোমবে নত্তে। ঐখোযগী শিংলিদা অশাবা ঈ চেল্লি। ঐখোযগী নুপীশিংগা অতোপ্পা মীশিংগা ৱাবী শান্নবা যাব্রনে? অদুগা লম্বেলদবো? যাদে ঐ ওইবম্বগী মহাক মবাইবক ফবনি। কনাগুম্বা অমা ওইবন্নবদি খুদক্তা মহাক হাৎলমগদবনি।' খম থেংনা শাউবা মহাক্কী ইহুল অদু মবেং থোল্লবা মহাক্কী শগোলগী মনঙ্গলদা শাজৈনা শাফু কন্না থাদুনা ফোঙদোক্লম্মি।

'অদুদি নহাক মদুগীদমক্তা মহাকপু থাদোক্লব্রা?'

ঐগী ৱাঙাঙ অদুনা পূক্লীংদা ফাওবিবা শাউনীংবা অদুবু লোৎশিন্দুনা থমখি।

'নত্তে, নত্তে জনাব। ঐ-শাউবনি অদুবু ঙাওবদি নত্তে। ঐনা যুম যৌবা মতমদা অশাউবনা হকচাং থক থক নিক্লম্মি। অযেষানা ঐঙোন্দা মোমোন নোক্লকই, ও, কযাদা নুংশিত্রবা অদুগা পূক্লীং হুনীংঙাই ওইববা মোমোন মিনোকনো। অদুম ওইনমক-ঐনা মঙোন্দা যেংবফাওবা ঙম্নমদে। ঐনা ৱা ঙাঙগে তৌবমক্তদা মহাক্না খুদোনবীনা

মাগী চীনবান্দা থন্নদুনা ঐঙোন্দা তুমিন লৈবিনবা হাযজবম্মি। মহাক্না অঙাং তুমখিনবা শুন্নম্মি। অদুদগী মহাক্না শকপা নুংশিববা নাওশুম ঈশৈ অদুনা ঐগী অশাউবা অদু ইংথহনখিবম্মি।

অঙাং অদুনা হেক তুমথখিবগা খোঞ্জেল ইফাই ফাইনা নাশোন্না হংলম্মি, 'অযেষা নহাক্না ঙসি লম্বেলদা ৱাবী শান্নখিবশিং অদু কনা কনানো?'

মহাক খজিক্তং পাখৎলম্মি অদুবু ইংনা খুন্নক্লম্মি, 'কনাসু নত্তেদা। কৈদৌবগে?'

'অজিজনা ঐঙোন্দা হাযবম্বনি। কবিগী নঙনা মীনমলিবনো?' ঐ খোল কল্লম্মি।

'ঐ সকিনা হোই-যুম থিবা ফংদদনা লমলানবা মী খবদা হংলমবনি।' মহাক্কী ৱাঙাঙ অদুদা লৌথুপ লৌকোই অমতা যাওবমদে।

'ওইনীংবা ওইসনু মীযান্না ঈকাইখুম্নবা ইমুংগী নুপী অমনা লম্বেলদা নিপা অমগা বাবী শান্নবোইদবনি।'

'জী হুজুর' মহাক্না মোমোন নোক্লদুনা হাযবম্মি, 'সকিনাদো মফম কদাইদনো অমা লৈকনবা চৎখ্রে, অদুনা ঐনা মদুগী মবমদা কনাগুম্বা খবদা হংলুবনি। ঐবু ঙাকপিযু। অদুগুম্বা তৌহৈদবদো অমুক হন্না তৌজববোই।'

মহাক্কী ৱাঙাঙ অদো কবেম্নবগুম থোক্লম্মি, অদুম ওইনমক মদুগুম্বদু অমুক্কা হন্না তৌববোই হাযবদুনা ঐগী পুক্নীংদা অপেনবা অমদি পোকহল্লম্মি। ঐ নোক্লম্মি অদুগা চান্ননা খৎনখিদে, ঐখোয অমুক হন্না অঙকপা ফংনা নুংশিনবম্মি।

থা খবা লৈবগা মী কযামুক্কা লম্বেলদা অযেষাগা কবিগুম্বা মতমদা নিপা অমগা ৱাবী শান্নবা উই হাযনা ঐঙোন্দা তন্নকখি। ঐনা মঙোন্দা থৌদোক্কুগী মবমদা হাযখি, কবিগুম্বদা থীনা চৈবা ফাওবা যাওবম্মি, অদুবু মতম খুদিংমক্তা মহাক্না মোমোন নোক্তুনা অদুগী মবমদা শন্দোক্না খঙহনখি। মহাক্কী লীচৎ শাজৎ অদু তশেংনা ঙাকপিবা যাবা অমনি হাযবসি খঙবা ঙমখি। মহাক্কী ৱা খক্ত নত্তনা পাউদম অদুসু অচুম্বনি হাযবসি খঙলম্মি। অদুমকপু ৱাখল খম্থদনা কবিগুম্বা অমতা তহ্‌ তহানা তৌদনবা খল্লম্মি। ঐ ইশাগী পুক্নীং ফাথদুনা অদুগা মহাক্কী খোঙথাং খুদিং চেকশিন্না যেংদুনা লৈবম্মি।

অদুদগীদি নোংমগী নুমিৎতা পুম্নমক মযেক শেংনা খঙলম্মি। ঐহাক-কোক চিক্লম্মি, লাইহৌসু খব খব হৌবম্মি। নুমিৎ অদুগী অযুক্তা অযেষানা সকিনাগী যুমদা নুংথিলদা চৎকে খল্লি হাযনা হাযবম্মি। মসিনা ঐগী পুক্নীংদা চিংনবা পোকহনখি।

মবম অসিনা মহৌশাগুম য়ুমদা থেংনা হল্লকপা তৌদনা ঐনা নুংথিল ঙল্লিডৈদা থবক লোইশিল্লগা হল্লক্লম্মি। সকিনা ঐখোযগী য়ুমদগী খজিক্তং চৎলগা লৈবনি। ঐনা অথাপ্পদা অযেষানা সকিনাগী য়ুম তাবা লম্বী অদুদা হাইজিল্লকখিবদু উখি। মদুগা হেক মাযোল্লবদগী নিপা অমনা মাযকৈ অদোমদা লাকপদুসু ঐনা উখি।ঐ লোৎলম্মি। মখোয অনী উন্নবগা মিনিত অহুম মবিরোম রাবী শান্নবম্মি। অদুদগীদি মহাক সকিনাগী য়ুমদা চৎখিবম্মি। ঐ শাউনীংবনা থক থক নিকখি। মিকুপ অদুমক্তদা ওক্তবা নিপা অদু ঐনা হাৎনীংখি। অদুবু থঙনবা মিকুপ্তা ঐনা খনখি-'পূন্নমক অসিগী মবালদি ঐগী নুপীনি অদুগা কবিগীদমক্তা মহাকপু হাৎকদৌবিবনো? ঐনা মঙোন্দা মশীং খঙদনা চৈখি, অকিবগী মশক ওইববা ফল লাক্কনি হাযনসু কিহনখি, অদুম ওইনমক মহাক্লা অপাম্বা মওংদা অদুমক চৎখখি। কবিগীদমক্তা নিপানা অরাবা তাগনি? তশেংনমক ঐ লমশা অদু হাৎলমগদবনি।'

'গুলামদিন, মসি নত্তনা অতৈ থোইদোকপা মাগা যান্নদবদি নৈতবা নত্রা?'

'কবিসু লৈতে। মবানিগী মবক্তা কবিগুম্বা অমা থোক্লমগনি হাযবা ফাওবা খন্দে। মখোযনি কবি কবি রাবী শান্নখিবগে হাযবা ঐ খঙদে অদুবু রাবীদু কান্নদবা পংশা শান্নবা ওইবমগনি।'

'চুন্না পংশা শানবনি হাযবা - মহাক্লা অদুম্না তৌবিবদুগী মকওইবা রাফমবু কবিনোনে গুলামদিন?'

'জনাব মসিদি নুপী হাযবা জাৎ-অসিগী লীচৎনি।' অসি হাযবগা মহাক্লা ঐগী নুপীদা শৎ ওনশিল্লক্তুনা হাযবকখি 'মসি হাযবগীদমক্তা ঐবু রাবৌবিগনুকো।'

'অচুম্বমক্রি শেঠজী, নুপী হাযবসিদি মিৎযেং শান্দে, তুং-মাঙ উগন্দে। অযেযানা লৌশিং জ্ঞান খবা হেন্না লৈবম্লবা অল্লাহনা মহাকপু নুপী ওইনা শেম্লমলোই।'

অসিগুম্বা মহাক্কী পূক্নীং মতা অসি ঐনা 'অং' 'অং' হাযনা তাদুনা পূক্নীং থৌগৎপা ফাওবা পামখিদে, মদুনা মাবু ঈকাই হঙ্গোইবা অমা পোকহন্দুনা তুমিন লৈখিবম্মি। ঐ রা যাম্না ঙাঙনীংবসু পোকখিদে। অদুবু ইনাক্তা ফমলিবা ইচানিপানা ইখঙ খঙহৌদনা হংলক্লম্মি

'অদুদগীদি কবম হাযনা তৌবে দেদি?'

'মঙোন্দা হংউ।' ঐনা শম্না ইচানিপাদা হাযবম্মি।

গুলামদিননা মখা লীথবকই ঃ

'ওক্তবী নুপী অসি হাৎকদবনি হায়না ঐনা খল্লম্মি। অশাউবগা লোযননা যুম যৌখি অদুগা মহাক লাকপা ঙাইখি। পুং অমা নত্রগা অনীগী মতুংদা মহাক লাক্লম্মি। মতম অদুদা ঐ মশীং লাকঙমদ্রবা ৱাখল খবা থনখি। ঐ মাবু হাৎকদ্রা ?' মদুনা ঐঙোন্দা কবি কান্নগদৌবিবা ? খুৎ হনবসু ঙম্লবোইদবা নুপী অমা হাৎলগা ঐবু মতিক চাবনি হাযবদ্রা ? মদুবু পাঙদবা মীকিথিগী থবক ওইরোইদ্রা ? মহাক্না খাযনবনা হেন্না ফবোইদ্রা ? ঐনা মহাক ঙাইবিঙেদা মহাক্কী ৱাখলনা পুক্নীংদা মবা তাশিনখিবম্মি। কাইনথংদা মহাক হল্লক্লম্মি, ইবানিদমক লৈবা মিকুপ অদুদা ঐনা মঙোন্দা হাযখি 'ইবেম্মা নহাক্না ঙসি কন্না কন্নাগনো লম্বেলদা নুংঙাইনা ৱাবী শান্নদুনা পেলহনখ্রিবশিংদো ?'

'ঐ কন্নাগসু ৱাবী শান্নখিদেনা।' মহাক্না খোইথুম্ননা মোমোন নোক্লদুনা খুম্নকখি।

'ওইদবা ঙাঙবী ওক্তবী ইমিৎমক্না উবমক্তদসু নহাক্না মীনমবা ঙাঙলিবা নত্রা ?' মখৌবি চবম মেৎলগা ঐনা লাউখি। ঐগী অশাউবদো অসুক্কী মতিক হেনখিবনা পুক্নীং ফাথনবা হোৎনবদা পুং অনীমুক চঙখি, অদুদগী অমুক হন্না ইশাগী ফিবেপ অমা লৌবম্মি। মহাকসু শাউগৎলকখি, শাউবগী পন্দোল লোমদুনা হাযবকখি ঃ

'ঐবু খাযনবিবো। অশেংবনি, ঐ কন্নাগুম্বা খবগা ৱাবী শান্নখি। কবিগীদমক্তা কন্নাগুম্বা নিপাগা ঙাইহাক্তং ফাওবা ৱাবী শান্নবোইদৌবিবনো ?'

ঐনা যান্না কন্না ইনবদা মহাক কাচিন অমদা যৈশিন্দুনা তুশিনখি। ঐনা মঙোন্দা চৈখি, 'ঐনা মশীং খঙদনা মদু তৌগনু হাযবমক্তদা নহাক্না অদুম মতৌই।' অদুদগী মহাক্না হাযবক্লম্মি, 'অওইবনি মহাক ঐগী থাইনগী মরুপনি।'

'ঐখোয ফন্ন কুইনা খৎনদুনা লৈবম্মি অদুগা ঙাঙনবিবশিং অদুসু ইচম চমবা ঙাক্তনি হাযবা ঐনা খঙলম্মি। অদুমক্তদা ঐনা ঐগী ৱাবেপ অমা লৌবম্মি। ঐ মহাক্না খাযনবম্মি।'

'মহাক মথৱায় যান্না নুংঙাইজবমলোই।' ঐনা হাযখি।

'অচুম্বনি মহাক মশানা থৱায নুংঙাইতবা তাবনি। মহাক্না ঐবু যান্না নুংশিজখি। ঐখোযগী অশাউবা ফগ্রবা মতমদা পুক্নীং অসে লৈতাববা কান্দা মহাক্না ও-খোংনা কপ্লগা মখুৎ লোন্নবদুনা ঙাকপিনবা হাযজখি। অদু ফাওবদা ঐ যানীংখিদে।'

'গুলামদিন, নহাক্না মদু তৌবম্লোইদবনি।' ঐনা ৱাবক ৱাতেম্বগী মওংদা হাযবম্মি।

'জনাব , ঐনা হাযজবিবসি নহাক্নদি যানীংলোই, অদুবু নুপী হাযবসে ঐখোযনা তোংলিবা খোঙউপকুম্বনি। কবিগুম্বা তোংলিবা খোঙউপ অসিগা খোঙগা চান্নখ্রবদি

য়াম্না ফবে। নত্রবদি খোঙউপ অদু লীশিংলক শেন্নবসু খোঙগা চপ হেক চান্নবদি শুকওই ওইববোই। অদুনা তঙাইফদনা তৌগদবা হাযববু মদু খোঙদগী শৎতোক্লগা হেক লংথোকখিবা নত্রবদি মদুনা নহাকপু মফম খবদা নত্রগা অমদা শোকহল্লককনি।'

'গুলামদিন, ঐ নঙোন্দা অচুম্বা অদু হাযযুবা?' ঐনা হাযবম্মি।

'অহোই, হাযবিয়ু।'

'নহাক্কদি ৱাজাও ঙাঙলি, অদুগা হৌজিক্তা লম্বেলদা নঙনা মহাক উন্নবা চেল্লি, নঙগী ননাক্তা মহাক্না লাকখিবা নত্তে। নঙনা মঙোন্দা চাকনি ফিনিবা অমগুম নোঞ্জদুনা ৱাবী শাখি। মহাক্কী তৌফম থোকপা অমা ওইনা মহাক্না ঈকাইখুম্নদুনা নঙনা হাযবিবদু যানীংবা উৎখি।'

অকংবা মোমোন মীনোক অমা মহাক্কী মাইথোঙদা উবা ফংলম্মি। অদুবু হেন্না মনুং কনবা মওংদা মহাক্না হাযবক্লম্মি ঃ

'হুজুব, মহাক-ঐগী নুপী অমুক হন্না ওইদ্রে। হৌজিক্তি মহাক চুম্নগী নুপী অমনি অদুগা ঐসু ইচম চমবা নিপা অমনি। নিপা অমনা কবিগীদমক্তা অসুক যাম্না মশক মতৌ-ফজবী নুপী অমগী মফমদা মহাক্না যাবিনবা নোঞ্জগদৌবিবনো?'

'অদুদি নহাক মাবু নঙগী নুপী অমা ওইনা নযুমদা অমুক হন্না পুশিল্লবোইদ্রা?' ঐখোযগী হোটেল মনাক্তা মাগী শাগোল গাডীদগী কুমথবা মতমদা ঐনা হংলম্মি।

'হুজুব, ঐ নঙোন্দা খোঙউপ অদুগী মবমদা হাযখিদ্রিব্রা?'

'হৌজিক ফাওবদা মহাক্কা নহাক্কা খায়নখিবা কযাম কুইববগে?' ঐগী ফুবিৎখাউদগী ভাবা লৌথোক্কুনা ঐনা হাযবম্মি।

'চহী অমগা মখায।'

'হাযবিবা মতম অসিগী মনুংদা নহাক মহাক্কী মবমদা ফত্তবা পাউগদি তাবব্রা?'

'খোঙউপ অদো ঐগী খোঙগা চাম্নদ্রে। ঐনা খঙবা হাযববু মসিতনি।' মহাক্না ঐঙোন্দগী পৈশা লৌবম্মি অদুগা মাগী শগোল অদুদা শাজেনা কল্লদুনা থৌখিবম্মি।

'শগোল গাডী থৌবা নিপা অসে অফবা, থৌনা ফবা মীশক নত্রনে?' হোটেলগী সিডি যৌবদা ঐগী নুপীনা হংলকখি।

'অদুবু অদুক যাম্না লুবসু নত্তবা কবিসু লৈতবা মবম অমগীদমক্তা মাগী নুপীগা খাযনবিবসিনি।' পুক্নীংগী অকনবা ইহুল অমগা লোযননা ঐনা হাযদোকখি।

'অচুম্বনি মাবু মদুনা মতম চুপ্পদা অদুক যাম্না শাউহল্লিবনিনা কবিগী মহাক্না লম্বীদা কনাগুম্বা মীগা ৱাবী শান্নগদৌবিবনো? অদুম ওইনমক মহাক্না নুপী অদুবু হাৎপিদদুনা চুম্নতা খাযনখি। নঙস্তু খঙলিবদুমঙাই মীহাৎপা হাযবসি মখোযসিগুম্বা মীতাশিংগী লমচৎ শাজৎতা যাওজবা অমনি।'

ইবেম্মা চেকশিঞ্জৌ।'ইচাশিং সিডি মথক্তা কাখৎখ্রে হাযবা উবদুনা ঐনা হাযবম্মি, 'চেকশিঞ্জৌ, ঐনসু নঙবু নুমিৎ খবা লৈবগা খাযনবা যাই।'

'নঙনবো? নঙনবু ঐ কবিগুম্বদা খাযনবা ঙমজবদ্রনে?' মহাক্না মোমোন নোক্রদুনা হাযবম্মি, অদুগা মহাক্কী মিস্নাদা তাবিবা মপান নাইদ্রবা মিৎযেংগী অর্থ অদুনা ঐবু তাইবঙপান পূম্নমক কাউথোকহল্লম্মি।

# অশিবগী খয়াৎনুংদা

## পবশুবাম বোকা

নুমিৎ তাখ্রে, অদুবু বীবেন্দ্র সিংহদি মাগী ওফিসকী থবক হৌজিকসু চিল্লি। ইখঙ খঙহৌদনা থোঙ হাংদোক্লগা শউনগী সুইতকেস পাযবা নহা অমা হাথু হাথু কা মনুংদা চঙলক্লম্মি। মহাক্না হংলকই-'অদোম উকিল বীবেন্দ্র সিংহবা?'

বীবেন্দ্রনা মহাক্না ইবিবদু লেপ্লগা নহা অদুদা যেংখৎলক্লগা হাযবম্মি- 'মানি, ঐ উকিল বীবেন্দ্রনি। অদোমগী কবি তৌসি হাযবগে?'

মহাক্না চঙলকপা থোঙ অদু থিংজিল্লবা মতুংদা নহা অদুনা হাযবকই 'ঐ অদোমগীদা মকওইবা থবক অমগীদমক্তা লাকপনি।'

বীবেন্দ্র ৱাবে, অদুনা মখা তানা নুমিৎ অদুদা অনৌবা থবক অমা অমুক পাযবা পামদ্রে।

'যেংউ' মহাক্না নহা অদুদা হাযবকই- 'হৌজিক্তি তশেংনা থেংলে, অদোমগী থবক্তু পাযবা ঙম্লবোই, হযেং অযুকফাওবা ঙাইবা ঙম্লবোইদ্রা?'

নহা অদুনা ইফিং ফিংনা কা অদুগী অকোযবদা কোযনা যেংলম্মি। বীবেন্দ্রগী মনাক্তা নক্না চঙশিল্লগা অবিম্বনা থল্লবা খোঞ্জেলদা হাযবকই- 'অদোমনা তৌগদৌবিবা থবক অসিদি শিবা চঙবগী ৱাফমনি। তাও, অসিদি অসিগুম্বজাৎ '

বীবেন্দ্র খঙলে নহা অদুনা হাযগদৌবিবা ৱা অদু তাবা নত্তুনা অতোপ্পা পাম্বে অমতা লৈত্রে।

'ঙৈহাক্তং ঙাইবিযু' মনাক্তা লৈবা চৌক্রি অমদা চঙশিল্লগা মানা হাযবকই- 'অদোমগী থবক অদুনা মকওইবা ওইববদি অদোম ফমদুনা ৱাবী শান্নবা য়াইনা।'

নহা অদুনা ইথক থক্কৎনা কোযনা যেংলগা বীবেন্দ্রগী মনাক্তা চৌক্রি অদু চিংশিল্লদুনা খোঞ্জেল শোন্না হাযবকই - 'উকিল সাহেব খবা নকশিল্লকউ। অদোমদা হাযগদৌবিবা ৱা অসি ঐ কন্নামতদা তাহন্নীংদে।'

'নঙ কৈদৌনা অদুক কিবিবনো?' বীবেন্দ্রনা থৌনা হাপ্তুনা হাযবকই- 'ঐগী থবক তৌবা মীশিং চৎখিবা যান্না কুইবে, অদুনা মফম অসিদা কন্নামতা নৈত্রে।'

নহা অদুনা কা অদুগী অকোযবদা কোযনা মমিৎ মনা অদু অকিবগা লোযননা যেংলম্মি।

'কযাদা চিকথ্রবা কানোসে।' মহাক্না ঙক্না হাযবকই- 'কযাদা কিন্নীংঙাই ওইনা চিকলিবা। উকিল সাহেব অসিগুম্বা অকিবা ফংনা চিক্লবা কা অসিদা নতোমতা অসুম লৈবসিবু কিদ্রনে?'

বীবেন্দ্রনা ঙকচাননা হংলম্মি- 'কৈদৌনা ঐনা কিদৌবিবা?'

'অসিগুম্বা অচিকপা কা অসিদবো,' নহা অদুনা কোযনা যেংলগা অমুক হন্না হাযবকই। মহাক্না মখা তাথবকই- 'মী হাৎফম ওইবা যাবিবসি অসিগুম্বা কা অসিমক্তদনি।' অমমবা কাচিন অমদা মখূৎ থিল্লদুনা হৌনা খঙহায হাযবকই- 'যেংউ মসোমদা কবিনো, কবিনো মদো?'

বীরেন্দ্র থুক লাউবা অমগা লোযননা চোংখৎলম্মি, অদুবু ম শা মতোমতা মপূক্নীং ফাথজবগা হাযবকই 'নঙনা কিবিববু কবিগীনো? মফম অসিদা কবিসু কিনিংঙাই লৈত্তেনা।'

অদুদগী মহাক্না যুবিৎখাউদগী চুকুত উপু অমা লৌথোক্লগা মশা ফাথজনবা চুকুত মচৈ অমা মাগী মচীন্দা অদুগা মচৈ অমনা নহা অদুদা পীবম্মি। নহা অদুনা চুকুত অদু থল্লগা হাযবকই- 'ঐবু ঙাকপিযু উকিল সাহেব, অসিগুম্বা খুদোংথীনীংঙাই ওইববা হৈনবী অসিদগী ঐ লাপথোকচবে। অদোম খঙবিযু চুকুত থকপা হাযবসি কযামুক যাম্না হকচাং শোক্নীংঙাই ওইবগে হাযবা। মসিনা থরোম্বীবু মাঙ তাকহল্লিবনি। অসিগুম্বা মাঙ তাকনীংঙাই ওইবা হৈনবী অসিদগী ঐখোয থাপতোক্কদবনি। ঐদি চুকুতসে যাম্না কিজে।' 'কিবা।' খংহায হাযদোকখি বীবেন্দ্রনা নোক্তুনা, অদুগা মখা তাবকই - 'মসিদবু কিন্নীংঙাইবু কবি লৈবগেনে? চহী কযামুক ঐ চুকুত থক্তুনা লাক্লবনি অদুবু হৌজিকফাওবা হিংলিবসিনি।'

মঙক নোম্লদুনা নহা অদুনা হাযবকই- 'চুম্মি উকিল সাহেব ঙসি ফাওবদি অদোম হিংলি। অদুবু কনানা তুংগী রা হাযবা ঙমগনি ? হযেং অদোম অশিবগী খযাৎতা তারা যাই। অদোম ভাব তাবিবেদনা। কনামতনা মশাগী তুংগী পুন্সিদা কবি তন্নিবগে হাযবা ঙমলোই। ঐখোযগী পুন্সি অসিদি অসুক্কী মতিক তেনখ্রে। কনাগুম্বা মী অমা গাডীনা তক্তুনা অশিবা নংবা যাই নত্রগা অশিবগী খযাৎতা হেক্তা তাখিবা যাই। মী কয়া মশাগী যুম মক্তদা কযলাগী গ্যাসকুম্বা ইচম চম্বা অমনা পুন্সি পীখমনহল্লি, কনাগুম্বা খবনা তুংদা মীনা থাওনা থিন্দুনা হাৎলি, অদুগা খবা অমনা বোমনা হাৎলি। কনা অমতনা কনাবু কবম্বা মতমদা অশিবগী খযাৎতা তাহনখিগদগে হাযবা ঙমদে।

শিবগী মবমদা খল্লিবা ওন্থোক্না তাইওন্নবা রাখল মিৎযেং অসিদা বীরেন্দ্র পাখৎলম্মি। মহাক্না হাযবম্মি - 'মীওইবা খুদিংমক অসিগুম্বা অরাবা দাশা অসি মবম চাদনা হেক্তা নংদে।'

অদুম ওইনমক নহা অদু মহাক্না হাযবিবদু থওইনা তাদনা মাগী লাযনা চেনবা রাখল অদু মখা তানা ফোঙদোবকই - 'কনানা তুংগী বা হাযবা ঙমগনি ? ঐখোয মিকুপ অসিদি হিংলি অদুগা থংনবা মিকুপ্তা অশিবা নংই। ঐখোযগী পুন্সি অসিফাওবা অশিবগী খযাৎনুংদা লৈবি, উকিল সাহেব অদোম ভাব তাবিবেদনা-অশিবগী খযাৎনুংদা।'

নহা অদু তশেংনা নোবমেল ওইদ্রব্রা হাযনা মপূক্নীংদা চিংনবা পোক্লম্মি। মহাক্না চীংলেম্না হাযবকই-

'ইবুংঙো নহা হেক থংনবা থোঙদা যেংউ, নহাক হকচাং ঙমদবা মাল্লি '

অদুবু নহা অদুনা মবক থৎলদুনা হাযবকই- 'ঐগী হকচাং যাম্না ফবি, অদুবু ঐখোযগী অকোযবদা খুদোংথীবা, অকিবা নত্তনা অতৈ অমতা উদে। অদোমফাওবা কা অসিমক্তদা হৌজিক হৌজিকমক অশিবা নংবা যাই।'

হৌজিক্তি বীরেন্দ্র অঙাওবা মী অমগা লোযননা লৈমিন্নবে হাযবসি মপূক্নীংদা চপ চানা ফাওবে। মাগী পূক্নীংদা অকিবা খজিক্তং ফাওবম্মি অদুগা লোযননা শাউসু শাউনীংলম্মি। মানা লাউবকই- 'নঙ গুলি চাদুনা তৌবিব্রা নত্রগা নঙগী নকোক্তা অশোযবা খবা লৈবে। ঐনা হাযবিবসি তাও। মথঙগী থোঙদা ডা প্রধান লৈবনি, মাগী মনাক্তা চৎলু '

অদুবু নহা অদু হাযবিবদু তাবমদে। মানা হাযগদবা ব্রা অদুদা হেন্না মকওইনা মিৎযেং থমদুনা হাযবক্লম্মি - 'ঐনা হাযবিবসি কবিনো হাযবদু অদোমগী মিৎমাঙমক্তদা খুদম পীদুনা তাক্কে। নিপা অদুনা মহী নং নং লাউবা যাওবা অশংবা লীক্লি অমা লৌথোক্লক্লগা হাযবকই - 'যেংউ লীক্লি অসিদা মেতা-পেন্তা- ফ্লোব নত্রগা নাইত্রোত্যুলোল যাওবি। মসি যেংবদদি খুদোংথীবা থোকনীংঙাই ওইদবা, ফজবা পোৎশক অমা মানদ্রনে, অদুবু ঐনা পীকখ্রবা মবীক অমখক্তং কা অসিদা থাদববদি মসিগী ফলদি জপান্দা থাদথিবা এতোম বোম অদুগা পাঙখক ওইনা মাঙ তাক্লীংঙাই ওইগনি। অদোম ভাব তাবিবব্রা? উকিল সাহেব পীকখ্রবা মবীক অমখক্তনা ঐখোয পৃম্নমক উৎ ওলহনবা ঙমগনি, উৎ।'

'হৌজিক অঙাওবা অসিনা তৌগদৌবিবা অসিবু কবিনোনে' ইপা পাখৎলবা বীবেন্দ্রনা খল্লম্মি। মহাক অকিবনা মশা পূম্বা নীক্লম্মি। মানা হাযবম্মি, 'অচুম্বনি, অচুম্বনি। মদুদি যাম্না খুদোংথীনীংঙাই ওইবা মহীনি, নঙগী সুইতকেসতা যাম্না চেকশিন্না হাপচিনবিখ্রো।'

লীক্লি অদু হাপচিনখ্রবা মতুংদা অতোপ্পা ঙাঙলৈনবা অশংবা পাউদব মকুপ যাওবা লীক্লি অমমুক পুথোবক্লম্মি। লীক্লি অদু পাখৎলবা, ইথক থক্কৎলবা বীবেন্দ্রদা উৎলদুনা মানা হাযবকই - 'লীক্লি অসিদা যেংউ। মসিদা যাম্না শাথিববা মহিক মিলিযন মিলিযন যাওবি। মহিকশিং অসিগী মনুংদা কুপখ্রবা মহিক অমখক্তংনা ঐখোযগী হকচাংদা থেংবদা ঐখোয মিকুপ খবগী মনুংদা শিগদৌবিবনি। লীক্লি অসিগী মখুম অসি ঐনা হেক লৌথোকপদা কবি থোক্কনি খঙলব্রা?' অসি হাযবদুনা নহা অদুনা লীক্লি অদু বীবেন্দ্রগী মনাক যাম্না নক্লা পুশিল্লকই অদুগা মখুম অদু হাংদোক্কদৌগুম তৌবম্মি।

বীবেন্দ্র পাখৎতুনা চোংখৎলম্মি।

'হৌজিক নঙনা তৌগদৌবিবসি কবিনো?'

মহাক্লা খংলাউ লাউবম্মি - 'অসিগুম্বা খুদোংথীনীংঙাই ওইববা পোৎ অসি নঙ তৌবা যাবোই। থমজিনখ্রো যাম্না চেকশিন্না থমজিনখ্রো, নঙগী সুইতকেসতা হাপচিনখ্রো।'

বীবেন্দ্র অঙাওবা অমগী মখূৎতা তাবে হাযবসি তশেংনা ভাব তাবে। ঙাওবি ফৈবিবা, ব্রাখল চোইবা নিপা অসিনা মথঙ তৌবক্কদৌবিবা ফক্তবা থবক অসি কবিনো?

মহাক্কী লাংদগী ঐ কবম্না নাম্থোক্কদগে হাযবা ৱাখল অসিদা মহাক যাম্না লাংতক্নবম্মি। মহাক্না নহা অদু ৱাখল তানবা হোৎনবা হৌবকই। মানা হাযবম্মি- 'নঙোন্দা যাম্না খুদোংথীনীংঙাই ওইবা পোৎ খবা যাওবে হাযবসি ঐ-খঙলে। মদু মখা তানা ঐঙোন্দা উৎপা কান্নদে। ঐ তশেংনা লোইনমক খঙলে মদুদি ঐখোযগী অকোযবদা খুদোংথীবা, শিবা যাবা কযানা পূমকোয কোযশিন্দুনা লৈবি। হৌজিক ঐখোয হেন্না নুংঙাই নুংঙাইবা ৱাবী ৱাতায শান্নবসি।'

নহা অদুনা ঙৈহাক্তুং নোক্লগা হাযবকই- 'ঐখোয অশিবা হাযবসিনা কোযশিন্দুনা লৈবি। ঐখোয অশিবগী খযাৎনুংদা লৈবি, অদুগা অঙাওবা ঐ মীহাৎপা অমা নত্তে হাযবসি মফম অসিদা প্রমান তৌবা যাবা কবি লৈবগে? ঐঙোন্দা মক হাল্লবা বিভোলভব অমা পাযবি।' অসি হাযবদুনা মানা বিভোলভব অমা শৎতোক্লগা বীবেন্দ্রগী থবাক মপাদা এইম তৌবকই। মানা হাযবকই- ' অদোম যুমগী লাইনিংথৌ ফাওবা খুকমজনবগী মতমফাওবা ফংলোই, অশিবগী লাইনা অদোমবু '

বীবেন্দ্র কিবনা খংলাউ লাউবম্মি অমুক্তং খংচোং চোংথোকখিবদা মহাক থোঙজিন মযাদা লৈবমখি। খজিক্তং থেংবদা তনিক তনিকপা উনাওম মবোল ইফাই ফাইবদুনা মহাক্না হাযবকই- 'ন নঙ কবম্বা মখলগী মীনো? অচুম্বনি, অচুম্বনি হাযবা, ঐ লোযনা ভাব তাবেনে ঐখোযনা হিংলিঙৈমক্তদসু ঐখোয অশিবগী খযাৎনুংদা লৈবি পুন্সি হাযবসে খুদোংথীবগী খুদোংথীবা ঙাক্তনি হাযবিবসি অচুম্বনি, মখা তানা খুদম পীদুনা তাকপা দবকাব ওইদ্রে।'

বিভোলভব অদু থমজিল্লগা নহা অদুনা অমুক্তং নোক্লদুনা হাযবকই- 'পুন্সি হাযবসি খুদোংথীবনা থল্লি হাযবসি ঐনা অদোমবু ভাব তাহনবা ঙম্লব্রনে?'

বীবেন্দ্রনা মাগী চৌক্রি অদুগী মনীংদা চিংনবগা লোযননা খজিক্তং হন্দোক্লগা মশাবু ফাথবগা হাযবকই- 'অচুম্বনি, অচুম্বনি ঐ পূম্নমক ভাব তাবে। পুন্সি অসি খ্বাইদগী থাজনীংঙাই লৈতে, তম্বা ঙমদে। মিকুপ অসিমদি ঐখোয হিংলি অদুগা মথঙগী মিকুপ্তা ঐখোয শিবা যাই। মীওইবগী পুন্সি অসি তেল্লি, মতম খবদগীনি, কবিগুম্বা মিকুপ অমদা ঐখোয হেক্তা শিবা যাই। ঐখোয মতম চূপ্পদা অশিবগী খযাৎনুংদা লৈবি।'

নহা অদুনা অমুক হন্না হংলকই- 'উকিল সাহেব, অদোমনা পুন্সি অসি তম্বা ঙমদে, ঐখোয অশিবগী খযাৎনুংদা লৈব্বিনি হাযবি। অদুবু অদোম শিববদি অদোমগী নুংশিববা

লোয়নবী অমসুং অঙাংশিং কবি ওইহৌগনি ? মখোযগীদমক্তা কবিমতা থমবিবল্লরোইদ্রা ? মখোযগীদমক্তা খনবিনবা কনামতা লৈত্রবা, মতেঙ পীবি খোৎপিনবা লৈত্রবদা কযাদা অৱাবগী মশক ওইগদৌবিবনো অমুক্ত খনবিযু।'

অকিবনা মশা থুমহৎলবা বীবেন্দ্রনা অর্থ লৈববা ৱাফম অদুদা খন্থবা হৌবক্লম্মি। মহাক্না হাযবকই - 'নহাক্না হাযবিবদু অচুম্বনি। কবিগুম্বা ঐনা শিববদি ঐগী নুংশিববা নুপী অমসুং অঙাংশিং অৱাবা ঈপাক্তা তাগনি।'

তোল্লবা বীবেন্দ্র অদু অকিবনা মাগী ৱাখল খন্নবগী শক্তি ইমাঙ মাঙহনখ্রে।

'মখোযগীদমক্তা কনানা চাননবা চিঞ্জাক, শেৎননবা ফি অমদি অযুক নুমিদাংগী নুংতিগী চঙলিবা মখোযগী খবচ কনানা হুনবিগনি ?' বীবেন্দ্র কপ্লকই।

নহা অদু নোক্রদুনা লেপখৎলক্লম্মি। খঙহৌদনা মাগী খুৎতুম্না তেবলদা দং লাউনা শুবগা লুনা চেকশিনবা ৱাঙাঙদা হাযবকই- 'উকিল সাহেব, ঐখোয অসি অশিবগী খযাৎনুংদা লৈ, মিকুপ অমদা ঐখোযগী অবোইবা ওইবা যাই হাযবা অচুম্বা, অশেংবা ৱাফম অসিখক্তা পূক্নীং চঙনা খনবা মকুওই। পূম্নমক অসি ঐনা খুদমগা লোযননা উৎলক্লিবা অদুনি। যেংউনে, অদোমগী নুংশিববা লোযনবী অমসুং অঙাংশিংবু খুদোংথীবদগী কন্ননবা অদোম লাইফ ইন্সুবেন্স পোলিসি অমা যাওগদবনি। ঐহাক স্নো পিক লাইফ ইন্সুবেন্স কম্পনিগী এজেন্দ অমনি, চেশিং অসি পাবিবগা ঐঙোন্দা হাযবিরো উকিল সাহেব অদোম্না অদোমগী লাইফ ইন্স্যুযব কযা যান্না তৌবিবা পাম্বগে ? লুপা লীশিং তবাগীবা ? লীশিং তবানিথোইগীবা ? লীশিং তবা মঙাগীবা ?'

# ৱেবসাইত

## বি চন্দ্রিকা

ৱাবী অদু এদভবতিজমন্ত অমনা হৌবগা থম্মোই শোক্লা লোইশিল্লি। এদভবতিজমন্ত অদুদি অসিনি ঃ

> নহা ওইবিবা শক-চু ফজবা  পাখং (৩৯), মহৈগী থাক এম তেক, নাইতোম লৈ (হৈনবী ঃ ঈশৈ নোংমাই, লাইবিক পাবা অমসুং ইন্তবনেত), মশাগা চান্নগদবা অশেংবা খোঙবু ওইবা যাবা নহা ওইবিবী লৈশাবী অমা থিবি। বোক্স ২৫২৫, কে জি দি দা চিঠি ইবিবকউ।

এদভবতিজমন্ত অসিগী ৱাহৈশিং অসিনা স্মিতাগী থম্মোই লাইযুমদা চঙখিদুনা থম্মোই মবাং হৌহনখি। স্মিতা মশক মতৌ ফজবী, ময়ুম পান্দ্রিবী মলযালমদা পোষ্ট গ্রেজুযেত দিগ্রী পাযববী নাইতোম লৈবিবীনি। মহাক্কী হৈনবীসু শকখঙদবা নহা অদুগীগা চপ মান্নে। মহাক্লা তাইবঙপান অসিদা ঈখৌলাংজবিবসু অশেংবা মকুপ অমা ফংনবগীদমকনি। অদুদি এদভবতিজমন্ত অসিগী পাউখুম মহাক্লা কমদৌনা পীগদগে? মহাক্লা ইবম্মি ঃ

*নুংশিববা শকখঙনদ্রিবা মকুপ,*

মসি অদোমগী এদভবতিজমন্তকী পাউখুম ওইনা নহাক্কা ৱাখল মান্নবা নাইতোম লৈবিবী অমনা পীজবনি। ঐনা নহাক্কী এদভবতিজমন্ত অসি অখন্নবা ৱাহৈ অনীখক যাওবদুদা পামজৈ। মখোযশিং অদু কবি কবিনো হাযবদুদি চিঠিগী অৱোইবদা হাযজগে।

অহানবদা, ঐ ইশাবু হান্না শক তাকচগে। ঐগী ইমিং স্মিতা কৌই। অশেংবা মিংনা সুসমিতা। ঐগী মিংমান্নবনা মালেমগী ফজবা ওইবকপদা, ঐনা ঐগী মিংগী অহানবগী মযেক অনী অসি থাদোকচবে। ঐনা ইচম চম্না মখোযবু থাদোকপা নত্তে, গেজেত্তা এদভবতিজমন্ত ওইনা হাপ্লুনা ওফিসিযেল ওইনা মিং হোংদোকচবনি। ঐখোয

অনীগী অশেংবা মকুপ মপাং ওইবগী মবী লৈনবক্লবা মতমদা নহাক্না মসিগী মবম খণ্ডলক্কনি। ঐ চহী ২৮ শুবে। মলযালমদা পোষ্ট গ্রেজুযেত দিগ্রী পাযবে। ঐ ওজা ওইবা পামখিদে, মবমদি তুংদা হৌবক্কদৌবিবশিংদা ঐনা কবিসু পীনীংঙাই লৈতে। ঐনা মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না চৎপা পাম্মি। মবম অসিনা কম্প্যুতবগী মকুওইবা খণ্ডদবা যাদবা পাডা খবা তমথবম্মি। হৌজিক্তি নীংথিজনা খূৎলোইবা হাযবদু ওইবে ঐনা চাংযেং কযাদা ইজখিবা অদুগী মহে ওইনা বিশ্ববিদ্যালযগী সেকেণ্ড গ্রেদ এসিষ্টেন্ট ওইনা থবক তৌবে। হৌজিক্তি ঐহাক পেইং গেষ্ট অমদা ওফিসকী থবক তৌবি নুপী অমা ওইনা লৈবি। মফম অসিদা লাক্লবা মতুংদা ইন্তবনেত অমসুং ই-মেল তম্লে। যুম অসিগী শঙ্গোইদা লৈশাবীশিংগী কম্প্যুতব তম্ফম ওইনা লৈ। ঐনা পামজবা কম্প্যুতব তম্বগী থবক অদু খবা হেন্না চঙশিনবা ঙম্মি।

যুম অসি নুপীশিংতগীনি। জমিদাব অদু দুবাইদা লৈ। মহাক্কী নুপী অমসুং মচা লৈশাবী ঙাক্তা অনীমক্না লৈমাযগী কাদা লৈ। মচানুপী অহল অদুনা কম্প্যুতব সেন্তব অসি চলাইবনি। ফষ্ট ফ্লোবদা কা অনী লৈ, মদুদা ঐখোয পেইং গেষ্ট মবি লৈমিন্নে। নিংগ্ম হাযববু ঐখোয ঐখোযগী কাদা অযুক্কী পূং ৭ ফাওবা লৈগদবনি। ওফিসকী মতম লোইববা মতুংদা ঐ লাইব্রেবীদা নত্রগা ইন্তবনেত কেফেদা (ও, ঐদি ইন্তবনেত্তা কবি কবিনো খবা কোইথি থিবা পামজবনি) অদুগা মতম চানা ইকোন্দা চঙবা। অদুনা মতম লেনবা হাযবসিসু তশেংনমক সমস্যা অমা ওইবকই। ঐ লাইবিব পাদনা মতম খবা অদুগা ঈশৈ নোংমাইসু তায। মথক্তা লৈবা মযামগী ওইবা হোল অমদা মচু শংদবা টি ভি অমা লৈ, অদুবু অযেংবা মবিমক্কী অপাম্বা তোঙান তোঙান্না মবি লৈ। ঐ বা হৌনা হৌনা হেক ঙাঙনববা (নত্রগা টি ভি হৌনা থাগৎলবা), মখাগী দ্রোযিং কমদা ২৯" গী মচু শংলবা টি ভি মমাঙদা ফমদুনা লৈবিবা দুবাই সুলতান্না ঐখোযদা চোকশিন বা ঙাঙলক্কনি। অসুন্না ঐ লৈবি, ঐগী ইতোপ তোপ্পা খবা পল্লবদা-স্মিতা হাযবা ঐ অসি কুচু ফজে, শম শাংই, ফিত ৫'-২" বাংবা কে জি যাঙ্খে লুম্বা লৈশাবীনি।

ঐহাক নহাক্কী এদভবতিজমন্তকী মতাংদা অমুক লাক্লগে। মদুদা যাওবিবা ঐনা যাম্না পামজে হাযবা ৱাহৈ অনীখক অদুগী মবমদা নঙোন্দা হাযযুবা? বাহৈ অমনা 'নাইতোম লৈবা' অদুগা অতোপ্পা অমনা 'অশেংবা মকুপ'। অহানবগী অসিমদি ইদানিমক মান্নবে, অদুগা অনীশুবগী অসিনা ঐনা মতম কুইনা মঙজবকপা মঙ অমনি। ঐখোয

অনী অশেংবা তক তক্বা, অমকপা অমতা লৈতবা মকুপ ওইবগনি হায়না আশা তৌসি।

*নহাক্কী পূকচেল শেংনা,*

**স্মিতা**

নিংথৌকাবা নুমিত্তা পোষ্টতা থাখিবা মহাক্কী চিঠি অদুগী পাউখুম থুনা ঈবায নুমিত্তা ফংখি। হায়নীংবা পংহায হায়বা লুজদবা চিঠি অদু মশানা শক-চু ফজবা নহা অমনি হায়জবা মীশক্তুনা থাবকপনি হায়বসি কবিগুম্বা মওং অমদা যানীংখিদে। স্মিতানা চিঠি অদু হাংদোক্লম্মি।

*নুংশিববী স্মিতা,*

ঐ মলযালম নীংথিনা হৈতবসি নুংঙাইজদে। ঐনা মদু মেট্রিক পরীক্ষা থাবা মতমদা থাদোক্লমলে। খুৎনা ইবসি ঐনা যাম্না হৈনজবা নত্তে। ঐদি কিবোর্দতনা হেন্না খুৎলোই। নহাকসু ইচম চম্না মখল মখাগী প্রোগ্রাম থিবা পাম্লবদি নহাকসু কম্প্যুতর মনাক্তা মতম হেন্না লেনবা তাই। নেতিজেন অমা ওইনা মালেম শিনবা থুংনা ঐগী মকুপ মপাং লৈ, অদুম ওইনমক নেতকী মকুপ মপাংশিং অসি কনানা কনানো, কনানা কদাইদা লৈ হায়বা তাংদাংবা খঙদে।

ঐগী মিং বিনোদ কৃষ্ণ কৌই। আই আই তি কানপুরদগী এম তেক লোইবগা যুনাইতেদ ষ্টেদতা চহী খবা থবক তৌবম্মি, অদুগা শেল যাম্না তানশিনখ্রে। হৌজিক চহী ৩৯ দা ঐহাক থবক্তগী পোখাদুনা ইংনা পুন্সি লেল্লি। মীশিং অসিনা মশাগী দবকাব ওইবদুদগী হেন্দোক্তুনা অহেনবা মবল মথুম লেপশিল্লিবসি কবি মবমগীনো হায়বা খঙদে। অওইবমক মীওইবগী মপোক অসি অমুক্তনি, পুন্সি হায়বসি নুংঙাইথোক্কদবনি। অদুনা ঐদি জোসি নত্রগা বিকি মার্তিন তায, টেক্নিকেল ওইবা লাইবিকশিংগা লোযননা পঙ্ক ফিক্সনশিং পায। নেততা বিবেল সর্ফিংসু তৌই।

স্মিতা, ঐদি নহাক্কী অদুগুম্বা পুন্সি অদো ভাবনা শাবা ফাওবা ঙমদে। ওফিস অমদা কেবানী ওইনা থবক তৌবা। মীগী যুমদা ভাড়াদা লৈবা। মচু শঙদবা টি ভি অমগীদমক মীওই অহুম মুন্নবা। কযাদা অকিবগী মশক ওইখ্রবা। ভাবত অসি হৌজিক ফাওবা দবিদ্রনাবাযনীশিংগী লৈবাক ওইবিবা। অদুবু নহাক্কা নশামক্কী মবমদা থাবিবশিং অদুদি ঐ পাম্মি। মহৌশানা ভাবতকী লৈশাবীশিং অসি অহানবা চিঠিমক্তদা মখোয

মশাগী মবমদা ফোঙদোক্লদে। মখোযদা হংলকপা ঙাইদুনা লৈনৈ। কৈদৌঙৈদসু মখোযগী মবেপ, অকুম্বা নত্রগা মশমগী অশাংবা হাযদোক্লদে। নহাক অসে নাপলনা মযাই কাববা অমদি ঐ মঙাইবে হাযনা খঞ্জবা মীশক অমা ওইনা নহাক্কী চিঠিদা নীংথিনা মমি তাই। ওফিসিয়েল ওইনা নমিং হোংদোকপা, মদুগী মবমদুসু হাযদোক্তবা-পূন্নমক অসিনা নহাক্কী ঐ মঙাইবে হাযবা রাখল অদু তাকই।

স্মিতাগী মওংদা ঐ ইশামক শক তাকচগে। ঐ-ফিত তকক রাংখি, অদুবু হন্দক্তা ইকুই কুইদনা ঐগী অরাংবা ওনবদি নত্তে। ঐগী অকুম্বনা কে জি ৭০ নি। শম খোই। ফ্রেন্সকী কোই খূৎখাকনি। কুলৈ কুচুনি। মসিনা যাববা? কবি হেন্না অমুক নহাক খঞ্জবা পামলিবগে? নহাক্লা পাম্বা ঈশৈ নোংমাই, খোইদাবা অইবশিং অদুগা কম্প্যুতবদা যেংনীংবা সাইতশিং ঐঙোন্দা ইবকউ। ঐহাক যাহ চেট ৰুমদা ঐগী মকপ অমগা হাযনখিবা লৈবা মবমনা চৎপা তাবে। চিঠিগী অবোইবা শকক্তা ঐগী ই-মেল এড্রেস মযামদগী অমখক নঙোন্দা পীগে। নহাক্লা মদু শীজিন্নববদি ঐখোয মতম যান্না মাঙহন্দবা যাগনি, যাবেকো?

*নুংশিনা,*

**বিনোদ**

চিঠি অদু পাবা মতমদা স্মিতাগী মিৎতা অশাউবগী মমি মযেক লাবা হেনগৎলম্মি। 'নাপল' অমসুং 'ঐ মঙাইবে' হাযবা বাহৈশিং অসি মহাক্কী ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা মঙোন্দা যান্না তোযনা শীজিন্নবা ঙাক্তনি। রাহৈশিং অসি মহাক্কী ইমুং মনুং নত্তবা কনাগুম্বনা মঙোন্দা হাযবল্লবদি মহাক্লা যান্না শাউখি। বিনোদ কৃষ্ণ হাযবিবা মীশক অসি মমিংতা ওইনা শক-চু ফজবনি, রাখলগী লাযনা নাববা মীশক অমা ওইবমগনি হাযনা মপূক্লীংদা ফাওখি। নত্রগবু মহাক্লা মশক অমুক্ত ফাওবা উখিদ্রিবা লৈশাবী অমদা অসুন্না কবম্না ইবা ঙমগদৌবিবনো। মহাক্লা ইবিবদুগা হেক চান্নদা পাউখুম পীবগে হাযনা রাবেপ লৌদুনা মহাক্কী ই-মেল এড্রেস অদু মীনুংশি যাওদনা হন্দোক্লগা চে অমদা ইবম্মি

***শ্রীবিনোদ কৃষ্ণজী,***

দবিদ্রনাবাযনী অমগী নোঙ্লুকপা যাইফ মঙ্গলগী রাহৈ খবসি লৌবিযু। নহাক্লা মলযালম নীংথিনা খঙদবগুম্না ঐহাকসু ইংবাজী নীংথিনা খঙদে। নহাক্লা কম্প্যুতবগী

কিবোর্দতা হেন্না পাম্মি অদুগা ঐনা খুৎনা ইবদনা হেন্না পামজৈ। ঐগীদি ই-মেলগী এদ্রেস মযাম অমা লৈজদে, অমখক্তং লৈজৈ, মদু নঙোন্দা হবাওনা পীজগে। নঙনা ঐঙোন্দা ইবকপা মতমদা মদু শীজিন্নবিয়ু, অদুবু নহাক্কী পাউখুমদি খুৎইদা ওইনা স্নেল মেলদা ফংগনি। নহাক্না খঙলিবদুমঙাই ঐ মঙাইবে হাযনা খনজবা মীওইশিংসে মঙকসু কল্লি।

ঐনা মসি লৌনবা হোৎনবা মতমদা ই-মেল আইদিদা ঐহাক অসে কযা যাম্না হাইথনা লৈবমখ্রবনো হাযবসি খঙখি। ঐগী আইদিদি স্মিতা ১০৩৮ নি। ঐহাক ১০৩৭ স্মিতাশিংগী মতুংদা লৈবা তাই। কনাগুম্বা ঐবু শক-উদ্রিবা লম্নানবা অমনা ঐবু নাপল তৌবা অমসুং ঐ মঙাইবে খনবা অমনি হাযনা মীওই ১০৩৭ কী মতুংদা মিং লৈবা ঐবু হাযবিবসি নোক্নীংখ্রবা ফাগি অমা নত্রা?

ঐ লানখ্রে, লৈশাবী অমনা অহানবা চিঠি মক্তদা মশাগী মবমদা ফোঙদোকপা যাদে হাযবা নিযম অমা লৈ হাযবসে ঐ খঙজকদ্রে। মালেম শীনবা থুংনা ঐগীদি মরূপ লৈজদবনি খাঙমিন্নবা তাবে। মবম অসিনা অসিগুম্বা নিযম অসি খঙদবনি। ঐগী মরূপ মপাং যাম্না লৈজদে। অদুবু নহাক্না মান্নদনা ঐদি ঐগী মরূপ কনা কনানো অমদি মখোয কদাইদা লৈবগে হাযবা খঙই।

ঐগী চিঠিদা নাপল অমদি ঐ মঙাইবে হাযবা বাখলগী মমি তাই অদুগা নহাক্তি, নশাগী মবমদা ফোঙদোকচবা পামজদে হাযনা নহাক্না ঈঙ্গিৎ ওইনা ফোঙদোকখি। নহাক্কী এদভবতিজমন্তদা যাওখিবা বাহৈশিং অদুগী মতাংদা অদোমগী পূক্নীং চিংশিনজবা যাগদ্রা? পাখং, শক চু নীংথিজবা, এম তেক নাইতোম লৈ- অসিনচিংবা অসিবু ইশাগী মবমদা ফোঙদোকচবা নত্ত্রা? অশেংবা মরূপ শান্ননবগীদমক্তদি অবোইবগী অসি নঙনা অতৈ মতিক মগুনশিং অসিদি দরকার ওইদ্রে। অদোমগী চিঠিদা যাওরিবা 'মলেম শীনবা থুংনা মরূপ মপাং লৈবা' 'শেল যাম্না তানশিল্লে', 'চহী ৩৯ দা থবক্তগী পোৎথাদুনা ইংনা পুন্সি লেল্লি' হাযবা বাহৈশিং অসি যেংবিয়ু। অদুগা পুন্সি হাযবসিদি নুংঙাইবগা লোইবে, নুংঙাইথোক্কদবনি হাযবা দশর্ন অদুসু যেংবিয়ু। হাযবিবশিং অসিদা 'ঐ মঙাইবে হাযবা' অসি যাওদববনে। অদুম ওইনমক নহাক্না লৈবাক অসিগী দবিদ্রনাবাযনীশিংগী মবমদা খল্লি হাযবিবসি কযাদা ঙকখ্রবনো।

মরূপ, মরূপ ওইবগী মবী অসি কুইনা শাংনা লৈগনি হাযবসি ঐ খন্দে।। শেল যাম্না পাযবা অমদি পুন্সি অসি নুংঙাইথোক্কদবনি হাযবা দর্শন অমদা লৈবা নহাক্তুম্বা

মীশক অসিদি লৈবাক অসিগী শাপনি। স্মিতাগুম্বা নুপীমচা অমা নহাক্না কৈদৌঙৈদসু খঙবা শুকঙম ঙম্লোই। কেবানী অমা ওইনা মীগী যুম অমদা ভাড়াদা লৈবা হায়বা অসি ঐ ইশাগী তৌদবা যাদবা অমনি। ঐনা পূন্নমক অসি তৌবিবগী মবমদি নুপী হায়বসি অউনপোৎ মযাম অমগা লোয়নন্না নিপাগা লৈমিন্ননবা অমদি মচাশিং য়োক্লবগীদমক মকুওইনা শেম্বনি হায়বা মযা অসিদগী নীংতম্না নুংঙাইনা লৈদুনা। 'পোকপা মতমদা চীন্দা লুপাগী চামসকা কোন্ননা পোকপা' হায়বা পাউবৌ অদুগী মহুত্তা নহাক্তি কম্প্যুত্তরগা লোয়নন্না পোক্লকপনিনা মসি পূন্নমক অসি নহাক্তি করিমত্তা খঙবা ঙম্লোই। অওইবনি, ঐহাক্তি মচু শংদবা টি ভি অমগীদমক্তা মীওই অহুমগা মুন্নবা তাই মদুনা টি ভি অমতা লৈজদবা মীওইশিংগী পূক্নীং ঈহুল অদো ঐনা খঙবা ঙমজে। নখোয়গুম্বা চেট কম অমদা হকচাং অমদি খোঞ্জেল যাওদবা মমিশিংগা বাবী শাদুনা লৈবা মীনা ঈ অমদি লৃ তোংনা শাবা মীওইবগী অৱা অনাগী মবমদা খঙবা ঙমগদ্রা?

ঐ মখা তানা ইবা পামজদ্রে। ঐবু ঙাকপিয়ু।

*পূকচেল শেংনা,*

**স্মিতা**

চিঠি অদু পোষ্টতা থাদবমন্রগা স্মিতা মহাক্কী পোক্লফম ময়ুম য়ৌগদবা অহানবা বস অমদা তোংদুনা চৎখি। মফম অদুদা মহৌশাগুম্না মহাক্কী লুহোং খোংদোংবগী ৱা হৌদোকপগীদমক্তা মমাদা চৈ থাংবা, মপাগা দিল্লিগী ৰাজনীতিগী মতাংদা খন্ন-নৈনবা, মতম অমদা মহাক্কী মৌপ্পানা ওৎপি নৈবিখিবা হৌজিক্লা মফম খুদিংমক্তা মতুং কোইন ইন্নদুনা লৈবিবী লৈশাবী অদুগী মতাংদা মৌপ্পাবু শাউহনবনচিংবা তৌদুনা লৈখি। নিংথৌকাবগী অযুক্তা মমানা মাঙোন্দা চৎখিবোইদ্রা হায়কবগীদমক্তা মমাদা শাউদুনা চৈ থাংলম্মি। নুমিৎ চুপ্পা অমা মহাক্কী ৱাখলদা ফিত তকক বাংবা, কেজি ৭০ লুম্বা নহা ওইৰিবা নিপা অদুগা থাদোক্লবা যাদনা লৈখি। অশাউবগী মৈশা পূন্নমক মঙোন্দা হৈথদুনা যুবী পাম্বী অদুগী অকোয়বদা তোয়না চৎতুনা লৈখি। লৈবাকপোকপা নুমিৎ্র মহাক ময়ুম থাদোকখি। মহৌশাদগী ওফিস মতম লোইৰবা মতুংদা লাকপা মহাক্না অযুক্তা লাকপা উবদা ঙক্লবসু ইন্তরনেত কেফেগী মেনেজর অদু হৈ-শিংনা তুমিন্না লৈরম্মি। মহাক্কী চিঠি উপুদা চিঠি অমা যাওরম্মি।

*নুংশিববী স্মিতা,*

স্নেল মেলদা থাবকপা নহাক্কী চিঠি অসি ফংবা পুংখাযমুক্তা ঙাযবি। নহাক অসি কবম্বা লৈশাবী ওইবিগবা। অহানবা চিঠিদা নহাক্কী ঐ মঙাইবে হাযবা নাপল অদুখক খঙবা ঙমখি। চিঠি অসিনা ঐবু মীহৌহল্লি। নঙোন্দা কল্লক মীহৌনী-ঙাই ওইবা গুন চেল্লি হাযজবি।

নহাকপু মদুমক ওইব্রনে। নহাক্লা অসুক যাম্না থাপ্না লৈখ্রবা, নঙোন্দা কবিগুম্বা অকাযবা অমতা তৌখিদ্রিবা, লাইবিক, কেসেত অমসুং ইন্তবনেত্তা মতম লেন্দুনা লৈজবা অমদা কবিগীদমক্তা শাউগদৌবিবনো? তৌববুদি অতোপ্পগী ৰাদা খাঙবা ঙমজদবী অমা ওইবম্বা যাই। নহাক্কীদমক্তদি সাহিত্য তম্বা লোইবগা ফাইলৰাবম অমা ওইনা হিংনবা হোৎনবা তাই। পুন্সিগী ইতোপ তোপ্পা মহাও অমগা লোযননা লেল্লিবা ঐগুম্বা অমদা মীহৌনীংঙাই মবম কবিমতা লৈতে হাযবসি ঐ-নঙোন্দা হাযগে। অদুম ওইনমক মীওইবদা পীবিবা পুন্সিগী মহাউ খুদিংমক্কী মমল লৈ হাযবসি নহাক খঙগদবনি।

নহাক্লা কমদৌনা স্মিতা ১০৩৮ ফাওবা ওইবক্লিবনো হাযবা ঐ ঙকই। নহাক্কী ৰাখল থেনবা অদুনা মবম ওইদুনা নহাক্তি ১০০৩৮ শুবদা লৈবনা মতিক চাবনি। ঐনা নেততা কোইথি থিবগী থবক অসি তোক্লবদি ঐখোযগী লৈবাক অসি কবম্না কনবা ঙমগনি হাযবদু ঐঙোন্দা হাযবিযু। ইশাগী মবমদা হাযদোকপা অসিগী মবমদা নহাক্লা ইবকখি, ঐ ইশা হাযবসি কবিনো খঙগদবনি হাযবসি নহাক্লা মদু হাযদ্রিঙৈগী। মমাঙদা খনখিদববনে? ঐগী এদভবতিজমন্ত অসিগী পাউখুম পীবিবকখিবা ইবেম্মশিং পূন্নমক ঐগী অফবা মৰূপ মপাং ওইবগী মবী শাগৎখ্রে। অদোমখক্তনি ঐগী থম্মোইদা চৈনা পীখিবা। নহাক অসি মীনুংশি খঙদবী থম্মোই পান্দবী লমশানি হাযবদা কবিমতা চিংনদে। লু তোংনা শাবা থম্মোই পানবা মীওইবা ওইবিযু। চুম্মি, নহাক্কা ঐহাক্কা মবম অমখক্তা মত মান্নৈ হাযবদি ঐখোয অনীগী মবী অসে মতম শাংনা চৎলোই। নহাক্কী পাউখুম ঙাইবি।

*নুংশিনা,*

**বিনোদ**

(খঙজিনবিযু, নহাক্লা পাম্লবদি ঐবু বিনু কৌবা যাই।)

অনম্বা চিঠি অদুগা লোযননা কেফেদগী থোবকপদা স্মিতাগী মশাদা ওমচারুবা মৈশা ফাওবম্মি।

মহাক চিঠি অমা ইবা তাবে। নত্রগা মহাক্কী পূক্নীংদা হান্ননা শেমগৎ শাগৎতুনা লৈববশিং অদু চেদা চিঠি অমা ওইনা শিন্দোকপা তাবে। মহাক্না ইবম্মি ঃ

*নুংশিববা মৰূপ,*

ঐহাক অসে হাযফম খঙদবা অকিবা অমদি তনিকপা ৱাখল অমনা বব নত্রগা শাপ ওইনা নৈহৎপীববী অমনি। নাইতোম লৈবী হাযবসে ঐঙোন্দদি ইচম চম্বা বোমান্তিক ওইবা ৱাহৈ নত্তে। ইমানা হেক পোকপদগী ঐঙোন্দা পূক্নীংগী লৈতাফম খঙদবা অমত্তা লৈখিদে। ঐনা খঞ্জবা অশেংবা তরু তরুবা মৰূপ মপাং ওইবগী মবী হাযবদুসু হেক অহৌবমক্তদা অমোৎপা, অনৈবা ঈচেল অমনা হৌখ্রে। পুন্সি হাযবসি ঐঙোন্দদি মতম চূপ্পদা থৌজাল হৈখিদ্রবা অমা ওইবল্লি। ঐঙোন্দা কবিগুম্বা খুদোংচাবা নত্রগা চানবিবা অমতা লৈতে, মীনুংশিফাওবা লৈতে। মীশক অনীগী মবক্তা চাংদন্নবা যাদবা, খেন্নবা মিৎযেং লৈবনা মতাং অসিৱাইদা ঐখোয অনীগী মৰূপ ওইবগী মবী অসি লোইশিল্লসি। মালেম অপূম্বা অসি নহাক্কীদি চাউববা ৱাবী ৱাতাই শাফম কা অমনিনা নহাক ৱাবৌবোই হাযবা ঐহাক খঙই।

পুন্সি চূপ্পগী ওইনা কাযনবসি।

স্মিতা

চিঠি অদু থাদখ্রবা মতুংদা স্মিতানা মহাকপু কাউথোকখিনবা অমদি থম্মোইগী চৈনা অদু ফহন্নবা হোৎনবম্মি। মহাক ইন্টবনেত কেফেদা চৎপা তোক্রে। ওফিসকী লেদিজ ক্লবতা যাওবগী মহুত্তা ফ্রাইদ বাইচ শেম শাবা অমসুং চিল্লী চিকন থোং থাকপা তমদুনা লৈবে। পাউ অমসুং অখন্নবা টি-ভিগী থৌবম খবদমক যেংবা মহাক্না টি ভি মমাঙদা পূং কযা ফমদুনা পবীং নাইনা চৎথবা দ্রামা যেংলগা চবিত্রশিংগী মবাইবক্কী মবমদা নৈনদুনা লৈখি। অদুফাওবদা মহাক্কী মপূক্নীং লাকশিনবা ঙল্লমদে, অদুনা মহাক হিংবগী কলা হাযবসিগী মবমদা মকওইবা পাবা খবা তম্বা চৎলগে হাযনা লেপ্পল্মি। মদুগীদমক বেজিষ্টবদা মহাক্কী মিংচনবা নুমিৎ অদুদা খূৎনা হাথু হাথু, লূ নান্দনা ইবা চিঠি অমা মহাকপু থিকবগা যৌবক্লম্মি।

*নুংশিববী স্মিতা,*

হন্দক মবক অসি নহাক্কী ডাক যেংবা খোৎপা তৌদ্রব্রা? নহাক্কী চিঠি উপুদা ঐগী চিঠি পীক থন্না যাওবমগনি। নহাক্না ঐবু ইবায লাযনা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা বিদাই পীবম্লবসু ঐনা নঙবু কাউবা ঙমখিদে। ঐ নঙোন্দা চিঠি ইদুনা লৈখি। ঐ নঙবু মতম চুপ্পগী কাউবা ঙমগনি হাযবসি খন্দে। মবমদি ঐগী থম্মোই শোকহনখিবা লৈশাবী অসি মালেম অসিদা নহাক খক্তনি। ঐগী চিঠি পূম্নমক নহাক্না পাউখুম অমতা পীদনা তবাম্না লৌশিনখিবদা, ঐগী ৱাহৈশিং অদুনা ঐঙোন্দা অমুক হল্লক্তুনা হেন্না থম্মোই শোকহল্লি। অদুগা নহাক ই-মেলসু কৈদৌনুংদা যেং লাক্তমাল্লে হাযবসিমসু ঐঙোন্দা ফাওই। অদুনা ঐনা নঙগী স্নেল-মেল যেংবা লাকপনি।

ফবে, ঐ নঙোন্দা মখা শাংথনা নহাক্না মব্দপ ওইবা পামদবা অদু ওইনবা কৈদৌনুংদা হাযববোই। অদুবু নহাক অমূক্তং হন্না কম্প্যুতবদা বেবসাইত www vinod_krishna com যেংবা লাকউ। মসি ঐনা ইশামক্কী ওইনা শেমজবা ৱেবসাইতনি। মদু যেংলবা মতুংদা ঐবু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা থাদোকউ। নহাকপু লাক্লবোইদ্রা?

*নুংশিনা*
বিনোদ

স্মিতানা খুদক্তা বিনোদ কৃষ্ণগা মবী ইবৈ লৈনদবা মীশক ওইববসু কনাগুম্বা অমত্তগী ৱেবসাইত চঙলবোই হাযনা বাবেপ লৌবনি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং ৱাইবমদগী হৌবগা মহাক হিংবগী কলাগী মবমদা পাবা খবা তম্বা চৎলম্মি। অমুক্তং পূক্নীং লাকশিনবা ঙমখ্রবদি পূম্নমক ইফ ফবগনি। অদুবু নুমিদাংবাইবমদা পাবা তম্নবা শীন লাংলিবা মফম অদুদা খোঙশাল্লিবা স্মিতা মশামক মফম অদু নওবা ইন্তবনেত কেফে অমদা চঙলম্মি। মশামক ইথক থক্কৎনা তাইপ তৌবম্মি www vinod_krishna com ৱেবসাইত অদো মঙ্গলগী মশক ওইববা খোঞ্জেল পঞ্চবাদ্যগা লোযননা থোবক্লম্মি। ফিজংদা মচু তাকক্কী চুমথাং খনবা অদু থোইদোক্না ফজববা দৃশ্য অমা ওইখি, অদুগা অমূক মাঙখি। নোং তাবগী খোঞ্জেল কনখৎলম্লবদা ফিজং অদুদা বিনোদ কৃষ্ণগী মাযথোং তপ্প তপ্পা উবকই। মী লুবা অমসুং নীংথিজবা মাযথোংনি। অহানবদা মহাক্কী পূক্নীং চিংশিনখিবদি লম্লানবা অমসুং কামগী ঈখৌলাংবা চীনবান অদুনি। মদু অপাম মীহৌ পোকহনগদবা মাল্লি। অসিগুম্বা চীনবান অসি কনাগুম্বা অমগীদা মহাক অমুক্তা উখিদ্রি। বিনোদকী মমিৎ অদু নিপা অমা ওইবগী

*পাঙ্গল মপূংফানা লৈ। মহাক্কী অথৌবা মিৎযেং অদুদা স্মিতা পোখাফম খঙলমদে* অমসুং এযব কন্দিসনগী কা অদুদা হুমাং কাংবা হৌবকখি। মহাক মশানা মশাদা হংজবম্মি, হে ঈশ্বব ইবুংঙো ঐঙোন্দা কবি থোক্লগবা? মহাক্লা ফোটো অদুদা অমুক হন্না যেংলম্মি। অখোইবা শম অমদি ফ্রেঞ্চকী কোই খূৎখাক অদুনা থোইদোক্লা পূক্লীং হুনীংঙাই ওইহন্দুনা বিনোদ কৃষ্ণ গ্রীক্কী অপাম নুংশিগী লাই মাল্লম্মি।

মহাক্লা 'লাইফ' হাযনা থাবা ৰিন্দো অদুদা কবসব অদু পুশিল্লগা নম্লম্মি। ৰিন্দো অদু হাংদোক্লে ঃ

পোকপা চহী ঃ ১৭-০১-১৯৬১

মহৈ মশিং ঃ ১) এস এস এল সি, পুলুভিলা গর্ভনমেন্ত স্কুল, ফাষ্ট ক্লাস

২) প্রি দি গ্রী, গর্ভনমেন্ত সাইন্স কলেজ, ফাষ্ট ক্লাস, মবি শুবা

৩) বি তেক, গর্ভনমেন্ত এঞ্জিন্নিযবিং কলেজ, ফাষ্ট ক্লাস, অনী শুবা

৪) এম, তেক, আই আই তি, কানপুব ফাষ্ট ক্লাস, মকোক তাখি।

৫) বিছর্চ ঃ কেলটেকস, কেলফোবনিযা বিছর্চ গাইদকা মত খেন্নবদগী লোইদনা তোক্লে।

স্মিতা মখা পাথদ্রে, অদুবু মশা মতোমতা বিনোদকী মিৎযেং লাংদা থুননবা হোম পেজদা অমুক হঙ্গৎলুবে। 'কযাদা ঐ-মঙাইবে হাযনা নাপল কাবিবনো' ফোটো অদুদা যেংলগা মহাক্লা হাযবম্মি। প্রোফেসবমক্লা খৎনবা নহাক বুদ্ধি লৌশিং লৈ হাযবা ঐ যাই, অদুবু নঙগী থম্মোইদুদি। থম্মোই পানবা হাযবসিসু দবকাবনি হাযবা নঙবু খন্দ্রনে? স্মিতা মহাক্কী খোঞ্জেল মেঙথবকপা অদুদা ঙকচবম্মি।

মহাক্কী মমাঙমক্তদা বিন্দো তককখক লৈবি পুসি, থিজিন খোৎচিনবা, হৌজিক পাযখৎলিবা থৌবাং, অলবম, বিজিতবস বুক, মবী থম্নফম। অহানবদা স্মিতানা বিজিতবস বুক হাংদোক্লম্মি। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী মীওইশিংনা ৰেবসাইত অদুদা চঙদুনা যেংখ্রে অদুগা শীংথা বাহৈ অমসুং থাগৎ বাবোল কযা ইশিল্লম্মি। কবসবি বাউণ্ড লোইববা মতুংদা মহাক্লা হোম পেজদা অমুক যেংলম্মি, মথংনা কদাইদনো হাযবসি ঙক্লদুনা অলবম হাংদোক্লম্মি।

শক-চু নীংথিজবা বিনোদ কৃষ্ণ অঙাঙবা চেক চৎপা ফুবিৎ অমা লিৎলদুনা কম্প্যুতবগী মমাঙদা ফম্নি, মহাক্কী খূৎশাশিং অদুনা কিবোর্দতা থম্নি, মহাক্না মঙক খজিক্তং লৈথোক্নুনা মঙোন্দা যেংলকই। নকশিন্না উবা মহাক্কী মাযথোংনি। চীনবান অদো খজিক্তং কাংখৎলি, মোমোন নোকপদা মহাক্কী যাতোন উই। শাদানবগী গুম্না থৌববা মিৎযেং মতা অদুনা স্মিতাবু অমুক হন্না পোৎথাহল্লমদে। মহাক্কী অপীকপা খূৎশা অদুনা যেংবা তোক্নবা হোৎনবম্মি, অদুবু খূৎশা অদু হৈ-শিংনা অমুক লৈথোক্লম্মি।

মথংগী লাই অমুক তপ্না দাউনলোদ তৌবে। বিনোদ কৃষ্ণগী ফোটোনি। অচৌবা কাগোক অমদা যেকপা লাই অমগী মমাঙদা ফমদুনা মহাক লাইবিক অমা পাবি। মহাক ফম্নি কবিদনো অমদা

কবিদা ?

মহাক্কী মমিৎ মক্না থাজবা ঙমদ্রদুনা, স্মিতা অমুকসু হন্না যেংলম্মি। অওইবমক্নি, বিনোদ কৃষ্ণ কাংখোঙ পানবা চৌক্রি অমদা ফম্নি। স্মিতা থম্মোই শোক্না খংপ্রেক খংনা হন্দোক্লম্মি অদুগা 'লাইফ' হাযনা থাবা ব্লিন্দো অমদা যেংলে। মশা পূন্নমক থক থক নিক্না মহাক্না পাবম্মি ঃ

থোইদোকপা ঃ নিউযোক্কী কাব এক্সিদেন্ট অমদা ফৈগন মখাদা খোঙ অনীমক তৎখ্রে।

ইমুং ঃ কনামতা লৈতে

হৈনবী ঃ ঈশৈ নোংমাই, লাইবিক পাবা অমসুং ইন্তবনেত

স্মিতা অমূক মখা তানা খঙনীংখিদ্রে। মহাক মহাকপু ইকোয কোযশিন্দুনা ফাজিল্লিবা লাং অদুদগী নাঙ্খোক্নুনা চেঙ্খোকখিবা পাল্লম্মি। মহাক্না ভাব মেন তাদনা দৃশ্য অদু খুমজিন্নবা মাউসকী বতন নল্লমই। নিক্নবা খূৎশা অদুনা মাউস অদুদা নন্নবা ফাওবদা দৃশ্য অদু মাঙহনবা ঙন্নমদে। বিনোদ কৃষ্ণ মহাক্কী কাংখোঙ পানবা চৌক্রি অদুদা ফমদুনা অদুম লৈবম্মি, মহাক্কী থৱায যাওনা যেংবা মিৎযেং অদুনা মঙোন তম্না যেংদুনা অসুম লৈবম্মি।

# লন-থুম ফংহৌগদবা মী

## সুবেন্দ্র ঝা 'সুমন'

অযুক ফন থেঙলবা ফাওবা নিতু সাহুগী দুকান থোঙ লোন্দুনা লৈবা হাযবসি মহৌশাগা শুকমান মান্নদবা অমনি। পোৎ লৈবা লাকপশিংনা লাংতক্লনা থোঙজিন্দা ঙাইবি - কনা অমনা চা মনা খবগীদমক, অতোপ্পা কনা অমনা হিদাক মনা অমগীদমক। থোঙ অসিবু অসুমক হাঙলবোইদ্রা? মখোয পুন্নমক ইঙক ঙকখ্রে। মযাম অদুগী মবক্তা অমনা নিতু সাহুবু খোঞ্জেল হৌনা কৌই। অদুবু মদুগী পাউখুমদি ফংদে। হৌজিক্তি ফার্মগী শিন্নীশিংফাওবা মখোযগী মবক্তা যাওববে। মখোয মখোযগী থবক শুজদৌবিবনি। অমগী মথঙদা অমা লাক্কুনা পোৎ লৈবা লাকপশিং অদুনা থোঙজিন্দা ঙাইবিবশিং অদুগী মবক্তা যাওশিনখ্রে। থোঙ কবিগী হাংদ্রিবনো হাযদুনা লাক্লিবা পুন্নমক অদু ঙক্লবি। মখোযনা হৌনা কৌই, 'সাহুজী সাহুজী।' অদুবু মখোযনা ঙমজবা থাক্তা কৌববসু থোঙ অদুদি হাংদোকত্রে।

অঙকপা অদুনা অশাউবা ওহ্নোবক্লে, থুনমক চিংনফম অমদি পূক্নীং লাংতক্লফম ওইবকই। মযাম অদুগী মনুংদা অমনা থোঙ অদু হাংদোক্লবা হোৎনৈ অদুবু কা মনুংদা ছো লোল্লি। অদুদগীদি মখোযনা নমফুদা থোঙগী পুনা ফক্কাইদুনা হাংদোকই। কাংথোন মচা অমদা মশাদা মোম্পাক ফিদক অমনা কুপশিল্লদুনা সাহুজী হিপ্তুনা লৈবিবদু উই। কনাগুম্বা খবনা মঙোন্দা যাহৌনবা হায, অদুবু মঙোন্দগী কবিওম্বা পাউখুম অমতা ফংদে।

কাইনথংদা মোম্পাক ফিদক অদু চিংথোক্কুনা মাগী নাকন্দা থন্নবকান্দা সাহুজী শিবে, হকচাং অদো চপ তিংনা লৈবে হাযবা খঙই। কবম্বা মতমদা থৌদোক অসি থোকখিবনো, অমুক হন্না হৌগৎলবোইদবা মওংদা মহাক্লা মতৌ কবম্না তুমখুন তানখিবনো হাযবসিদি কনাসু খঙলমদ্রে। মফম অদুদা লৈবিবা মী অমতনা থোকখ্রিবা থৌদোক অদুগী মবমদা মানা মানা থোকপা হায়বদবা যাওদে।

অদুম ওইনমক হৌজিক্তি মদুগী মবমদা ঙাঙনবা অমদি প্রমান পীনবা থোইনা কান্নবমদে। নিতু সাহুগী হকচাং অদু কাংথোন মচা অদুগী মথক্তা মী খুদিংমক্না যেংন্নবা লৈবি অদুবু লুবিবদি কবম্বা অহিংগী পুংফমদা মতৌ কবম্না মহাক্কী হকচাংদগী থরাযনা মপান থোকখিবা হাযবসিনি। তৌববুদি মহাক ফন্ন অহল ওইবে কুম পুববা হাবা কংখুগী লাযনা অমনা মতম চুপ্পদা লোক খুদুনা অমদি স্বব হোনবদা বেবা চেন্দুনা লৈবকপা কুইববনি। মহাক্কীদমক্তদি অসিগুম্বা লাযনাশিং অসিদগী নাহোক্তুনা মুক্তি ফংখ্রবনি। কন্নাগুম্বা আত্মা অমতদসু অরাবা পীদনা অসুক যাম্না শান্তি ওইনা চৎখ্রিবসি মহাক্কীদি কযাদা ফখ্রবনো?

মহাক লৈখিদবদা কবিগুম্বা খুদোংথীবা অমতা নংখিদে। নুপী অমতা লুখ্রা ওইখিদে অদুগা মচানিপা কাযনবা মপা অমতা যাওখিদে। মযাম্না খঙনবা মহাক্কীদমক কপপিনবা মপাবি মমোম নত্রগা অরাবা ফোঙদোকপিনবা নরুবা মবী মতা লৈবমদে। মহাক্কীদি পুন্নমক মহাক মশানা লোইরে। তশেংনমক মহাক্কীদমক্তা তেংথাবিনবা কন্নাসু লৈবমদে।

মহাক্না হিংলিঙৈ মতমদা খুঙ্গংগী মীওইশিংগা লৈনখিবা মবী হাযববু দুকানফম্বা অমগা মহাক্কী পোৎ-লৈবা লাকপা মীওইশিংগা লৈনখিবা মবী অদুনি। কবিগুম্বা মতমদা খুঙ্গংগী কন্নাগুম্বা খবনা মহাকপু লুনা খনবিদুনা নগুন থাংবা, লুহোংবা নত্রগা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবদা বার্ত্তন তৌবকপা অসিনি। মসিগী খুলং লমন ওইনা কনাগুম্বা ভদ্রলোক অদুনা মহাক্কী দুকান্দা লাকপা মতমদা হোপ অমসুং ধানচিংবা পীজে। কন্নাগুম্বা মবীমতা অমতনা সাহুজীগীদা লাকখিবসি কন্নানসু নীংশিংবো ৬মলোই। অসুন্না মহাক্নসু মহাক্কী মবী মতাগী যুমদনি হাযদুনা নোং ফাদোক চৎথোক খোৎতোক্লবা অমুক্তা উখিদে। পুন্সি মবায চাযখবক্লবা শিবমদাই যৌবক্লবা চহী হুম্ফুগী নকযা অদুবাইদা খুঙ্গং অসিদা যেৎতুম ডর্জন অমা নত্রগা অনী, মৈখেৎ উপু খবগনা মহাক্কী ললোনপোৎ ওইদুনা খুঙ্গং অসি থুংগা কোযচৎ চৎতুনা পোৎ যোল্লম্মি। খুঙ্গং অসিগী জমিদাবদগী লম অমা লৈদুনা দুকান অমা ফমদুনা মফম অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখিবদগী মহাক খুঙ্গং অসিদগী অমুক হন্না চৎখিদ্রে। মহাক্না মহাক্কী দুকান অসি অসুম তপ্না তপ্না চাউথোকহল্লকই অদুগা হৈকোল অমা শেন্নবগীদমক উ মযাম থাজিল্লকই, মনা মশিং থাদুনা ইংখোলসু কোইবকই। অদুদগীদি মহাকপু খুঙ্গং অসিগী মীওই অমা ওইনা মযাম্না অদুম লৌনখ্রে। কন্নামতনা মহাক্কী পোকফম শাৎফম মবী মখোঙ থিনখিদ্রে। খুঙ্গং অযাম্বদা হৌবিবা খোংনাংবোট পাম্বীগী উকমগুম্না মহাক্কী দুকান অসিনসু খুঙ্গংগী মীওইশিংদা ক্লব অমনা তৌবগুম সেবা তৌবম্মি।

অচুম্বনি, পাখং অমদি লৈবম্মি, খুঙ্গং অসিগী শাগে জাৎ নাইবা অমগী মচানিপানি। মহাক্কী শাগে জাৎ মান্নবা নিপামচা অদুদা হাযদুনা মহাকপু মহাক্কী দুকান অসিদা মবক মবক্তা ফমহল্লম্মি। কবিগুম্বা কান্দা মহাক্কা সহবদা মহাক্কী দুকানগী পোৎ-চৈ লৈবা চৎপা মতমদা পাখং অদুবু পোৎচৈ যোলহন্নবগী থবক্তা কন্না মাইপুনহন্দ্রবসু দুকান যেংশিনহন্নবা থনমগনি। নিপামচা অদুবু থাজখিবদগী মহাক্কা মঙোন্দা দুকানগী ছোশিং অদুফাওবা শিন্নখিবনি। কবিগুম্বা অথু-অকাই লৈব্বদি নিপামচা অদুনা পোৎ-চৈ লৈবা লাকপা অমা অনীগী পোৎ তমথোক তমশিনগী থবক মপু হল্লকত্রিঙৈদা তৌগনি, অদুগা হিসাব অদু মহাক হল্লক্লবা মতমদা শিন্নগনি। অদুনা সাহুজীনা বামভাজুগী দবকাব ওইবা বিডি, ক্লানচিংবা পীজ পীথক্কনি অদুগা মবক মবক্তা শেল অচোইবা খবসু পীগনি।

সাহুজীনা খঙহৌদনা লৈখিদবা অসি খঙনীংবা অবাকপা মী কযামুক্কী পূক্লীং চিংশিল্লম্মি, অদুবু কনামতনা মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু মতৌ কবম্না পোৎলোইগদগে হাযবগী মতাংদদি খঙনীংবগী লাংতক্লবা থোইনা উৎখিদে। অশিবা হকচাং অদু হান্না লৈবম্বা মযম অদুদা লেংদনা চপ তিংনা লৈবম্মি। মমৈথঙদা খুঙ্গং অদুগী অহল লমন খবগী পাউতাক মতুং ইন্না পাখঙ বামভাজুনা অবোইবা মথৌ মঙম পাঙথোকপা হাযনা লেপ্লবম্মি। খুঙ্গং অদুগী সমাজগী থবক্তা থরায যাওবা মীওই খবনা অশিবা হকচাং অদু শগাইদা হাপ্লুনা মোংফম তান্না পুবম্মি, অদুগা হকচাং অদু মৈদা শিন্নবম্মি। মথঙগী অযুক্তা কন্সটেবল অনীগা লোযননা জমাদাব অমনা বামভাজুনা পুবিৎকা লোযননা অশিবগী লাইশোন তিনশোন থৌবম পাঙথোক্লিঙৈ মক্তদা খঙহৌদনা লাক্লম্মি। বাহং মযাম অমা মৈকাপ্লীগুম কাপথোবক্লম্মি ঃ 'সাহু কনানো? মহাক কমদৌনা শিখি? মহাক্কী মব্বপ মপাঙনা কনা কনানো, অদুগা যেক্লবনা কনানো? মহাক্কা থল্লম্বা লন-থুমনা কবি কবিনো? শিবগী থৌদোক অদু পুলিসতা বিপোট তৌবকত্রিবগী মবম কবিনো? নীংথিজনা থিজিন্দ্রিঙৈগী মমাঙদা মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু কবিগীদমক্তা মৈ থাদোকখ্রিবনো? কনানা মহাক্কী চিতাদা মৈ চুখি? পোৎলোইবা অদুদা কনা কনা যাওখি? অসিনচিংবা।'

পুলিসনা বামভাজুবু ফাজিনখ্রে। অশিবা হকচাং অদু মোংফমদা পুবদা যাওখিবা মীওইশিংগী মিং অমদি লৈফম তাংদাংবা খঙদবনা অতৈ অতোপ্পা কনাগুম্বা অমতা পুলিসনা ফাজিন্দুনা থমখিদে। দুকান অদু থোঙ লোনশিল্লম্মি। খুঙ্গং অদুগী মীওইশিংগী পূক্লীংদা লাংতক্লবা, নুংনাংবা অমদি অকিবনা পীক থল্লম্মি। সাহুজীনা হিংলিঙৈদা

খুঙ্গং অসিগী কবিগুম্বা যেৎনবিবা কাঙলুপ নত্রগা খৎন-চৈনবা ৱাথোক লাম্ভোক অমতদা যাওখিদে, মহাক্না ইংনা, তুমিন্না শান্তি ওইনা লৈখিদবা অসিনা খঙহৌদনা খুঙ্গং অসি পুমলাং লাংহনখি অমসুং তনিক তনিকহনখি। বামভাজু নাইতোম তাবম্মি অদুগা ক্বিনা ৱা অমতা ঙাঙবা ঙম্লমদে। মহাক্না খল্লম্মি, 'পূন্নমক অসিগী দাযিত্ব ঐনা পুবা তাবব্রা ?' সাহুজীনা লৈবিঙৈদা মঙোন্দা হিদাক মনা অমসুং বিডি পীবিবম্মি। মদুগী খুৎলং লমন ওইনা সাহুজীনা হাযবা থবক খুদিংমক পাঙথোকখি। মহাক্না ঈশিং বালতিন কযামুক শোকখি অদুগা দুকান অদুসু মহাক্না লৈতবা মতমদা পূং কযামুক যেংশিনবিখি। মহাক্না সাহুজীবু নুংশিবদো থক মাঙদে, অদুনা মহাক্না মাগী চিতাদা মৈ চুখিবনি। মহাক্না মচানিপা অমনা তৌফম থোকপা পিগু ফাওবা পীখি। মহাক্কী মমানা হিংলিঙৈদা মতম অযাম্বদা হাযখি, 'নঙনা মীগী মতেং পাঙলবদি ঈশ্বরনসু নঙগী মতেং পাংগনি।' অদুবু পূন্নমক অসিগী ফল কবি ওইববগে ? অসুন্না পুলিসকী লোক অপতা বামভাজুগী ৱাখলগী ঈচেল চেম্থবম্মি। নুমিৎ নিনীদি মহাক মথৱায নুংঙাইতবা অমসুং কপ লাকপা তৌবমদে। অকোনবদা পাখং অদুদা ফম যাম্না ওৎ নৈববসু মঙোন্দগী পাই অমফাওবা ফংলবোই অমদি খুঙ্গংগী কন্নাগুম্বা অমতনা নম হাদুনা মহাক্কী মথক্তা অবানবা সাক্ষি অমফাওবা পীববোই খঙলদুনা খোঙপাক্না খবা কাওবি, খূৎপাক্না খবা থাজিনবি তৌদুনা মহাকপু থাদোকপীবকখি।

মতম অসিদা খুঙ্গংগী মাওইশিংগী মবক্তা ইখঙ খঙহৌদনা চবাংনবা, চমন্নবা ফিভম খবা উবক্লম্মি। মখোযনা সাহুজীগী দুকান মমাঙদা খুঙ্গং অদুগী নত্তবা মীওই খবা লাক্লগা লেপ্পা উখি। হংলুবা মতমদা মখোয সাহুজীগী যাম্না নক্লবা মবী মতা ঙাক্তনি হাযবম্মি। মখোযগী মবক্তা অমনা সাহুজীগী হেক পোকমিন্নবা মনাওনিপাগী মচানি হাযনা দাবি তৌবম্মি। অতোপ্পা খবা অমনা মখোয সাহুজীগী অপোকপগী, মবী মতা ঙাক্তনি, লাকমিন্নবিবা নিপা অদুগী অশেংবা মশক তাকপা লাকপনি হাযবম্মি। মহাক্কী মখুবা লৈখিদ্রে হাযবা তাবা মিকুপ অদুদা মহাক মরু কোকথোক্তুনা অমসুং খুজিলনচিংবা ককথৎতুনা শেংলবা গঙ্গা মপান্দা মখুবাগী পিগু পীনবা চৎনবা থৌবাং তৌখিবা মতম অদুদা মহাক মতোমতা লাক্লম্বা যাবনি। অদুবু ফিভম অসিদা মহাক থেঙনা থুংলবে।

মখোযনা লৈবিবা সাহুজীগী দুকান মনাক অদুদগী খুঙ্গংগী মুখীযা উন্নবা চৎখিবম্মি। খুঙ্গং অপূম্বা অদুনা নৌনা ওইবক্লিবা ফিভম অসিগী মতাংদা খন্নবিঙৈদা সাহুজীগা হেক পোকমিন্নবা মচনগী মচানিপানি হাযবা অমা যাওনা মী কাঙবু অমসু

লাক্লম্মি। মহাক্কী মতুং ইন্না সাহুজীগী লন-থুম ফংগদবা অশেংবা উত্তবাধিকাবীদি মহাক্তনি হাযবম্মি। মহাক্না হাযবম্মি, লাকমিন্নবিবা মপাগী মবী মতাশিং অসিনা ৱাফম অসি অচুম্বনি হাযনা তাক্কনি। মখোযনা ৱাফম অদু হাযবনবা খুঙ্গং অদুগী সবপঞ্চগী মফমদা চৎলম্মি।

হৌজিক্তি কাঙলুপ অনীগী মীশিংনা বামভাজুবু মখোয মখোযগী মীচঙ ওইহন্নবা হোৎনবম্মি। সাহুজীগী মনাওনিপাগী মচানি, মচনগী মচানি হাযবিবশিং অমদি মখোযবু শৌগৎলিবা মীওইশিং অদুনা পুলিসকী লোক অপতা খোঙপাক অমদি খূৎপাক্কী চৈনা ফংখ্রবা বামভাজুবু যান্না মকওইবা অচৌবা মীশক অমগুম্না লোযনবক্লম্মি।

খুঙ্গং অদুদা ৱাফম অসি যান্না মকওইবা অমা ওইবক্লম্মি। সাহুজীনা থনমবা লন-থুম হাযবদি মহাক্কী দুকান, যুম, হেক থংননা লৈবিবা চাকশঙগী লম অমসুং ইংখোল কোইবা, লৌ উবা যাবা লমনচিংবা অসি খুঙ্গং অসিদা লৈবিবা মী পূন্নমক্না খঙই। অদুবু মখোযনা তশেংনা খঙদবদি সাহুজীগী মবী মতা লৈ হাযবসিনি। সাহুজীগী যুমদা হাইফেৎ যান্না হৱাই চেংৱাই লৈবমগনি, শেল ওইনা খবা লৈবমগনি হাযনা মখোযগী পূক্নীংদা খল্লম্মি। লন থুমশিং অসি লৈ হাযনা খনবনা হাযবিবা চাউবোক অনৌবা মবী মতাশিং অসি যুম অসিদা চিংদুনা পুবক্লিবনি। হৌখিবা চহী যাঙ্খেদগীনা যাঙ্খেমঙা অমুক সাহুনা খুঙ্গং অসিদা লৈবকপসিদা মহাক্কী মবী মতানি হাযবিবশিং অসি কনামতা লাক্তুনা মহাকপু কবম কবম পাল্লিবগে হাযনা হংলবা অমতা উখিদে অদুগা হৌজিক মহাক লৈখিদ্রে খঙলবা মতমদতা মখোযনা গঙ্গা মপান্দা পিণ্ড পীখ্রে হাযনফাওবা দাবি তৌবম্মি।

অচুম অবান বিচাব তৌবা ঙম্বা খুঙ্গং অদুগী মীশিংগী মততি অতৈ কনামতনা সাহুগী মবন মথুম ফংবা যাবোই, বামভাজুখক্তনা ফংগদবনি হাযবা অসিনি। অশেংবা ঈ মবী অমগুম্না চিববা মতমদা অমদি অৱা-নুংঙাই পূন্নমক্তা অহল অদুগীদমক্তা লেপখিবদি মহাক মতোমতনি। বামভাজুনা মঙোন্দা 'বাবা' হাযনা কৌখি, অদুগা অহল অদুনসু মহাক্কী হেক মশুনুপা অমগুম্না নুংশিনা লোযনখিবা নৎত্রা? মহাক্না চিতাগী মৈ চুখি, অদুগা অহল অদুগীদমক্তা মহাক্না লোক অপতা পুলিসকী লুজদবা খূৎফুগী চৈনা খাঙখিবনি। অদুবু মহাক্না থেংনখ্রিবা অৱাবা পূন্নমক অসি খঙবিদদুনা মহাক্না লন-থুম ফংহৌগদবা (উত্তবাধিকাবী) মীশক অমনি হাযবা ৱাফম অসিফাওবা খন্নবিখিদে। মবী মতানি হাযনা দাবি তৌবিবশিংনা মখোযনা হাযবিবসি অশেংবনি হায়না কবিমতা মশক শেংনা তাকপা ঙমদনা কনানা মখোযবু অশেংবনি হাযনা

লৌবিগনি। শেমজিন শাজিন্দুনা মখোযনা হাযজিল্লিবদু আইননা যাহন্নবা মাযকৈ অমদা মৃখীযা অমসুং অতোপ্পা মাযকৈ অমদনা সবপঞ্চনা মতেং পাঙহন্দুনা তৌবিবশিংদু নমথাক তৌবা মীওই ঙাক্তনি। খুঙ্গং অসিগী তৌবা ঙম্বা অচৌবা মীওই অনী অসিখক্তনা সাহুজীগী মনাওনিপাগী মচানি, মচনগী মচানি হাযবিবদুনা পুথোবক্লিবসিগী মকমদা অবোনবা থৌশিন অমা যাওবদৌনা তৌবম্মি।

মফম অদুদা লৈদুনা সাহুজীগী মবী মতানি হাযনা দাবি তৌদুনা মপা মপুগী ফংফম থোকপা লন-থুম ফংনবা তান্নবিঙৈদা অতোপ্পা মীওই খবা অমসু লাকপা যানা লৈবম্মি। বামভাজুগা হেক যুমথংননা লৈবা মশামক খুঙ্গং অদুগী খ্বাইদগী হৈ-শিংবা অমসুং শক্তি লৈবা মীশক অমনি হাযনা খঞ্জবা বুচনু বাবু কৌবা মীশক অমা লন-থুম মুন্নবা অদুদা যাওশিল্লক্লম্মি। মহাক্না হংলক্লম্মি, 'সাহুজীগী কাববাব হৌদোক্লবা শেল্লেপ পীখিবা মীশক কনানো হাযবসি কনানা খঙবগে? খুঙ্গং অসিদা অহানবা লাকপদা মৈখেৎ উপু দজন অমা অনী অমসুং যেৎতুম খবা খক্ত নত্তনা অতৈ পোৎলম কবিসু যাওদনা মহাক্কী ললোনপোৎ ওইদুনা খুঙ্গং অসি কোযনা পোৎ হাদুনা যোনবা চৎলম্মি হাযবসি কনা খঙদবা যাওবিবগে? অদুদগী ঐগী ইপা ইবুংঙোনা মাবু নুংশিবিখিবনি। বুচনু বাবুনা মখা তাবক্লম্মি, 'কোন্নদি ঐগী ইপা ইবুংঙোনা অমুক হন্না বামভাজুগী মপাদা কন্না হাযনদুনা নিপামচা অদুবু সাহুজীগী থবক ইখাং যাওবা যাহনখিবনি। মযাম্না নীংশিংবিবিবা অদুনি মহাক্না সাহুজীগী দুকান অদু চাউখোক্লবগীদমক্তা শেনদোই লৌদুনা শেল পীথোকখি, অহানবদদি খোংনাংবোট অমগী মখাদা খাংপোকশঙ অমদা মহাক্কী দুকান ওইবমলিবদুনি। ইপা ইবুংঙোনা সাহুজীদা পূকচেল চাউনা শেনথং পীবমদ্রবদবু দুকান অসিনা অসুক যান্না চাউখৎলক্লিবা অসি চাউখৎলমগদ্রনে। অদুগা ইপা ইবুংঙোনা লৈখিদ্রবা মতুংদফাওবা ঐনা সাহুজীদা কযাবক হন্না শেনথং পীখিবনি। মহাক্না লৈবম্বা যুম অসি শানবা মঙোন্দা শেল পীখিবা নুপা অদু ঐনি অদুগা চাকশঙ শানবা লম অমসুং ইংখোল কোইবা, লৌ-উবা যানবা লম লৈবদসু ঐনা অমুক হন্না মাগী, মতেং পাংখি। সাহুনা শেনথং লৌবগী চেদা খুবি শোই নীংথিজনা তৌদুনা থনম্বা চে-চাংশিং অদু ঐনা খুঙ্গংগী ইচিন ইনাওশিং যেংহনজনবা পুজবকই। সাহুনা হিংলিঙৈ মতমদা মহাক্কী মনাওনিপাগী মচা নত্রগা মচনগী মচা নত্রগা লন-থুম ফংহৌবা যাবা মবী মতা লৈখি হাযবা খঙবিবা কনা যাওবগে? হৌজিক্না মতৌ কমদৌনা ইখঙ খঙহৌদনা মীশক অমতসু নত্তনা অনী মফম কদাইব্রাইদগী লাক্লিবা। মসি পূন্নমক অসি মুখীযা অমসুং সবপঞ্চ অনীনা

লৌতুনদুনা খুজিল থৌবাং তৌবা ওইবমগনি হায়বদা ঐদি কবিসু চিংনজদে। হৌজিক ঐনা মফম অসিদা লাক্লিবসি দুকান অসি ঐগীনি হায়না দাবি তৌনবনি হায়বসি মী খুদিংমক্লা খঙসনু। অদুগা বামভাজু নঙসু মফম অসিদা লাক্লগা মহৌশাগুম্না দুকান অসি ফমলোলাও। নহাক কনামতা কিক্ক লাকউনু। ইবুংঙো নহাক্কী নপা ইবুংঙোনা শিবমদাইদা ঐ নত্তবা কনামতদা নঙবু যেংশিন্নবা হায়খিদে। হৌজিক্তি ঐগী অযাবা যাওদনা দুকান অসিদা খোঙফম অমা থাংজিল্লকদবা মীশক অদো কনানো হায়বা যেংসি।'

অসুম্না বুচনু বাবুনা মশামক সাহ্নগী লন-থুম দাবি তৌবিবা যান্না শক্তি লৈবা অহুমশুবা মীশক অমা ওইননবা ঙাওলম্মি। তিল্লিবা মীযাম অদুগী মবক্তা খবদি মহাক্কী ৱাঙাঙ অদু তাবদা শিংনা মঙকক্তমক নোমলম্মি, খবা অমনা চুম্না মোমোনতা নোক্লম্মি। মীশিংদুনা অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা মুকম মুকম শোন্নবা হৌবক্লম্মি, 'সাহ্নজীনা হিংলিঙৈ মতমদদি বুচনু বাবুনা মঙোন্দা থৱায যাওনা যেংশিনবিবা কনামতনা উখিদে অদুগা হৌজিক্লা মহাক্লা সাহ্নগী খ্বাইদগী মকওইবা মহাজন অমনি হায়না দাবি তৌবক্লি। মহাক্কী অসিদি অশিবা মীগী লন-থুম খক্তদা তৌবা দাবিনি। সাহ্নগী মবী মতা লৈতবা ওইববদি ঐখোযনা খঙজবদা মঙোন্দা শেনথং পীবিবা মহাজনসু লৈখিদে। অসিগুম্বা ঈকাইবা খঙদবা লৈবাকমচা তাদবা মীওইশিং অসিনা অশিবা মীগী লন-থুম ফংনবা মশাগী মতম মাঙহন্দুনা হোৎনবিবা অসি কযাগী মতিক কবাম চাউখ্রবনো?'

মীযাম অদুগী মবক্তগী কনাগুম্বা খবনা মত পীবকই, 'মসি পূম্নমক অসি সাহ্নগী লন-থুম হায়বদি মহাক্কী মযুম, দুকান, লম অমদি মহাক্কী হেক লৈবম্বা যাবা শেল নত্রগা হবাই-চেংৱাইনচিংবা পূম্নমক থুনা হেক্তা লৌবা যানবা খুজিল থৌবাংনি। অসিগুম্বা অসিদি মহৌশানা লন-থুম লৌবিনবা কনাসু লৈজদ্রবা মী অমনা মশা লৈখিদ্রবা মতুংদা থোকপা ঙাক্তনি। নখোয যেংবদা কল্লু হৌজিক সাহ্নগী লন-থুম দাবি তৌবা মী খবসু হেনগৎলকখিবা যাবি। অদুগা ঐখোয থুনমক ইকাইখঙদবা লৌনম তৌবা অমনা অতোপ্পা অমগী মখনাউদগী মুন্নবগী লান অদু যেংসি। লানথেংননবা পোবম অদু হেক যাৎপা হৌখিবদগীদি উতুপ অমদি লীচৈ শীজিন্নবক্কনি, অদুগা ঐখোয খবদি অকাযবা ঈ-থোক্লবা মকোকশিং অদু যেৎশিন্নবা কোইচেন চেন্নবা উগনি। অনেকপা গুন্দাশিং শেল খবা ফংলবা যাই। মুখীযা হায়বসি হৈ-শিংবা নিপা অমনি, অদুগা সবপঞ্চ হায়বসিনা মবৈ মবা চাউবা লমহুইনি। মখোযনা মখোযগী খুজিন থৌবাং পোবম পূম্নমক হৈ-শিংনা পাঙথোকলক্কনি। বুচনু অমসুং মাগা মান্নবা মীওইনা মতম খবা শাউদুনা লাউ-খোংবা যাই অদুবু মখোযনা মুখীযা অমসুং সবপঞ্চকা

লাম্বা তৌদুনা থেংনবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা মতম অসিদা তোল্লবা বামভাজুনা দোলগুম মীফম্ভশিং অমদি থৌবাংনা কুম্মে যেংলিবশিংগী মবক্তা হাইদুনা লৈগনি। মবম অসিদগী খোংনাংবোট অসিগী মখাদা ঐখোয মযাম মরুপ মপাং ওইদুনা নুংশিননা অমতা ওইনা পুনবা অদুগী খুদোংচাবা অদুমদি লৈববোই।

খুঙ্গং অসিগী ঈবাং অসি নোংমা নোংমগী শাথিবা, নুংশিনদবা হেনগৎলকই। মুখীযানা সাহুগী মনাওনিপাগী মচানি হাযবিবা অদুদা কবি কবিনো হাযদুনা ইনশিল্লম্মি, অদুগা মতম অসিদা সবপঞ্চনা মচানুপীগী মচানি হাযবা অদুদা পুক্লীং থৌগৎতুনা আইনগী লোইশঙদা কেস থেংননবা ইনশিল্লি। বুচনুনা মখুৎতা চে খবা পাযবদুনা উকিলগীদা তোযনা চৎপদু মযাম্না উবম্মি। বামভাজুদি দুকান অদুদগী থাপ্লপ্না নুংঙাইতনা, মিৎ নানা যেংবখক্তমক যেংলম্মি। বুচবু বাবুনা ফম যাম্না পুক্লীং থৌগৎলবসু বামভাজুনা ছোজাউ অমা লোন্দুনা লৈবিবা দুকান অদুগী মনাক্তা চঙবা ঙম্বগী থৌনা লৈবমদে। খুঙ্গংগী মীশিংনা দুকান অদুগী ভেবেন্দা অদুদা লেপচবগী খুদোংচাবা ফংদ্রবসু, মখোয হৌজিক পক্কা চল্লবা মমাঙগী লৈমায অদুদদি ফল্লি। মখোযনা ফমদুনা রাবী শান্নে অমসুং লীলা অদুদা শক্তম লাংলিবশিং অদুগী মবমদা রাবী রাতাই তৌদুনা খন্ন নৈনবদা নুংঙাইবা পোকই।

থা কযা হৌখ্রে। হাযবিবা মতম অসিদা সাহুজীগী লন-থুম দাবি তৌবিবশিং অদু কোর্টকী কম্পাউণ্ড মনুংদা অমদি অকোযবদা কোযচৎ চৎপা উবম্মি। অনেকপা সাক্ষি ওইগদবা মীশিং লম্বীগী মতাইদা লৈবা হোটেলশিংদা মমল যাম্বা চাকলেন পীজদুনা চাক খাঙবগী থবকসু উবম্মি। উকিলশিংনা মখোযবু নেকপা মীশিংগা অরুবা রাফমশিংগী মবমদা খন্ন-নৈনবা অমসুং পীফম থোকপা অরামলগী মতাংদা মমল ঙাঙনবম্মি। মুখীযা অমসুং সবপঞ্চ অনীমক যাম্না তোযনা চৎথোক চৎশিন তৌবা উবম্মি। মখোযগী মিৎযেং নাযেং অদুনা তাক্লম্মি মখোয মখোযগী মীশিংনা থবক অদু মাই পারুবা যাম্না থরায় হকচাং যাওনা হোৎনবি হাযবসি।

খুঙ্গং অদুসু কাঙলুপ অহুম থোক্লা খাযদোক্লম্মি। বামভাজুবুসু মী কাঙথু অহুম অদুনা মাগী মাগী মাযকৈদা যাওনবা চিংলম্মি। মীরা ঙাঙনবশিংগীদি ওয়্লোক্লা নুংঙাইরবা নুমিৎ অমা ওইখ্রে। কাঙবু অমগী অবোন অথুপ কাঙবু অমদা তমথোক তমশিন তৌবদা মখোযনা মহৌশাগা মান্নদবা নুংঙাইবা অমসু ফংলম্মি। দুকান অদুসু ছো লোনশিন্দুনা লৈবম্মি, ভেবেন্দাসু উফুল ঙাক্তা, অদুগা যুম অদুসু ইচিক চিক্লা তবক তবক্লা উবম্মী । কনামতা মদুগী মনাক্তা চঙনীংলমদে।

মতমনা কনাবুসু ঙাইবিবমদে 'অদুম ওইনমক খুঙ্গংগী মীওইশিংগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদুদি মাঙখিবম্মি। মী অযাম্বনা কেস অদুগী চৎথবক্লিবা থবকশিং অদুদা থৱায যাওনবদু মাঙখিবম্মি। সাহুজীগী মবন-মথুম দাবি তৌবিবা মীশিং অদুফাওবা ৱাবক্লম্মি, তম্থবক্লম্মি। কাঙলুপ মশেলগী মবক্তা অমগা অমগা হুন্নদুনা ঙাঙনশরুদুনা থৎন চৈনবা অদুদি হুম্থখিবম্মি। অদুবু তশেংনমক মনুংদা নুংশিনদবা, উংখৎনবগী লান অদুদি অদুমক চৎথবম্মি। অঙকপা অমদি মুখীযাগা সবপঞ্চগা পুন্না ফমিন্নদুনা ৱা থন্ন-নৈনবা অমুকথক উখি। অদুম ওইনমক বুচনু বাবুগী থৌনাদি যান্না হুম্থবকপগুম তৌবম্মি। ৱাযেনশঙ মফমদসু সাহুগী মনাওনিপা অমসুং মচনগী মচানিপানি হাযবিবা অনী অদুফাওবা মখোযবু পোকপা মপাগী মবী মতানি হাযবিবশিং অদুনা কোযশিন্দুনা ৱা তান্নবা উবম্মি। বামভাজু মতোমতা নাইতোম তাবম্মি' কনামতনা মঙোন্দা তাথোক তাশিন তৌবমদে।

নোংমগী নুমিৎতা সাহুজীগী দুকানগী থোঙশিং অদো হাংবা উরে। দুকান মমাঙগী অহাংবা শরুক অদু নীংথিজনা শিৎতোক শেংদোক্লুনা তক তনান্না লৈবম্মি। খোংনাং বোট পাম্বীগী মখাদা লৈবিবা প্লেটফোম অদুদা মী থবা তিল্লম্মি। অহাংবা মফম অদু পাক্লা ফমফম থাবম্মি, মদুদা মুখীযাজী, সবপঞ্চ, বুচনু বাবু, সাহুজীগী মনাওনিপা অমসুং মচননুপীগী মচাশিং ফমলম্মি। খুঙ্গং অদুগী মচীন তোংবা মীওই থবসু মফম অদুদা যাওবম্মি। অকোযবদা মশীং হাইফেৎ যান্না অযেংবা ভাবোক লেপ্লম্মি। মফম অদুগী মাযকৈ অমদা ভাঙ সৰ্বুট শেম শাবম্মি, অদুগা মমাঙ অদুৱাইদা ট্রে অমদা ক্বা অমসুং পানা মনা মযাম মবোল মবোল লোন্দুনা থম্লম্মি।

মখুৎতা চে অমা পাযবদুনা মুখীযাজীনা লেপখৎলদুনা তিল্লিবা মীযাম অদুদা ৱা ঙাঙলক্লম্মি ঃ

'ইচিন ইনাওশিং পুন্নমক, ঐখোয পুন্নমক্লা খঙলে সাহুজীনা লৈখিদবদা কমদৌনা ঐখোযগী খুঙ্গং অসিদা লৈতাদবা চবাংনবা অমা থোক্লিবনো হাযবসি। সাহুজীনা মতম পুম্বগী ওইনা পোথাখিবা অসিনা শাথিববা থৎন-চৈনবগী ফিভম অসি থোকহনবনি। মহাক্কী মনাওনিপা অমদি মচনগী মচাশিং অসিনা মখোযগী ফংফম থোকপা লন-থুমগীদমক্তা কন্না থৎনবি। মখোযনা মখোযগী ফংফম থোকপা লন-থুমশিং দাবি তৌবদা ঐখোয কবিমতা চিংনদে, অদুগা ঐখোযনা কেস অসিগী মতাংদা ঐখোযনা খঙজবিবা অসিগী মতুং ইন্না মখোয মশা মশাদসু পাউতাক পীখ্রে। ঐখোযনা মখোযদা কমদৌনা মতেং পাঙবগে হাযবসি মখোয মশা মশানা মযাম পুন্নমক্তা খঙহনবা ঙমগনি।'

মনাওনিপা অমসুং মচন নুপীগী মচানি হাযবিবা অনী অদু মুখীযাগী ৱাবোল অদু যানীংই হাযনা মঙক নোম্লম্মি। অদুদগী মুখীযানা মখা শমথবকই, 'তিনবিবিবা নখোয মযাম পূন্নমকসু খঙবিবিবা অদুনি লৈখিদ্রবা সাহুজীনা বুচনু বাবুগী শেল খবা তোল্লম্মি। মসিগী প্রমান ওইনবা মঙোন্দা চে-চাং লৈ।'

হৌজিক বুচনু বাবু নত্তনা কনামতা চুম্মি হাযনা ঙক নোম্লমদে।

মুখীযানা মখা তাবকই, 'হাযবিবা ৱাফম অসিদা ঐখোযগী ইচিন ইনাওশিংনা কবি খনলিবগে হাযবদু খঙলগা থবক তৌগদবনি। ঐনা পামজবদি কনামতদা অচুম্বা ৱাযেন ফংহনদবা যাবোই হাযবসিনি। ঐখোয পূন্নমক্কা হাযনবা পাম্থে পাউবৌ অমদা হাযবা তাববদি লিনসু শিনবা চৈশুসু তেক্তনবা থবক তৌগদবনি। সাহুজীগী মবী মতা শিংনা মখোযগী ফংফম থোকপা শরুক ফংগনি অদুবু ঐনা হাযজনীংবদি খুঙ্গং অসিগী লন-থুম অদুদি খুঙ্গং অসিগী ওইদুনা অদুম লৈগনি। ঐখোযনা সাহুজীগী মনাওনিপা অমদি মচন নুপীগী মচাশিংদা মতেং পাঙদুনা অসুম লাকপনিনা মখোযনা পূক্নীংদা নুংঙাইতবা তৌবোই। ঐনা মসিমসু থাজজে ঐখোযনা লৌবিবা ৱাবেপ অসিদা সাহুজীগী আত্মানা কবিমতা নুংঙাইতবা তৌবোই। অসুন্না ওইবক্লিবা নাক-যেৎকী ফিভম পূন্নমক যেংদুনা খল্লগা ঐখোযনা 'পঞ্চনাম' অমা শেম শাবে, মসি নখোয মযাম পূন্নমক্কী মাঙদা পাথোক্লগনি। তিল্লিবা মযাম পূন্নমক্কা যাবিববা মতুংদা কাঙবু খুদিংমক্কা যান-চে অদুদা সহি তৌহনজগনি। ঐখোয খুদিংমক শান্তি ওইনা লৈমিন্নবগীদমক্তা খৎন-চৈনবা অসি লোইশিনবা পাম্মি।'

অসুন্না মকপ মপাং ওইবগী মওংদা যানবা পুবকপা অসিদা যানীংলোইদবা কনা যাওবগে? মযাম পূন্নমক যানীংই হাযনা ঙক নোম্লম্মি অদুদগী মুখীযাজীনা সবপঞ্চদা যেংলগা হাযবক্লম্মি, 'হৌজিক্তি সবপঞ্চ সাহেবনা নখোয মযামদা যান-চে অদুগী অচুম্বা মবোল হাযবসনু।'

সবপঞ্চ সাহেবনা হৌগৎলগা হাযবক্লম্মি, 'মযাম পূন্নমক যাম্না থৱায-হকচাং যাওনা তাবিযু। খুঙ্গং অসিগী ৱাংমদগী লাকপা ওইববসু সাহুজীবু কৈদৌঙদসু ঐখোযনা মীতোপ ওইনা খনখিদে। অদুম ওইনমক মনাওনিপা অমসুং মচননুপীগী মচাশিং অসিদি সাহুজীগী ঈ-মবী ওইববসু ঐখোযগী মফমদদি মতম পূন্নমক্তা মীতোপ হাযবদু ওইববনি। মখোযনা খুঙ্গং অসিদগী সাহুগী লম লৌখিবা যাবোই। মখোযনা যুম অদু শীদোক্নুনা মপোৎ মচৈশিং যেন্নববদি মদুমক্কা মখোযদা কবিসু কান্নবোই। মবম অসিনা

সাহুগী মনাওনিপাগী মচানিপানা যুম অদুগী পুবা যাবা পোৎ চৈ খুদিংমক ফংগদবনি হাযনা ৱাবেপ তাবে। উপু কাংথোন, টেবৈলনচিংবা অসিনা মতম চুপ্পদা মঙোন্দা মখুবাবু নীংশিংহন্নগনি। মাযকৈ অমৱোমদা ঐখোযনা মচন্নুপীগী মচানিপাদা দুকান অসিদা লৈবিবা ললোনপোৎ ওইবা যাবা পোৎ চৈ খুদিংমক ফংহন্নবা হাযনা লেপ্পৱে। মহাক্কী খুঙ্গংগী যুম অদুদা মশাগী দুকান অমসু লৈজবে। হাযবিবা ললোনপোৎশিং অসিনা মহাক্কী দুকান অদু চাউখৎহল্লগনি। বুচনু বাবুনা ইংখোল কোইবা, লৌউ-শীংউবা যাবা কাথা অনীগী লম অমসুং লৌউ শীংউবা যাদবা কাথা মঙাগী লম ফংবদা পূৱক্কীংদা অপেনবা পোক্কনি। মঙোন্দা তোনশিল্লম্বা শেন্দোন অদুগী ফংফম থোকপা খবা ফংলগনি। যুম অমদি যুমগী মমাঙগী লম অসিগী মতাংদদি মূখীযানা শিবগী মন্দিৰ অমা খোংনাংবোট পাম্বীগী মখাদা শাগনি হাযবিবা অদু মহাক্কী মিৎযেং মখাদা থম্বা হাযনা যানবে। লৈখিদ্রবা সাহুজীগী স্মৃতিদা কৎথোক্নুনা মদুবু ঐখোযনা 'নিতিশ্বৰস্থান' হাযনা থোনগনি। মসিনা সাহুজীগী থৱাযনা স্বর্গ যৌনবা লম্বী ওইগনি। থঙননা লৈবিবা একৰ অমগী লম অসিবুনা ঐনা যেংশিনজবদা ঐসু যাজবে। লম্বী চৎপশিংগী থৱম্বা ঈশিং ফংদবগী সমস্যা কোকহন্নবা মফম অসিদা টিউব ৱেল অমা থমগনি। মসিনা ঐগী মনা মশিং মবাং কাযনা থাবদসু কান্নহন্নগনি। মবম অসিনা ঐখোযগী মীশিংনা কৈথেল কাদুনা মনা মশিং লৈবা চৎলৱোই। ঐনা ৱাশকলি টিউব ৱেল অসি ফজনা থমগনি।'

মঙক নোমদুনা যানীংবা ফোঙদোক্লবন্মি। অদুবু অশিংবা যোংশিং অসিগী হৈশিংনা যেনবা পোৎ খুৎযেন অসিদা মীওই খবদি মোমোন নোক্লন্মি। মসিদা যানীংদবগী খোঞ্জেল অমতা তাবা ফংলমদে। মফম অদুদা তিল্লিবা খুঙ্গংগী মীশিং অদুগী পূৱক্কীংদা তং-তাবা অমা ফংলন্মি। যান-চেশিং নীংথিজনা সহি তৌনবে। মী খুদিংমক নুংঙাইনা তুমজনবা ভাঙ সর্বৎ পীথক্লন্মি। পানা মনা, ৱানচিংবা মবাং কাযনা যেঙ্খোক্লন্মি। মদুদা নত্তনা নিতিশ্বৰ মহাদেবদা কৎপনি হাযদুনা লদুফাওবা যেল্লন্মি অদুগা কনাগুম্বা খবনা লাউবন্মি, 'জয় নিতিশ্বৰ মহাদেব', অদুদগীদি মী পুম্নমক মযুম মযুমদা হন্নখিবন্মি।

বামভাজুদংদি অচিকপা কাচিন অমদা ফল্লন্মি। মহাক্কী পূৱক্কীংদা ফাওবিবশিংদো ফোঙদোকচনবা মহাক্কী ৱাহৈ লৈজবমদে। কনাগুম্বা অমতনা মহাক কদাইৱাইদা লৈবিবনো হাযবা ফাওবা খঙলমদে।

# য়াম্না অথুবা থবক

**ক্রুসনা প্রসাদ মিশ্র**

কাউন্তবদা ফম্লিবা এযব হোস্তেজ মানবা নুপী অদুনা কুসন থাবা অপাকপা চৌক্রিদা লূকক্লনা ফম্লিবা নহা ওইবিবা নিপা অদুদা মখূৎ থিল্লদুনা হায়বম্মি, 'মহাক দিল্লী ফাওবা পাইবা পাম্মি। কবিগুম্বা যাম্না অথুবা থবক অমা লৈবে। মহাক মফম অসিদা লেপ্তুনা লৈবম্বনি, অদুবু তিকেৎ কেন্সেল তৌগদবা কন্নাগুম্বা অমত্তা লাক্তবদগী নীংবা কাযদুনা অসিদা ফম্লিবসিনি। রেতিং লিস্ততা খ্বাইদগী মকোক্তা মাগী মিং যাওবিবনি অদুবু হৌজিক কবি তৌগনি?'

মী রাং-চাউবা মশা-মউ ফবা ভদ্রলোগ অমনা ফন্তা থক্লম্বদগী হৈনীংদনা হাযবকই, 'ঐ সেক্রেতরীশিংগী কনফরেন্স অমা যাওবা চৎকদৌবিবনি। সবকাবগী কনফরেন্সনি। ঐগী খোঙচৎ অসি কেন্সেল তৌবা যাবোই। লৈবাক্কী থৌশীল থৌবাঙগা মবী লৈনবা মিতিং অসি কবিনোমা তৌদুনা যাওবা তাই। সবকাবগী থবক তৌদবা চুম্না অহোংবা অমা নত্রগা নুংঙাইথোকপা পাম্বদগী কোযবা কন্নাগুম্বা অমদা হংবনা ফগনি।'

কাউন্তবদা লৈবিবা নুপী অদু অসিগুম্বা অরাংবা থাক্কী সবকাবগী ফম পাযবা মীশক অমবু খঙবা ঙমখিদবা অদুগীদমক্তা নুংঙাইবমদে। মহাক্না লানখিবা অদুগীদমক্তা ঙাকপিনবা হাযজবম্মি। অদুদগীদি মহাক্না মীযায চল্লবা, ফৈজোম অমদি পঞ্জাবীগী ফিজোল শেৎপা লোঞ্জ অদুদা থাপ্লপ্না লৈবিবা ভদ্রলোগ অমদা চঙশিন্দুনা হাযবম্মি, 'শেঠজী। অদোমগী তিকেৎ অদুবু হন্দোকপিখিবা যাবোইদ্রা? মফম অসিদা ফম্লিবা নহা অসে যাম্না অকবা দশা অমা তাবে। মহাক্কী যাম্না নরুবা মীশক অমা পাথানকোততা লৈখিদ্রে। অশিবা হকচাং অদো মফম অদুগী হোতেল অমদা লৈবি। নহা ওইবিবা নিপা অসি মফম অদুদা চৎলগা পোৎলোইবগী মথৌ-মঙম পাঙথোক্লগদৌবিবনি অমুক্তা খনবিযু   মহাক তশেংনা দশা তাবে। ঐনা হাযজবিবসিনি অদোম্না পাম্বা ফ্লাইত অমদা  হেক্তা ঐ তিকেৎ শোযদনা পীজগে   '

শেঠজীনা মহাক্কী নুপীগা ৱাবী শাবদু তোক্নুনা কাউন্তরদা লৈবা নুপী অদুনা হায়বিদু যাম্না পুক্লীং চঙনা তাবম্মি। অদুবু মানা ঙাঙবদু লোইবা মতমদা নিপা অদুগী মিৎযেংদা পূন্নমক অদু নীংথিজনা খন্থবা ঙমখিদে। মহাক্না মযা কাথোক্নুনা কন্না নোকখি। কন্না নোকমনখিবা অদুনসু ওইবা যাই ইকং কংনা হায়বকই, 'হৌজিক্কান অসে মক ওইনা ইন্দিয়ান এযরলাইন্সতা চৎলিবশিং অসি যাম্না শিংগৎলকখ্রে। হৌখিবা চহী কুনমুক নত্রগা অসিমুক শাংববোমসি ঐহাক কোলকতাদগী দিল্লী, বোম্বে, মদ্রাজনচিংবা মফমদা থা অমদা যামদ্রবদা মবি-মঙাবক্তি কাববাবগীদমক্তা চৎতুনতা লাক্রবনি। অসিগুম্বা তাৎ-পাৎ অসি ঐ লোইনা খঙলে। অসুম্বাইনা হায়জ-খোৎচবা অসি অনৌবা নত্তে। অদুগীসু মথক্তা ঐনা ফ্লাইত অসিদা দিল্লীদা চৎত্রবদি লুপা লাখ তবাগী নিলাম লাউগদৌবিবা অসিদা কবি ওইগনি। ঐ ফ্লাইত অসিমক্তদা দিল্লী চৎতবা যাদে।'

অসি হায়বদুনা শেঠজী মমায লৈথোকখিদুনা মহাক্কী নুপীগা মবক খবা তৎলুববা ৱাবী শানবদু অমুক হৌখিবম্মি। কাউন্তবদা লৈবা নুপী অদু মহাক্না হায়জবদু অনীবক যাবিবকত্রবদা মহাক্কী লৈজবম্বা হৈনীংবা পূম্বা মাঙখ্রে। অদুবু মহাক ঙৈহাক্কী মমাঙদা নহা ওইবিবা নিপা অদুনা কাউন্তব মনাক্তা চঙশিল্লক্নুনা কপ-লাউদুনা কন্না হায়জখিবদু নীংশিংলি। মহাক্না হায়জখি, 'মেদাম, ঐবু মতেং পাঙবিয়ু। মহাক ঐগী ইপানি। মহাক কাশ্মীবদা কোযবা চৎখিবনি। মহাক ইমাগা লোযননা চৎমিন্নবা পাম্নম্বনি, অদুবু যূমগী অথুবা তৌদবা যাদবা থবক খবা লৈবদগী ইমানা চৎসি হায়বা যাখিদে। ঐখোয পূন্নমক্না ইমাদা বাবাগা লোযননা চৎমিন্ননবা তক্লখি অদুবু মহাক্না হেক্তমক কন্না মযাখিদে। অদুনা বাবানা শাউদুনা মতোমতা যূম থাদোক্নুনা কাশ্মীব চৎখিবনি। অদুদগী পাথানকোত্তা মহাক লৈখিদবগী তেলিগ্রাম অসে লাক্লিবসিনি। হোতেল অদুগী মীশিং অদুনা মহাক্কী মিং লৈফম্নচিংবা মহাক্কী দাইবীদগী ফংখিবা ওইবম্বা যাই, অদুগা ঐখোয়দা মহাক্কী পোৎলোইবগী থৌবাঙ তৌবা লাক্লনবা তেলিগ্রাম অসি থাবকপনি। ঐখোযনা অমুক তেলিগ্রাম তৌদুনা পাউখুম হনখ্রে, অদুবু মখোযনা কযাম কুইনা ঙাইগনি? মপান্দা কাব মনুংদা লৈবিবা ঐগী ইমা অৱাবনা ফুম্বংনদুনা মীবোল তাদ্রে। মহাকসু পাথানকোত্তা চৎপা পাম্মি, অদুবু নহাক্না তিকেৎ অমফাওবা পীবা ঙমদ্রিঙৈদা ঐনা মহাক্কীসু যাওনা কবম্না হায়জগদৌবিবনো? মেদাম, চানবিদুনা কনাগুম্বা তিকেৎ হন্দোকপা যাবা লৈব্রা হায়না অমুক্তা হংবিয়ু।'

কাউন্তবদা লৈবিবা নুপী অদুনা নহা ওইবিবা নিপা অদুগী মতৌদুদা মীনুংশি পোক্লদুনা মহাক্কী মথৌ কাইথোক্নুনা লোঙ্গদা লাকখিবনি। মাইক্তা এযবপোর্তকী

লাউথোক-খোৎতোকপা হৌবক্লে। পেসেঞ্জরশিংনা পবেং শানা লেপ্লদুনা লোঞ্জ অদু থাদোকপা হৌবক্লে। থেঙনা লাকপা পেসেঞ্জরশিংনা মখোযগী সুইতকেসকী অকম্বা ওন্থোক-ওনশীন তৌবদা থবক যাম্না চিল্লি। যাম্না লংবা মচুগী ফীজোল শেৎপা, চহী নিফুদগী নিফু মঙামুক্কী ভদ্রলোগ অমা কাব অমদগী কূমথবক্লগা চঙলক্লম্মি, অদুগা কাউন্তবদা লৈবিবা ইবেম্মা অদুদা ফ্লাইতগী লাউথোকপা হৌখ্রবা হৌদ্রিববা হাযনা হংলম্মি। নুপী অদুনা নিপা অদুদা পাউ খূদিংমক পীবগা নোল্লুক্না হাযবম্মি, 'অদোম্না ৱাবৌবিবোই, ঐ কবিগুম্বা অমত্তা হাযজগে।' হন্দকসু মহাক্কী আশা কবিমত্তা লৈত্রবসু মহাক্না মীঙোন্দা হান্না হাযজখিবা অদুম হাযনা অমুক হন্না হাযজবম্মি। মখূৎ ও মশাও লীলাগী মওংদা ভদ্রলোগ অদুনা হাযবকখি, 'ইবেম্মা, ঙসিদি ৱার্ল্ড ফিল্ম ফেস্তিবেল হৌবা মবম্না পৃথিবীগী মফম কযাদগী এক্তব অমসুং একত্রেস কয়া দিল্লীদা উনগদৌবি। থোইদোক্না অদোমগী বাজ্যগী ফিল্মনা হন্দক গোল্ড মেদল ফংলকপদা অদোমগী বাজ্যগী মীহুৎ ওইনা কনাগুম্বা অমনা শকক যাবসিবু পাম্বিদব্রনে?'

এযবপোর্ত ওফিসকী ইবেম্মা অদুনা ৱা অসি তাবা মিকুপ অদুদা গোগল উপ্লা নিপা অদুগী মাযথোঙ অদু মহাক্কী নুংগী মিৎতা তশেং-তশেংনা উবকই। ফক্লাং খূদিংমক্তা লৈতেং ওইনা থেৎলিবা মশীং থীঙমদ্রবা ফিল্ম কযাগী হীবো ওইবিবা নিপা অদুগা ইথা থাজদনা অসুম্না থেংনগনি হাযবসি মহাক্না থোইনা খল্লুদে। মহাক্না কবিগুম্বা অমা হাযনবা মতম ফংদ্রিঙৈদা 'অমুক হন্না উনসি' হাযবম্লগা মহাক্তি অদুম চৎখ্রে, মহাক্না চৎখিবগা লোযননা মশাদা চেল্লিবা নুংশিবা মনম অদুসু অদুম লোযনখ্রে। নীংশিংলি মহাক অদুঙৈ মহাক্না কলেজ তম্লিঙৈদা 'হীবো' অসিগী ফোতো মযাম অমা মহাক্কী কাদা থেৎলুবগীদমক মকপ-মপাঙশিংনা মহাকপু কন্না যানীংদবা ফোঙদোক্নুনা ঙাঙন-শক্লখিবশিংদো।

খঙহৌদনা মহাক্না গেক্ৱা মচুগী ফিজোল শেৎপা লম্বোইবা অমা মী খবনা কোযশিল্লদুনা লোঞ্জ অদুদা লাকপা উবকই, অদুগা নিপা অদুগী মিং পেসেঞ্জরশিংগী মিং পবেং অদুদা যাওবম্বা উবদা মহাক নুংঙাইবগা লোযননা আশা তৌবকই। মহাক স্বামী সদাশিবানন্দনি, মহাক দিল্লীদা লৈববসু মফম খূদিংমক্তা মহাক্কী ভক্ত লৈ। স্বামীজীনা লোঞ্জ অদুদা চঙলকপা ইকুই কুইদনা নহা ওইবিবা নিপা অদু তাঞ্জা চাক্ষদগী লু লূক্না লৈবম্বা মাযথোঙ অদু হেক হাইগৎলকপগা চানখি। মহাক্না নোংথাঙমুক যাঙনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিনখিদুনা মখোঙদা তুখি অদুগা থোইদোক্না খন্থকদনা হাযজখি, 'স্বামীজী, ঐবু অমুক্তা উপায তৌবিযু, ঐহাক কবিমত্তা তৌবা ঙমদনা লৈবে। অদোমগী

অচানবা ভক্ত ভবেশ উপধ্যায ঐগীনা ইপাইবুংঙো অদো লৈখিদ্রে। মহাক তাইবঙপান থাদোকখ্রে, ঐখোয পূন্নমকপু থাদোক্তুনা চৎখ্রে।'

স্বামীজী অমসুং মহাক্কী মনাক্তা লৈবিবা মীশিং অদো মিকূপ খবদি ব্রা ঙাঙদনা নুংবংননা লৈখি। অদুবু অহানবা ঙকচানকব্বা মতুংদা স্বামীজীনা মহাকপু শক খঙলক্তুনা মঙোন্দগী অকূপ্পা রাফম পূন্নমক খঙদোক্লম্মি। মহাক্লা নহা ওইবিবা নিপা অদুগী ব্রা তাবিঙৈদা মহাক্কী ইঙ্গিৎ মতুং ইন্না মহাক্কী লগেজ অদু অকদম্বা ওন্দুনা কেবিযেজ ভেন্দা থাজীনখিদুনা এবোপ্লেন মনুংদা পুশিনখিনবা থৌবাঙ তৌবম্মি। মতম অসিদা অপীকপা অদুন্নদি ওইবগা অথৌবা স্বামীজীগী মিৎনা তাঞ্জা-মেঞ্জা কূপ্না যেংদুনা লৈবম্মি। স্বামীজীনা নহা ওইবিবা নিপা অদুবু মনাক্তা যাম্না নক্না চঙশিলহল্লি, মাবু কোনবোই কবিওই তৌবগা মখোয অনী অবোইবা চঙফম থোঙ অদু যৌদ্রিফাওবা চৎমিন্নবম্মি। মফম অদু যৌবা ফাওবদা স্বামীজীনা নহা ওইবিবা নিপা অদুবু থেমজিনবীদুনা মপূক্লীং নুংঙাইহল্লম্মি। মহাক্লা হাযবম্মি, 'সংসাব অসি মাযানি। মিকুপ অসিমক্তদা হৌজিক হিংলিবা মী অসি মথংগী মিকুপ্তা শিবা যাই। তাইবঙ মী হাযবসি মহাক্কী মিং অমদি শকফম অসিখক্তনা অমগা অমগা খেন্নহনবনি, অদুবু অশেংবা অওইবদি মী পূন্নমক অসি 'সৎচিদানন্দ' হাযবা অসিদগী হৌবকপনি, হৌবকফম মবদি অমত্তনি। মাঙবা নাইবা কনাগুম্বগী হকচাংবু কনা অমত্তনা কা হেন্না হকচীন্না নুংশিবোইদবনি, কনাগুম্বগী অপোকপা পঙ্গৌবু ওইববসু নত্রগা পলেম মমাবু ওইববসু। কনাগুম্বা অমা হেক শিবদা, মহাক অদু নিপা ওইববসু নত্রগা নুপী ওইববসু হকচাং অদু মৈ থাদোকই নত্রগা ফুম্মি, ইচম চম্বা শীংনা পোৎলোইববসু নত্রগা চন্দনগী উনবু পোৎলোইববসু অশিবা হকচাং অদুগী অবোইবা মথৌ-মঙম পাঙথোকপা, পোৎলোইবা চৎপদা মী কযা যাম্না, কনা কনা যাওখিবা, মহাক মশাগী পোক্লফমদা শিবা নত্রগা মীবৈবাক্তা শিবা-অসিনচিংবা অসি থোইদোক্লা কান্নদে। আত্মা অদুনা হকচাং অদু হেক থাদোকখিবদা নহাক্লা হকচাং অদু মৈ থাদোক্তুনা পোৎলোইবা যাই নত্রগা ফুম্বা যাই নত্রগা তিবেবত্তা তৌবগুন্না মচেৎ-মচেৎ কক্লগা লংথোকখিবসু যাই নত্রগা পার্সীশিংনা তৌবগুন্না শানা চাজখিনবা পীথোকখিবসু যাই। মসিদা কবিমত্তা অকাযবা লৈতে। হকচাং অদু থরায যাওদ্রবনিনা মদুনা কবি খঙঙুবনি? খঙগদবা নিপা অদুদি লৈখিদ্রবনি। 'ভগবত গীতা' দসু মসিমক হাযখিবা নত্রনেঃ 'তাইবঙ মীনা মখোযগী অমনবা ফিজোল থাদোক্লগা অনৌবা ফিজোল হোংবগুন্না আত্মাসু অমনবা হকচাং পোলাং থাদোক্লগা অনৌবা হকচাং অমদা অমুক চঙঙি।'

এবোপ্লেন অদো হেক পাইখৎকদবদু যাবমদে। লৈমাযগী থবক পান্নবিবা ওফিসবশিংনা লেপ্তুনা স্বামীজী তন্না যেংলক্লম্মি। কেপ্তেন মশামক অদু স্বামীজীগী ভক্ত অমনি। স্বামীজীনা নহা ওইবিবা নিপা অদুবু থেমজিনবিদুনা লৈবম্মি। স্বামীজীনা হাযবিখি, 'ইচা ইবুংঙো হাযবিবশিং অসি অচুম্বনি, কবিমত্তা ৱানীংঙাই লৈতে, দিল্লী হেক যৌবগা ঐনা পাথানকোত্তা তেলিফোন তৌদুনা চপ চাবা ফীবম অমা খঙদোক্কনি। নহাক্না মফম অদুদা নুমিৎ মবিনি নৎত্রগা মঙানিগী মতুংদা থুংবদা কবিমত্তা অকাযবা লৈবোই। ঐনা ঐগী ভক্ত অমদা ভবেশকী থৱায যাওদ্রবা হকচাং অদো চেকশীন্না যেংশিন্নবা শিন্নগনি। নঙ কবিমত্তা ৱাগনু, মাঙবা নাইদ্রবা গীতাগী শ্লোক অদু নশামক্না হন্না হন্না থীযু।'

মখোযবু থাদোক্লম্নগা স্বামীজী লেঙখ্রে। কাউন্তবদা লৈবা নুপী অমসুং নহা ওইবিবা নিপা অদুনা মঙোন্দা হাযনীংলম্বা পূন্নমক হাযদোকপা অমত্তা ঙমখিদ্রে। মখোযগী মিৎমাঙমক্তদা বনৱেদা চেল্লগা এবোপ্লেন অদো পাইখৎখিদুনা মমৈথংদা নোংদোল অতিযা য়ৌখ্রে। লৈমাযদা থবক তৌবিবা এযবপোর্তকী মীওইশিং অদুসু এবোপ্লেন তাফম অদোমদগী হন্নবকপা হৌবক্লম্মি।

মেকানিকশিং অমসুং ফাযব এঞ্জিনসু হন্নবক্লে। নহা ওইবিবা নিপা অদুগী কপ্পনবা পি তাবকখিদ্রে। মহাক মহাক্কী কাব মনাক্তা তপ্পা লাক্তুনা ফম্ফমদা ফম্নগা কাবগী স্তাবিং পাযবদা মহাক্কী মমানা হংলকই, 'অদুদি ঐখোয নপাগী অবোইবা মথৌ-মঙম পাঙথোকপদা মহাক্কী মনাক্তা কন্নামত্তা লৈতবা তাববা নত্রদো?'

# অউবদি য়াওদে

**বঙ্কিন বোন্দ**

বোহনা যৌবা ফাওবদি কম্পার্তমেন্ত অদুদা ঐহাক ইতোমতা ঙাযবম্মি। মফম অদুদগীদি লৈশাবী অমসু কাখৎলক্কুনা ফম্লখি। মহাকপু থিন্দোবকপা মতৈ মনাউ অনী অদো মহাক্কী মমা মপা ওইবম্বা যাই। মহাক্কী নুংঙাইনবা খুদোংচানবা খনবদা মখোয যাম্না থরায ৱাজবা মাল্লি, অদুগা নুপী অদুনা লৈশাবী অদুদা মহাক্কী পোৎ থম্ফম, থোঙনাউগী মপাদা খূৎ থিন্দোক্তনবা, লম্লানবশিংগা ৱাবী ৱাতাই পংশান শান্নদনবা কুপ্না হাযবা যাবা কযা হাযবম্মি। অদুদগী মখোযনা লৈশাবী অদুদা বিদায পীবম্মি, বেল গাড়ী অদু স্তেসন থাদোক্লগা চৎপা হৌখিবম্মি।

মতম অদুদা ঐহাক কবিমত্তা খঙলমদে, মিৎ অনী অসি মৈগী মঙাল অমসুং অমমবা অদুতা খঙখি। ঐ লৈশাবী অদু কবি মানবগে হাযবা ঙমলোই, অদুবু ইচম চম্বা সেন্দল অমা তোংই হাযবসি মহাক্কী খোঙথাঙ মখোলদগী খঙবা ঙম্মি। মহাক্কী শকফম অদু খঙবদা ঐঙোন্দা মতম খবা চঙগনি অদুগা কবিগুম্বদা শুকখঙ খঙবা ঙমদবসু যাই। অদুবু মহাক্কী খোঞ্জেল অদুদি ঐঙোন্দা নুংঙাইজবা অমা ফাওই, অদুগা মহাক্কী খোঙথাঙ অদুমক্তদসু।

'নহাকপু দেহবা তান্না চৎকদৌব্রিব্রা?' ঐনা হংখি। ঐহাক অমমবা কাচিন অদোমদা ফমদুনা লৈবমগদবনি মবমদি ঐগী খোঞ্জেল অদুনা মঙোন্দা খংহনবা ওইনা থোকখ্রে। মহাক্না খজিক্তং ঙক্না হাযবকখি - 'ঐ মফম অসিদা কন্না কন্না লৈবগে হাযবা খঙদে।'

হোই, ফন্ন মমিৎ মনা ফবা মীওইশিংসু মমাঙদা কন্না কন্না লৈবগে হাযবা কবিগুম্বা কান্দা উদবা যাওই। ঐনা খনবদা মখোযসু যান্না হেঞ্জিন্না লৌবা যাওই। কবিগুম্বদনা উবগী শক্তি যাওদ্রবা নত্রগা খজিক্তমক উবা ঙম্বা অদুসু মহাক্কী ইন্দ্রিগী কযাৎ অতৈদা ফাওবগী শক্তিনা মপূং ওইবা অদুতা লৌশিনবা ঙমই।

'ঐ নঙবু উবসু ঙমদে।' ঐনা হাযখি - 'অদুবু ঐ নঙনা চঙলকপদি খঙখি।'

ঐসে মিৎ উদবা মীশক্কি হাযবসি কবম হাযনা খঙহল্লোইদগে হাযনা ইথন্ত খনবা হৌবম্মি। কবিগুম্বা ঐগী ফমফম অসি কন্দুনা অসুম থম্লবদি, মদু কবিসু অকম্বা ওইবোই হাযনা ঐনা খনখি।

লৈশাবী অদুনা হাযবকই - 'ঐ সাহবানপুবদা কুমথহৌগদবনি। মফম অদুদা ইন্দোমচানা ঙাইদুনা লৈবমগনি।'

'অদুদি ঐনা যাম্না হেন্না তোবোৎ খোদানবমদবনা হেন্না ফবম্বনি,' ঐনা হাযখি - 'ইদোমচা হাযবা জাৎসি মহৌশানা ঈকাই খুম্ননীংঙাই ওইবা ঙাক্তনি।'

'অদোমদি কদাযদা চৎকদৌবিবনো?' মহাক্না হংলকখি 'দেহবাদা, মথঙদা অমূক মুশৌবি যৌগদৌবিবনি।'

'ও। অদোমদি কযাদা লাইবক ফখ্রবনো, ঐ মুশৌবি চৎকে নীংলম্বনি। ঐ চীংশিংদো যাম্না খোযদাজে। থোইদোক্লা মেবা থাদা।'

'অচুম্বনি, মদুদনা খ্বাইদগী ফম্বা মতমনি।' ঐনা হৌখ্রবশিং নীংশিংদুনা হাযখি - 'চীংশিংদো লম্লক্কী দালিযাশিংনা লোইনা কুপশিল্লি, নুংশাগী মৈশাদুনা কযাদা মেঙনা নুংঙাইহিবিবা, অদুগা নুমিদাংদা অচাকপা শীং অমগী মনাক্তা ব্রান্দী খজিক্তং থক্লগা ফম্বসু নুংঙাই। লমকোযবা লাকপা অযাম্বসু চৎনখ্রবনি, অদুগা লম্বীশিংসু মী ইতাক তাক্লদুনা পূমচিক চিকপনি। অশেংবনি, মেবা থানা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মতমনি।'

মহাক তুমিন্না লৈখিবম্মি। ঐগী ৰাহৈশিং অদুনা মঙোন্দা কবি অকাযবা পীখ্রবগে নত্রগা মহাক্না ঐবু নুংশি মঙলান্দা ঙাওজবা পাম্বা মীশক ওইনা খনখ্রববনে। অদুন্না খনখ্রবদি ঐগীসু অশোযবা অমনি। 'মদুবু কবি মানবগেনে?' ঐনা মঙোন্দা হংখি। বাহং অদো মঙোন্দা কবি অমতা ঙক্লা থোকখিদবগুম তৌখি। ঐ উবা ঙমদে হাযবসিসু মহাক্না খঙখ্রবা জাৎলা? অদুবু মহাক্না মথঙদা হংলকপা ৰাহং অদুনা ঐগী চিংনবা পূম্বা কোকহনখি।

'কবিগীনো অদোম থোঙনাউগী মপান্দা যেংথোকত্রিবদি?' মহাক্না হংলকখি।

ঐনা বার্দ অদুদা চৎথোক চৎশিন তৌবগা থোঙনাউগী থোঙবাদা শোক্লবে। থোঙনাউ অদো হাংদুনা লৈবম্মি, ঐনা মাই লৈথোক্লগা মপানগী দৃশ্য যেংবা শাজিন্নদুনা লৈখি। এঞ্জিন ঙবেগী খোঞ্জেল, কাংখোঙশিংনা উংবগী খোঞ্জেল তাবকই অদুগা ঐগী পূক্লীংগী মিৎতনা তেলিগ্রাফ পোষ্টশিংনা থুনা থুনা চেনখিবদু উবকই।

'নঙ খঙলব্রা ?' ঐনা হৌদোকখি - 'ঐখোযনা লেপ্তুনা অসুম লৈবা মতমদা উ পাম্বীশিংনা চৎপোই নীংই।'

'মদুদি মতম চুপ্পদা থোকপনি' মহাক্না হাযবকই - 'শা অমতা উদব্রা ? দেহবা মনাক্কী উমংদা শা ইবৈ লৈত্রবনি।'

থোঙনাউদগী মাই লৈথোক্লগা ঐ লৈশাবী অদুগা মাযোক্লক্লবে। ঐখোয মিকুপ খবা রা-লান অমতা ঙাঙনদনা তুমিন তুমিন লৈনবম্মি।

'নহাক্কী মাইথোঙসে যেংবা যাম্না নুংঙাই' ঐনা হাযখি। ঐ তশেংনমক থৌনা ফগৎলকখি, অদুবু ঐনা হাযখিবা অদুদি অকাযবা লৈতবা রানি। শেমজিন শাজিনবা চিবোল হাযবসি খাঙবা ঙম্বা লৈশাবী ইবৈ লৈতে। মহাক যাম্না থরায তানা, শেংনা হৌনা নোকথোবকখি।

'ঐগী মাযসে যেংবা নুংঙাই হাযবিবা অসে নুংঙাইজে। ঐবু শক ফজে হাযনা মীশিংনা হাযবসিদা ঐদি চোকথববনি।'

মশক ফজদুনা হাযবিবনি হাযনা ঐনা খনখি অদুগা ঐনা খোঞ্জেল থোক্না হাযখি - 'অচুম্বনি, যেংবা নুংঙাইবা মাইথোঙ হাযবসি ফজববনি।'

'অদোম যাম্না থৌনা ফবা নহানি,' মহাক্না হাযবকখি,- 'অদুবু নঙনা অদুক যাম্না হকচিন্না লৌবিবা কবিগীনো ?'

অদুদগী মাবু নোকহন্নবা হোৎনগে হাযনা ঐনা খনখি, অদুবু রাখল অদুমক্না ঐঙোন্দা অরাবা অমদি নাইতোম তাবা ফাওহল্লি।

ঐনা হাযবম্মি - 'ঐখোয যাম্না থুনা নহাক্কী স্তেসন অদু যৌবগনি।'

'নুংঙাইজবে মসিদি অতেনবা খোঙচৎনি। ঐদি বেলগাডীদা পুং অনী নত্রগা অহুমদগী হেন্না তোংবা ঙমদে।'

অদুমওইনমক ঐদি মানা ঙাঙবদু তাননবা শাংবা যাবা মথৈ শাংনা তোংলগে হাযনা খনখি। মহাক্কী খোঞ্জেল অদো চীংদগী চেষ্টবকপা ঈফুৎকুম পূক্লীং শুই। বেলগাডী অদুদগী হেক কুমথখিবগা মহাক্তি ঐখোয অনী ঙৈহাক রাবী রাতাই শান্নবদু কাউখ্রগনি, অদুবু খোঙচৎ অসি লোইদ্রিমখৈ অমদি মতুং ফাওবা ফন্না শাংনা ঐদি কাউবোইদৌবি।

এঞ্জিন্না তু লাউনা কন্না খোংলকই, কাংখোঙগী মখোল অমসুং তাম্থা অদুসু হোংলকই। লৈশাবী অদো হৌগৎলক্লে অদুগা মাগী মপোৎ মচৈ লৌশিনবা হৌবক্লে।

মাগী মশম অদো খোইবাক শানা ৱাংনা পূনখৎলমগদ্রা নত্রগা, অশাংবা শম্লাং ওইদুনা বেনী লোল্লমগদ্রা নত্রগা লেংবান্দা জ্বাই জ্বাইবু তাবমগদ্রা নত্রগা যান্না তেন্না ককথৎলমগদ্রা হায়না খনবদা ঐ ককঙাউনৈ।

বেলগাডী অদু ষ্টেসনদা তপ্না চঙশিল্লম্মি। মপান্দা কুলীশিংনা, অচা অথক যোনবশিংনা লাংবা তাবক্লে। বেলগাডীগী থোঙ মনাক্তা অহৌবা নুপীগী খোঞ্জেল অমসু তাবকই। শোযদনা লৈশাবী অদুগী মন্দোমচা ওইবমগনি।

'গুদ বাই' লৈশাবী অদুনা হাযবকখি।

মহাক ঐগী ইনাক্তা অসুক্কী মতিক নক্না লেপ্লম্মি মদুদি মহাক্কী শম্লাংগী নুংশিবা থাউ মনম অদুনা ঐহাকপু ঈখৌলাংহনখিবম্মি। ইখূৎসিনা লামদুনা মহাক্কী শম্লাং অদু অমূক্তংদি শোক্লীংখি, অদুবু মহাক্তি চৎথোকখ্রে। নুংশিবা থাউ মনম অদুখক্তমক লেপ্লন্নিবা মফম অদুদা শন্দোক্লুনা লৈহৌখি।

'নহাক্লা তৌগে হাযনবু খল্লবদি গমলা অদো থুগাযবা যাই মচেৎ মচেৎ

অদুবু অতবগুলাপকী লৈনম অদুদি

লৈহৌগনি শন্দোক্লুনা মফম অদুদা '

থোঙজঙ অদুদা কবিগুম্বা চবাংনবা খবা থোকখিবগুম তৌই। কম্পার্তমেন্ত মনুংদা চঙলকপা নিপা অদুনা লৎ লৎ তৌবদুনা ঙাকপিনবা হাযজবম্মি। অদুদগী থোঙ অদু গম লাউনা থিংজিনখ্রে, হান্নগী তাইবঙপান অদু অদুম লোইশিনখ্রে। ঐ অমূক হন্না ঐগী বার্দ অদুদা হল্লক্লে। গার্দনা হুইসেল খোংলক্লে, অদুদগী ঐখোযগী বেলগাডী অদু চৎপা হৌবে। ঐগী অনৌবা মব্দপ খোঙবু অদুগা ঙাঙন শান্নবা অমূক হৌবম্মি।

বেলগাডীগী খোঙজেল কনখৎলক্লে, কাংখোঙশিংনা উংবগী ঈশৈ শক্কৎলক্লে, বেলগাডীদো হাই হুন্না ঙংনা ঙংনা চেল্লক্লে। থোঙনাউদু থেংনদুনা মদুগী মমাঙমক্তদা ফম্লুবে। ঐঙোন্দা ইমম মমনা থোকলিবা নুমিৎকী মঙাল অদুদা ঐনা যেংথোক্লুবি।

থোঙ্নাউ অদুগী ৱাংমদা থৌদোক মচা মচা কযামূক থোকখ্রে। মফম অদুদা কবি কবি থোকখ্রবা হাযনা খঙননবা যেংবা অদুসু নুংঙাইখ্রবা মশান্না অমা ওইরম্মি। কম্পার্তমেন্ত অদুদা চঙলকপা নিপা অদুনা ঐগী মঙলান থুগাইবকই।

'অদোম নীংবা কাযবমগনি,' মহাক্না হাযবক্রম্মি 'ঐহাক্তি হৌজিক্তা মফম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবা অদুগুম্না থোইদোক্না পুক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা থোঙবু নত্তে।'

ঐনা হাযবম্মি- 'মহাক্তি যাম্না নুংঙাইখ্রবা লৈশাবী অমনি।' মখা হংলম্মি- 'অদোম খঙবি উবিহৌব্রা মহাক্কী মশম অদু শাংব্রা, তেনব্রা ?'

'ঐ মদুমদি নীংশিংদ্রে' মহাক্না চমন্নবগুম তৌনা হাযবকই -'ঐনা খঙহৌবদি মহাক্কী মমিং অদুনি, মশম নত্তে। মহাক্কী মমিংতো যাম্না ফজে অদুবু মদু মঙোন্দা কবিমত্তা কান্নদ্রে। মহাক মমিং শুকউ উদ্রবীনি। অদোমবু মদু খঙহৌদববনে ?'

# খুবাক ময়ি য়েংবা অমগী নুমিৎ

**আব কে নাবাযণ**

নুমিৎ চপ হেক যুংলকপা খুদিংগী মহাক্কী খাউ হাংদোক্লগা মদুদা যাওবিবা খুবাক মযি যেংবগী পোৎলমশিং হাযবদি লীকোল মক তবানিথোই, খঙবদা লুনা থোকপা লাইশিং যেকপা চুথেক নাইবা ফি মচা অমা, নোট বুক অমা অদুগা লাইবিক মযেক ইবা কোনা মনা খবা থেন্দুনা থম্মি। মহাক্কী লাইবক্তা শেংলবা উৎ অমদি সিন্দুবনা পুমলং লংলি, অদুগা থৌববা মমিৎ অদুনা খুবাক মযি যেংনীংবা মীশিংতবু কোযযেং যেংবদগী হৈনখিদুনা মতা অমা ওইনা ইবং লংখৎনা পাঙলিবা মদুমক্তা খুবাক মযি যেংগদৌবিবশিং অদুগী মফমদদি মখোযগী তুংদা থোক্লগদবশিং উহনবীবগী মঙাল অমা পীবওম খঞ্জদুনা নুংঙাইবা ফংলি। যেক খোৎলিবা লাইবক্তা অমুক শাংলবা চুবাগী মকোইশিং অদুগগী মবক্তা মিৎ অনী অদুগী লৈফম ওইবনা মাগী মিৎকী শক্তিসি অমুক্কসু হেনগৎহল্লে। অসিগুম্বা দৃশ্য অসিদা পংতক শুদক তৌবা মীওইশিংদফাওবা অঙকপা নুংঙাইবা অমা পোকহনগনি। মহাক্তা মীগী পূক্লীংদা পোকহন্নিংলিবা ঈশ্বল অদু পোকহন্নবা গেকব্রা মচুগী কোযেৎ অমা মকোক্তা যেৎশিল্লি। মসিগী মচু অসিনা শেম্বা খুৎশেম অসি কৈদৌঙৈদসু কান্নদবা তৌদে। খোইশিংনা কোসমো নত্রগা দালিযাগী মশাশিংদা ওমশিনবগুম মঙোন্দসু মীশিংগী মিৎযেং চিংশিল্লম্মি। মনাক্তা টাওন হোল পাক ফাওদুনা চৎখিবা লম্বী অমসু লৈবিবা মশা মবেং শন্দোক্কুনা হৌবিবা মঙ্গে পাম্বী অমগী উখাদা মহাক ফল্লম্মি। মবম কযামুক্তা যেংলগা যাম্না মফম চাবা মফমনি, অপীকপা লম্বী অদুদা অযুক্তগীনা নুমিদাংফাওবা মীযাম্না অতৎ অখম লৈতনা চৎথোক চৎশিন তৌই। লম্বী অদুদা মখল মখাগী কাববাব তৌবা অমদি তোঙান তোঙানবা শিনফম পাযবা মীওইশিং হাযবদি হিদাক লাংথক যোনবা, হার্দরাইব অমদি অমনবা পোৎ-চৈশিংগী হুরান পোৎযোনবশিং, মিত্রং তৌবশিং অমদি পূম্নমক অদুগী মথক্তা অহোংবা ফি-বোল নচিংবা নিলাম লাউদুনা নুমিৎ চুপ্পা সহব পুম্বা অদু মিৎযেং চিংশিন্নবা হোৎনবিবা কযা লৈবি। মহাক্তা হেক

থঙননা খোঞ্জেল হৌনা ঙাঙবা সবক মপান্দা লৈবাক হৱাই অকংবা যোনবা অমা লাকপা অদুনা মহাক্না য়োল্লিবা অচাপোৎ অদুবু নুমিৎ খুদিংগী পূক্নীং চিংশিন্নিংঙাই ওইবা মিং হোং হোংদুনা থোল্লম্মি। নোংমনা 'বোম্বে আইসক্রিম,' মথঙগী নুমিৎতনা 'দিল্লিগী বাদাম,' অদুগা অমুক নুমিৎ অমদনা 'হাউববা বাজভোগ' হায়না অসুন্না মখল মখাগী মিং থোল্লম্মি অদুগা মী ময়াম অমনা মঙোন্দা ওমশিল্লম্মি। ওমশিল্লিবা মীয়াম অসিগী ফন যাম্বা শবক্ক খবদি খুবাক ময়ি যেংবা নিপা অসিদসু তপ্ন তপ্না চঙশিল্লক্লম্মি। খুবাক ময়ি যেংবা নিপা অদুনা লৈবাক হৱাই মপৈ অমগী মথক্ত মৈ চুখৎতুনা লৈবাক হৱাই পোকলিবা অমদি মৈখু কাবিবা মৈগী মৈঙাল অদুগী মনাক্তা মহাক্কী থবক অদু তৌই। অদুগী তোপ তোপ্পা মগুনগী শবক্ক তংখায অমরোমদি মফমদুদা ম্যুনিসিপালগী থাওমৈ মঙাল ইফং ফংদবা অদুনি। দুকান্দা থানবা মৈঙাল খক্তনা মফম অদু ঙালহল্লি। কনাগুম্বা মীওই অমা অনীদি গ্যাস লাইট শীজিন্নে, খবা অমনা মৈনম থাল্লি, খবা অমনা থাইনগী সাইকল লেম্প থানগৎলি, অদুগা মখোয অমা অনীদি, খুবাক ময়ি যেংবা নিপা অদুগুম্না মশাগী থাওমৈ থান্দনা যানা যানবা অদুম হোৎনবম্মি। মাযকৈ কযাদগী লাক্লিবা ইলেট্রিক্কী কুফেৎ কাফেৎ তৌবা মঙাল অমদি লেংলি হাইবিবা মমি কযানা মফম অদু চমম্নবা, নে-না তাদবা অমা পোকহল্লম্মি। মফম অসি খুবাক ময়ি যেংবা নুপা অদুদদি যাম্না চুনবা মফম অমনি। মসিগী ইচম চম্বা মবম হাযববু মহাক্কী পুন্সিগী হৌবকপদা মহাক খুবাক ময়ি যেংবা নিপা অমা ওইগে হায়না খজিক্কং ফাওবা খনখিদে, অদুগা থঙনবা মিকুপ্তা মহাক মশামক্তা কবি থৌদোক থোক্লক্কদগে হাযবা ফাওবা থোইনা খঙজবমদে। মঙোন্দা যেংবা লাক্লিবা ইচম চমজবা মীওইশিং অদুগী গ্রহগী খোঙচৎকী মবমদা খঙবসু যাম্না লমলান্না থোকখি। অদুম ওইনমক মহাক্না মী খুদিংমক্তা পেনগদবা অমদি তাবদা হেক্তা ঙক্কদবা ৱা কযামুক হাযখি। মহাক্না অদুম্না হাযবা ঙল্লিবসি মী মশক খঙনবা হোৎনবা, সাধনা তৌবা অমদি কুপ্না লুনা যেংবা কনবদগীনি। অদুবু মসি কনাগুম্বা পূকচেল শেংনা গু-নোম্বা মীওই অতৈনা তৌবগুম্বনি। অদুনা মহাক্না থবক শুবা লোইবগা নুমিদাং অথেংবদা অশুমন ফংজদুনা মযুমদা হনবা মতিক চায।

হান্না কবিগুম্বা ৱাখল খনবা নত্রগা খুজিল থৌবাং অমতা তৌদনা মহাক্না মহাক্কী খুঙ্গং থাদোবকখিবনি। মফম অদুদা মহাক্না লৈবম্বা থোক্লবদি মহাক্কী মপা মপুশিংনা তৌবম্বা হাযবদি লৌউ শীংউবা, যুম-কৈ পান্দুনা লৈবা অমসুং মহাক্কী অমদি মপা মপুগী যুমদা মহৈ মবোং থাদুনা মহৈ চাননবা তৌবমবা তাই। অদুবু মদু পূম্নমক অদু

তৌখিদ্রে। যুম অদো কনাগুম্বা অমতদা হাযবমদনা থাদোকপা তাখি অদুগা মহাক্না মফম অদুদগী মাইল চা কযা থাপ্না লাক্লবতদা মহাক পোত্থাবা ফংজখিবনি। মদুমক খুঞ্জা অমগী মফমদদি অচৌবা থবক অমনি। সমুদ্রনা মবক্তা খনখ্রবগুম্বনি।

মহাক্না লুহোংবা, যুম-কৈ পানবা, শেল-থুম অমদি মী অমগা অমগগী মবক্তা লৈনবিবা মুক্সবা যান্নদবনচিংবগা মবী লৈনবা খুদোংথীবা সমস্যা কযা কুপ্না যেংলম্মি। মতম কুইনা লম অসোমদা তৌবকপনা মহাক্কী মিৎযেং থৌবা হেল্লকখি। মিনিট মঙাগী মনুংদা কবি অৱাবা খুদোংথীবা নংলবগে হাযবকাদু খঙবা ঙম্লক্লম্মি। ৱাহং অমগী পাউখুম পীবদা মহাক্না পাই অহুম লৌই। লাকইবা মীশিং অদুনা যামদ্রবদা মিনিট তবামুক ৱা ঙাঙদুনা মানা খুমগদৌবিবা অমদি পাউতাক পীগদৌবিবা অদুগী মতিক চাবা মচাক পীদ্রিব ফাওবদি মহাক্না কৈদৌঙৈদসু ৱা অমতা ঙাঙলমদে। মহাক্না মী অদুদা মহাক্কী খুবাক মযি অদু য়াম্না ইংনা নীংথিজনা যেংলদুনা 'নঙনা হোৎনজবিবশিংদো লম কযামুক্তা নহাক মপূং ফানা মহৈ যান্দ্রি' হাযবা মতমদা তবাগী মনুংদা মাপনদি মহাক্না হাযবিবদু যাখি। নত্রগা মহাক্না হংলম্মি, 'নহাক্কী ইমুং মনুংদা ওইবা যাই নত্রগা অথাপ্পা মবী মতাবু ওইববসু নঙবু যাদবা, নুংশিদবা নুপী ককা লৈব্রা?' নত্রগা মহাক্না মীগী মবমদা শুগাইনা হাযবম্মি, 'নঙনা থেংনবিবা খুদোংথীবশিং অসিগী মবমদি নহাক্কী লীচৎ শাজৎ অসিননি। শনিনা যেংশিল্লবসিদবু নহাক্না কববম্না নুংঙাইদৌবিবা? নহাকসি নীংঙক নীংঙকপদা তৌগল্লি, মী লোযনবা কযা হৈতে।'

মসিমক্না মখোযগী থম্মোইদা মহাকপু নুংশিহল্লি, খ্বাইদগী তপ্না শাউগান্দবা ঐখোয ফাওবা মপান্থোংদদি কিনীংঙাই ওইবা শক্তম অমা চেনবোইবে হাযবসি খলহল্লি।

সবক্কী মতাইদা লৈবাক হৱাই যোনবা নিপা অদুসু মহাক্কী চাক্লিবা মৈবী অদু মুথৎলগা মযুম চৎননবা হৌগৎলক্রে। মসিনা তাক্লিবদি খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুসু মপোৎ মচৈ যোমশিল্লো হাযবনি, অমম্বদা মাবু থনম্বদগীদি মফম কদাইদগীনো অশংবা থাওমৈ মঙাল, মচা অমখক্তং ফাওজিল্লক্তুনা মহাক্কী মমাঙদা লৈবিবা লৈমায অদুদা তাবম্মি। মহাক্কী লীকোলশিং অমদি মপোৎ মচৈশিং অদু অশংবা থাওমৈ মঙাল অদু লৈবিঙৈদা মহাক্কী বেগ অদুদা হাপচিল্লম্মি। মঙাল অদু কবিগুম্বা অমনা খনজিনখি লোযননা মহাক্না যেংথোকখিবদা মহাক্কী মমাঙদা নিপা অমা লেপ্তুনা লৈবম্বা উবম্মি। মঙোন্দা চঙলকপা মী অমা ওইবমাল্লে খন্দুনা মহাক্না হাযখি, 'অদোম যাম্না থৱায ৱাবা মাল্লিদা। ঙৈহাক্তং ফমদুনা ঐগা ৱাবী ৱাতাই খবা শান্নবগা ফববকনি।' নিপা অদুনা মুকম মুকম শোল্লদুনা কবি কবিনো খবা মযেক শেংদনা খুম্লকই। মহাক্না নিপা অদুদা

খুবাক মযি যেংননবা কন্না হাযবম্মি, মদুদা নিপা অদুনা মখুবাক অদু থুনমক মহাক্কী মমাঙমক্তদা তিংথোক্লগা হাযবকখি, 'নহাক নশামক্লা নশাবু খুবাক মযি যেংবা মীনি হাযজবিব্রা ?' খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুগী পূক্নীংদা শীংনবগী ৱাখল অমা পোক্লকখি। নিপা অদুগী খুবাক অদু অশংবা মৈঙাল অদোমদা চিংশিল্লদুনা হাযবকখি, 'নহাক্কী খুবাক মযি অসিদি ।'

নিপা অদুনা হাযবক্লম্মি, 'ও-মদু তোকলো। ঐঙোন্দা কান্নগদৌবিবদো কবিনো অমুক্তা হাযবিযু।' ঐখোযগী মব্দপ অদো শাউনীংলম্মি।

'ঐহাক ৱাহং অমগী মমল ওইনা শুপ্নগী পাই অহুমখক্তমক লৌই অদুগা নহাক্লা তিংখ্রিবা শেল অদুনা মতিক চানা কান্নবা ফংগদৌবিবনি।'

মসি তাববদা নিপা অদুনা তিংথোংলম্বা মখূৎ অদো হঞ্জিনখিদুনা অনা অমা লৌথোক্লগা থাদবক্লম্মি অদুগা হাযবক্লম্মি, 'ঐনা হংগদবা ৱাহং খবা লৈ। নহাক্লা ওইদবা ৱা হাযজিনবনি হাযনা ঐনা প্রমান তৌবা ঙম্লবদি অনা অদু শেন্দোইগা লোযননা ঐঙোন্দা হন্দোবক্কদবনি।'

'ঐগী পাউখুমশিংদা পেল্লবদি নহাক ঐঙোন্দা লুপা মঙা পীবা ঙমগদ্রা ?'

'ঙম্মোই।'

'নত্রগা নহাক্লা ঐঙোন্দা অনা নিপান পীবদি ঙমগদ্রা ?'

'মদু যাই, তৌবদদি নহাক্লা হাযবিবদু লাল্লবদি নঙনা ঐঙোন্দা মদুগী শরুক অনী হেন্না পীগদবনি।' নম্লানবা নিপা অদুনা হাযবকখি।

মখা তানা মতম খজিক্তং যেৎনববা মতুংদা হাযনবিবা ৱাফম অদু যানবে। নিপা অদুনা চুরুত চমখৎলিঙৈদা খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুনা লাই খুরুমজবম্মি। মৈখেৎকী মৈঙালদা খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুনা মহাক্কী মাইথোঙ অদো হাইফেৎ উহৌবম্মি। লম্বীদা কাবগী হোবন খোংবদা জুতকা থৌবশিংনা মখোযগী শগোলদা চৈ থাংবদা অমদি মমলি মমলিবা পার্ক অদুদা মীযাম চবাং খোইৱাংনবদুদা ঊৈহাক্তং তুমিন্না লৈবম্মি। নিপা অদু মহাক্কী চুরুত অদু চিংলদুনা মৈখু কামথোক্লদুনা মফম অদুদা মফম মবাং খঙদনা নীংঙাইদনা ফমথবক্লম্মি। খুবাক মযি যেংবা নিপা অদু মহাক্কী মতৌ অদুদা যাম্না হৈনবমদে। মহাক্লা হাযবম্মি, 'সিদা লৈবে নঙগী অনাসে লৌজবো। অসিগুম্বা শীংনবা অসিনা ঐবু শীজিন্নবদি যাবোই। ঙসিদি ঐ থেংলে ।'

মহাক্না মপোৎ মচৈশিং অদু যোমশিন্নবা থৌবাং তৌবম্মি। নিপা অদুনা মহাক্কী খুদাং তাপ পাযবদুনা হাযবক্লম্মি, 'হৌজিক নহাক হৌগৎতুনা চৎখিবা যাবোই। ঐনা নপা লান্দুনা চৎলিঙৈদা নঙনা ঐবু নমদুনা চঙহল্লকপনি।'

খুবাক মযি যেংবা নিপা অদু মহাক্কী মখুদাং কন্না পাযশিনখিবা অদুদা ইপা পাখৎলম্মি অদুগা মহাক্কী খোঞ্জেল নিক্লম্মি, জ্যানসু মাঙলম্মি। মহাক্না হাযবম্মি, 'ঙসিদি ঐবু যেংহল্লনু। হযেং নঙোন্দা শোযদনা হাযবগে।'

নিপা অদুনা মহাক্কী খুবাক অদু মমায মপাদা তিংথোক্লদুনা হাযবকখি, 'শীংনসি হাযববদি শীংনবা তারেদনা। যেংগদবা যেংলো।' খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুনা মখনাউ হেক কংবা মখৈ হাযবক্লম্মি, 'নুপী অমা লৈবে ।'

'ঙাইখো' নিপা অদুনা হাযবকই, 'মদু পুন্নমক অদু ঐ অমতা তানীংদে। ঐনা হৌজিক থিবিবসি মাই পাকদ্রা পাকলোইদ্রা? মসিগী পাউখুম পীবম্মু অদুগা চৎলো। নত্রবদি নঙগী অযাওবা শেল পুন্নমক হেক লংথোকত্রিবফাওবা নঙ চৎহল্লোই। খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুনা মন্ত্র খবা শোল্লম্মি অদুগা খুল্লকখি,'

'যাবে, ঐ হাযবগে। অদুবু ঐনা হাযবিবসি অচুম্বা ওইববা অদু ওইববদি নঙ ঐঙোন্দা লুপা অমা পীবা ঙমগদ্রা? নৎত্রবদি ঐ ব্রা অমতা হাযবোই অদুগা নঙনা তৌনীংবা তৌবা যাগনি।'

ঙৈহাক নীংথিজনা মনতিক্লববা মতুংদা নিপা অদু যাবকখি। খুবাক মযি যেংবা অদুনা হাযবম্মি, 'নহাক অসে শিবনি হাযনা হুন্দোক্লম্লবা নিপা অমনি। ঐনা হাযবিবসি চুম্রা?'

'আ, মখা হাযথবকউ।'

'নঙোন্দা মীনা অমূকখক থাঙনা থিল্লকপকা যাওখিব্রা?' খুবাক মযি যেংবা অদুনা হাযবকখি।

'অফবা নিপানিহে নঙসে।' হাযবদুনা মহাক্না দাগফম অদু উৎননবা মথবাক অদু কোগোক কোক্না হাংদোক্লম্মি, অদুগা হাযবকখি, 'অতৈদি?'

'অদুদগী লৌবুক মযাদা লৈবা কুহা অমদা নঙবু ইন্থদুনা থনমখি। নহাক শিবসনু হাযদুনা হুন্দোক্লম্বনি।'

'লম্বী চৎপা মী খবনা তানজা চানা কুহা মনুংদা যেংশিল্লক্লমদ্রবদি ঐ শুংশোই শোইদনা শিবমগদবনি।' খঙনীংবা তানীংবনা থুমহৎখিদুনা নিপা অদুনা হাযবকখি।

'কবম্বা মতমদা ঐ মাগা উন্নগনি ?' শাউনা মখুৎ খুৎতুম অদু কন্না শীংলদুনা হংলকখি।

'মথঙগী মপোক্তা' খুবাক মযি যেংবা অদুনা খুম্নক্লম্মি। মহাক্লা মখা তাবকখি, 'সহবদগী যান্না থাপ্পা মফম অমদা থা মবিবোমগী মমাঙদা মহাক শিখ্রে। নঙ মহাকপু কৈদৌঙৈদসু অমুক হন্না উবা ফংলবোই।'

মদু তাবদা নিপা অদু মপুক্লীং পেন্দনা মুকম মুকম শোল্লকখি। খুবাক মযি যেংবা অদুনা কৌবকখি, 'গুরু নায়ক-'

'নঙবু ঐগী মিং খঙব্রনে।' খঙপ্রেক খঙবোই কবিওই হায়বকখি।

'গুরু নায়ক, ঐ অতৈ পূম্নমকসু খঙই। ঐনা হায়গদৌবিবা অসে নহাক পুক্লীং চঙনা তাও। নহাক্কী খুঙ্গং সহব অসিগী অৱাংদা নুমিৎ নিনীগী খোঙচৎ চৎলগা লৈ।'

'নহাক্লা নযুম থাদোক্তুনা চৎথোক্লবদি নঙ অমুক হন্না যান্না শাথীবা খুদোংথীবা অমা নংগনি হায়বসি ঐ খঙই।'

মহাক্লা শেংলবা উৎ খজিক্তুং লৌবগা পাযশিনজবম্মি। খুবাক মযি যেংবা অদুনা হায়বকখি, 'নবাইবক্তা মদু তৈশিল্লু, অদুগা নযুমদা চৎখ্রো। মখাবোমদা অমুক হন্না চৎখিনু। নহাক চহী চাম্ম পুন্সিবা মীশক হায়বদো ওইগদৌবিবনি।'

'কৈদৌনা ঐনা যুম থাদোক্তুনা অমুক হন্না চৎকদগে ?' নিপা অদুনা ৱাখল খল্থবগা হায়বকখি। মহাক্লা মখা তাবকখি, 'ঐনা মাবু থেংনববদি মহাক্কী থৱায় লৌগে হায়বখক্কীদমক্তা মবক মবক্তা মহাক থিবা চৎথোকপনি।' মহাক্লা নীংঙমদনা মঙক হাইবদুনা হায়বকই, 'ঐগী খূৎতগী মহাক নাম্থোকখ্রে। শিবখক্তনা মাগী মতিক চাবনি হায়না ঐনা খল্লি।'

'অচুম্বনি,' খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুনা হায়বকই, 'মহাক লোবি অমনা তকতুনা শিখ্রে।' মদু তাবদা নিপা অদুগী মাইথোঙদা মকা লাম্বা অপেনবা অমা উবম্মি।

খুবাক মযি যেংবা অদুনা মহাক্কী মপোৎ মচৈ লোইশিন্দুনা মাগী খাউ মনুংদা হাপচিনবা মতম অদুদদি মফম অদু ইতাক তাক্লম্মি। অশংবা মচুগী মৈঙাল অদুসু মাঙখিদুনা মফম অদু অমম্বা অমদি অচিকপনা কুপশিনখ্রে। লমলানবা নিপা অদু খুবাক মযি যেংবা অদদা শেল খুজোক অমা পীবম্লগা অহিংগী অমম্বা অদুদা অদুম উখিদ্রে। খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুনা মযুম যৌবা মতমদা নোংযাই যৌগদৌবে।

মহাক্কী নুপীনা থোঙজিন্দা লেপ্লদুনা মাবু ঙাইদুনা লৈবম্মি অদুগা থেঙলিবদুগী মবম তাক্লবা তকশিল্লকখি। মহাক্না শেলশিং অদু মাগী নুপীদা লংশিল্লদুনা হায়বকই, ‘মশীং থীযুসে। শেনযাম অসি নিপা অমনা পীবম্বনি।’

মশীং থীবগা মহাক্না হায়বকই- ‘অনা তবানিথোই গা মখায।’ মহাক হবাও নুংঙাইবনা থুমহৎলম্মি। মহাক্না মখা তাবকখি- ‘হযেংদি ঐ জাগগবি খবগা যুবী খবগা লৈবা যাবগনি। ইচানুপীনা অথুম অহাউ খবা লৈবিযু হায়না হায়বক্লিবসি কুইহবনি। ঐ মাগীদমক্তা অফবা অচাপোৎ খবা শেম্বিগে।’

‘মথোং হুক্তবা নিপা অদুনা ঐবু নমথাক তৌবমলে। মহাক্না ঐঙোন্দা লুপা অমা পীগনি হায়খিবনি।’ খুবাক মযি যেংবা নিপা অদুনা হায়বম্মি।

মহাক্কী নুপীনা মঙোন্দা যেংখৎলগা হায়বকই, ‘নহাক নথৱায ৱানা উইদা। কবি নুংঙাইতবা লৈবগে হায়বা ?’

‘কৈশু লৈতেদা।’

নুমিদাং চাকচা তোক্লবা মতুংদা পোত্থাফম থাবিবদুদা ফম্লদুনা মহাক্না মাগী নুপীদা হায়বকই, ‘নঙ্বু খঙলব্রো ? ঙসিদি ঐঙোন্দগী লুপ্লবা পোৎলুম অমা থাংথব্রেদো। চহী কয়া অসি ঐগী খূৎতা নিপা অমগী ঈ তৈদুনা লৈবে হায়না ঐনা খল্লম্বনি। মবম অসিননি যুমদগী চেল্লক্লগা মফম অসিদা যুমলিংদুনা ঐনা নহাক্কা লুহোংদুনা লৈবিবসি। হৌজিক মহাক হিংলি।’ ‘নঙনা মী হাৎনবা হোৎনখিবা।’ মহাক্কী নুপীনা ইপা পাখৎনা স্বব থবেৎ থবেৎ হোন্না হায়বকখি।

‘অচুম্বনি, ঐনা অপঙবা নহা অমা ওইবিঙৈ ঐখোযগী খুঙ্গংদনি। নোংমদি ঐখোয যু থক্তুনা জুৱাব শান্নদুনা থীনা খৎনখি। কবিগী ওইগনি হায়বদু হৌজিক খল্লুদনা ? কান্নদে, তুম্বা মতম ওইবেদা’ পোত্থাফম থাবিবদুদা মখোঙ মখুৎ শাংনা তিংথোক্তুনা হকাম লাওনা চল্লদুনা হায়বম্মি।

# মঞ্জরী

## লেখরাজ তুলশিঅনি

মোফুশিলগী আইন লোযশঙগী শক্তম অসি যেংবদা থোইদোক্লা পুক্লীং চিংশিননীংঙাই ওইদে। অসুন্না মিবপুব খাস কোর্টকী শক্তমসু থোইদোক্লা তোপ-তোপ্পা নত্তে। সাধাবণ ওইবা বিল্ডিংনি, যান্না ফজনা শাববা, অৱাংবা মথোল, অচৌবা মতুম তাবা যুম্বীশিং অমদি দোম্নচিংবা অমতা যাওদবা। নহাক্লা আইন লোযশঙ অদুদা চঙখিবদা অকোযবদা লৈবিবা উফূলশিং অমদি অচীকপগী মালংনা নহাকপু ওক্রুমগনি। অদুম ওইনমক অচীকপা মফম অদুদা কনাগুম্বা অমনা ঙৈহাক্তং পোখাজনবা মফম অমদি লৈবি। আইন লোযশঙ অদুগী মমাঙমক্তদা চাউববা উ পাম্বী তককমুক হৌবি-মবিনা নিম পাম্বীনি অদুগা অনী অমনা তালি পাম্বী। মবম অদুনা মিবপুব খাস কোর্ট অসি খ্বাইদগী নুংঙাইববা পোখাফম অমা ওইবে। উশিং অসিগী মউ, মশাশিং অমসুং নৌনা চোংখৎলক্লিবা মশাশিং যেংবিযু। মখোযশিং অসি উ নত্তে, অকিবা শক্রোন পুবা জীব ঙাক্তনি। অদুগা মিবপুব খাসতা শীৎলক্লিবা নুংশিৎনা হুন্নকপদা উগী উশাশিং অসিনা হাই-হুন্নকপদি হিংচাবশিংনা জগোয শাবা কযাদা মানখ্রবা।

নিম পাম্বী অমগী মখোঙদা মঞ্জবী ফম্লম্মি। মহাক ইচম চম্বা হন্থবা জাৎকী কোলহি লৈশাবী অমনি। অদুম ওইনমক মহাক্কী মিৎতা মিত্রংগী মতৌগুম পুন্নমক্কী পুক্লীং হূনীংঙাই ওইববা মগুন অমদি মহাক্কী হকচাং কযাৎশিংদা অউবা খূদিংমক্কী মিৎযেং চিংশিনবা ঙম্বা যোৎচাবীগুম্বা অমা যাওবি। মহাক্লা লম্বী চৎপা খূদিংমক্কী মিৎযেং চিংশিল্লি। অদুবু ঙসিদি মহাক্কী কোইদানবা মাইথোঙদা অৱাবগী লৈচীন্না কূপশিল্লি। তরু-তব্বা মহাক্কী মীৎস্নাদু মকশীনখ্রে অমসুং তঙাং-তঙাংলবা চীনবানগী মচু মাঙখ্রে। মহাক শেগাযবা স্কর্ত অমা শেৎলম্মি অদুগা ব্লাউজ অদুনা মহাক্কী মথোং কাবকপগী ফজবা পুন্নমক লোইনা লোৎশীন্দুনা থম্বা ঙম্নমদে। মশাদা থোংলিবা

চুনী অদু নুংশিৎনা হুম্বাদা হাইবি। পুনখৎলিবা মহাক্কী শাংলবা শম্বুল অদুনা মাযথোঙদা তাবি, অদুগা মদু মযাম তুংদা খোমগৎপদা থোইদোক্লা মিতানীংঙাই শক্তম অমসু ওইবি। কযাদা চীং-লেমখ্রবা মহৌশাগী খুৎশেম্লো। কবিগুম্বা মখল অমতগী খুৎশেম নত্রগা লৌনম-নমথাক দবকাব ওইদে।

মঞ্জবীগা মাযোক্লনা খোঙকাপ চাম্মবোম চৎলগা তালি পাম্বী অমগী মখাদা হাতকড়া চনবা নহা ওইবিবা নুপা অমা ফল্লি। মনাক্তা পুলিস অমনা অশাংবা নোংমৈ অমা মবেঙবান্দা ঙাথদুনা লেপ্লি। নহা অদু মশাগী চহী কুনমবি শুবমগদবা মান্দে। মহাক্কী ৱাউথাংনববা নুংশাগী মৈশানা কাথেক্লবা মাইথোঙ, কল্লবা পাম্বোম, পাক্লবা মতা ফব্বা থবাক্লি। মহাক শেগাযবা অমোৎপা ফুবিৎ অমসুং মখাঙদা মযেক থোকপা অপৌবা ফি অমা শেৎলি।

মঞ্জবীনা মঙোন্দা ঙৈহাক লৈতনা যেংলম্মি অদুগা অমুক মহাক্কী মাইথোঙ অদো লূকথবম্মি। কবিগুম্বদা শাংলবা স্বব মপী অমা অমুক হোল্লম্মি। মহাক্কী বাখল অদো নহা ওইবিবা নুপা অসিদা মপূং ওইনা লূপশিনখি। নুপা অদুসু খুদোংথীবা নুমিৎ খবা অসি নুপী অসিগী মবমদা অৱা-অনা খাঙলিব্রা?

নহা ওইবিবা নুপা অদুসু মঞ্জবীদা তোযনা তোযনা যেংলম্মি। অদুম ওইনমক মহাক্কী মাইথোঙদা অৱাবগী মমি তাবমদে। মহাক্কী মাইথোঙ অদুনা মঞ্জবীদা অসুম্না ফোঙদোক্লি: 'ফাঁসীগী শগাইনা ঐগী লুহোংফালমক ওইজবা তাববসু নহাক্কী পুক্লীং হুম্বগনু নুংশিববী মঞ্জবী।'

বিচাবগীদমক কৌবক্লবদা পুলিসনা নহা অদুবু লোযশঙ অদুগী মনুংদা পুশিনখিবম্মি। মতম খবগী মতুংদা নাইক অমনা অমুক অহুল্লক হন্না লাউবক্লম্মি: 'মুসামত মঞ্জবী লাকপ্রা?'

ৱাখন্দা উংদুনা লৈবম্বা মঞ্জবী পাখৎপোই কবিবোই তথক তথক্লম্মি। মহাক্কী লৌশিং পূন্নমক খোমজীল্লগা হৌগৎতুনা বিচাব লোযশঙগী কা তন্না চঙখিবম্মি। মহাক্কী খোঙথাঙ অদুদা তোপ-তোপ্পা পুক্লীং হুনীংঙাই ওইবা অমা উবা ফংলম্মি। নাইক অদুনা মঙোন্দা পুক্লীং লৈতানা যেংলম্মি অদুগা মখুৎনা মকোয অদু নাম্থখি।

মহাক্লা ৱাযেনশঙ অদুদা মিপাইববী শজি অমোমগুম চঙলকখি অমসুং মফম অদুদা লৈবল্লিবা মী খূদিংমক্কী মিৎযেং অঙকপা ফংনা চিংশিল্লম্মি। নাকোং মযাদা শোনবোইনা হাযবা খোঞ্জেল অমখক তাবম্মি: 'কয়াদা পুক্লীং হুনীংঙাই ওইখ্রবা

নুপীনো ? কনানা মহাকপু ইচম চম্বা অতোনবা কোলহি লৈশাবী অমনি হাযবা ঙমগদগে ? যেংঙুনে কযাদা চীং-লেল্লিবা খোঙথাঙনো ’

সাক্ষী পীগদবা মফম অদুদা চঙদ্রিঙেদা মঞ্জবী মপুক্লীংদা চিংনবা পোক্লম্মি। মেজিস্ত্রেতনা কল্লপ্না যাথং পীবকই ঃ ‘নুপী অদু সাক্ষী পীফম অসিদা পুশিল্লকউ। নহাক কবি যেংদুনা লৈবি ?’

মঞ্জবী অমুক হন্না চিংনবা পোকত্রে। মহাক্কী পুক্লীংদা ইসবোবু কল্লগে হাযনা চপ যুংনা লেপখ্রে। অদুম ওইনমক মহাক আইনগী অকুপ্পা কাঙলোন অমসুং উকিলগী লৌ থাংবা ৱাহংশিং অদুগী মবমদদি কবিমত্তা খঙদ্রবসু মহাক্কী অচেৎপা ফিবেপ অদুনা পুক্লীং ফাথখি। মহাক সাক্ষী পীফম মফম অদুদা চঙশিল্লম্মি। ৱাযেন লোযশঙগী কেবানী অদুনা অচুম্বতা ঙাঙগনি অবানবা অমত্তা হাযবোই হাযযু হাযদুনা মহাকপু ৱাশকহল্লম্মি।

মঞ্জবী অহানবদদি মহাক্কী ৱাবোল অদু পীবা মতমদা ইচিং চিংনবগুম তৌবম্মি অদুবু থুনমক মপুক্লীং ফাথদুনা ঙাঙবা ঙম্লম্মি। মহাক্না মশাগী ৱাবী লীবক্লম্মি ঃ ‘ঐগী অহন-লমন্না মঙ্গলগী শেল যাম্না তোল্লম্মি। শেন্দোন অদু কোকথোক্লনবা ঐহাকপু মঙোন্দা লুহোংবিবম্মি। মঙ্গলদি কানি চাবা, যু অমদি নুপী-নহাদা চোপ্পা নিপানি। নুমিদাং খুদিংগী কানি চাবগা মীবোল-মীবি ঙাঙনবা যাদবা ফীবমদা যুমদা হজ্জিল্লকই। অহীং খুদিংগী ঐবু মহাক্না ওৎপি-নৈবিবম্মি। মহাক্কী পেন্নবা তৌ হাযবা যাদে হাযবগীদমক ঐবু ফূবিবম্মি। নুমিৎ খুদিংগী মহাক্না ঐহাকপু নুংশি হৈত্না ফূবসে চৈবোঙনা ফৌ যৈবদু মঙায, ওহ্লোক্না কন্না কন্না ফূখ্রবনি। থা অহুম্মুক্কী মতুংদদি যুম অদো ঐঙোন্দদি নবক্না চপ হেক মান্নখ্রবনি। ঐহাক নৌনা যুম্বান পুন্সিদা খোঙদাবকপী অনৌবী ওইদুনসু পূন্নমক অদু খাঙবদা চোকথববনি।’

‘নোংমা নুমিৎযুংবা মতমদা ঐহাক্না মঙ্গলনা থবক শূবিবা লৌবুক্তা মহাক্কী চান-থক্লবা খবা পুবক্লম্মি। ইসবোগী ইঙ্খোলসু মঙ্গলগী লমখৈ অদু হেক লাম্থোক্লগা মনাকমক্তদা লৈবনি। ইসবোসু মহাক্কী লৌবুক অদুদা যোৎপাক্না তৌদুনা ঈশিং খোংলম অমা শেল্লম্মি। মহাক্কী মশাদা ফি অমখক শেৎপা নত্তনা মশাদা ফি অতৈ থোংলমদে। যোৎপাক তৌদুনা থবক শূবদুদা মহাক চোকথবম্মি অমসুং মশাদগী হুমাং তপ তপ তাবম্মি। মহাক থবাক ফ্নবা, মবেঙজুম লিংবা অমদি মমিৎ লাওবগা থৌবা মীশক্লি। মহাক যাম্না নহা ওইবি, পুক্লীং হূনা নীংথিজবি। ঐহাক ঙৈহাক্তং লেপ্লম্মী। হৌখিবা

অহিংদা মঙ্গলনা ঐবু যান্না থীনা ফুবিখিবনা ঐগী হকচাংগী মফম অয়াম্বদা চীকপা শাবা তৌবম্মি। ঐনা ইসবোবু কৌথোক্লগা মহাক্কা মবম ইবৈ লৈতনা ব্রাবী শাবা হৌবম্মি। মহাক্তি ঐঙোন্দা থোইদোক্লা পুক্নীং চঙবা মীদি নত্তে। ঐনা মাবু উকম লাংবা উখাদা লান্নবা তকশীল্লম্মি। মফম অদুদা ঈশিংখোংনা মাযকৈ অমদা চেল্লি, মপান্দনা নাপী-শীংনাঙনা পবেং শানা হৌবম্মি। ফীবম অদুদা ঐখোয অনীমক হেক্তা খঙনৈ, ঐখোয অনীগী নকশীন্নবসু নুমিৎ খুদিংগী হেনগৎলক্লম্মি। ইসবোনা কৈদৌঙৈদসু ঐগী যুমদা লাকখিদে, ঐনতা কবিগুম্বা পাম্বে অমা তৌদুনা মহাক্কা উননবা ' অসি হাযবগা মিৎকুপ খবদং তুমিন লৈকব্বা মতুংদা মহাক্লা চিংনবা অমদি হঙ্গোইবগা লোযননা হাযবক্লম্মি ঃ 'মসিদা ঐবু ইসবোনা থেমদুনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ মাঙহল্লি হাযদুনা কেস অমা মঙ্গলনা থাংগৎখি। ইসবোদা মবাল পীশিনগদবা নত্তে, মহাক্তি কবিমত্তা মবাল লৈতে। পূন্নমক অসিদা মবাল লৈবিবদি ঐনি, অদুনা ঐহাক্লা ইবালগী ফংফম থোকপা চৈবাক অদু ফংজগে হাযনা থৌবাঙ তৌজবি।'

উকিল অমনা হাযবকই ঃ 'ওক্তবী অসে অপাম-নুংশিগী মযাইনা কবিমত্তা খন্থবা ঙমদ্রে।'

অতোপ্পা অমনা হাযবকই ঃ 'মহাক্লা অসুক থৌনা ফনা, লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা হাযবিবসিগীদমক কবিমত্তা শীংথাবিবোইদ্রা?'

মেজিস্ট্রেতনা নোকফেৎ তৌবদুনা উকিল অদুদা ওনশীল্লগা হাযবক্লম্মি ঃ 'হৌজিক্তি নুপী থেমদুনা ইজ্জৎ মাঙহল্লিবা নিপাগী মহুৎতা নুপা থেমদুনা ঙাঙনবিবা নুপী চৈবাক পীবা মতম ওইবে।'

মথংগী নুমিৎতা মখাগী বিচাবগী বাই অসি মহাক্লা লাউথোক্লম্মি ঃ

'মুসমত মঞ্জবীনা পীবিবা ব্রাবোল হাযবদি ইসবোদা মবাল শীবা চুমদে, ইসবোবু থেমদুনা ঙাঙনবিবসি মহাক মশামক্লি হাযবসিদা অচুম্বা পুকচেল শেংবগী খুদম নীংথিনা উবা ফংঙি। অদুমকপু হৌজিক আইনগী মিৎযেংদদি ইসবো মবাল লৈবা মীনি, মবমদি আইনগী মতুং ইন্না থেমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবা হাযবসি নুপাতনা তৌই হাযনা লৌই। মতাং অসিদা মবাল লৈবে হাযবিবা ইসবোনা মশামকপু কবিমত্তা ঙাকথোকচবমদে, অদুগা মহাক্লা মঞ্জবীগা অবোনবা মবী লৈনৈ হাযবসিসু যাজে। মবম অসিমক্লসু মহাক মবাল লৈ। অদুম ওইনমক কোর্টনা মহাকপু থৌজালবিদুনা থা অনীখক্তগী জেলদা থম্বগী চৈবাক পীবগনি।'

মঞ্জরীগী মিৎ পিবাংনা পীক থনখিবম্মি। নুংশিজবা নিপা অদুগীদমক্তা ঈকাই-ইকি পুন্নমক হুন্দোক্তুনা ৱাযেনশঙ অদুগী মীযাম মমাঙদা হাযখ্রিবশিং পুন্নমক অদুনা মহাক্কী নুংশিজবা অদু কন্নবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না শাংলবা নুংশা মপী অমা হোল্লগা ইসবোদা যেংলম্মি। ইসরো মঙম শান্দনা মোমোন নোক্লম্মি। পুলিসনা মহাকপু মপান্দা পুথোকপা মতমদা মহাক্না মঞ্জরীগী নাকোং মযাদা শোম্থাংননা হাযবম্মি ঃ 'ঐ নুপানি, কৈশুমশঙদা লৈবগী মতম অসি কুইবোই, যান্না থুনা হৌখিনি নুংশিবী।'

শূপ্নগী ৱাহৈ পবেং অমখক অসিদা ইসবোনা মহাক্কী থম্মোইগী ইহুল পুন্নমক ফোঙদোক্লম্মি। উকিল অমনা অতোপ্পা উকিল অমদা হাযবকই ঃ 'মব্দপ, অসিগুম্বা নুংশিবা অসিদি আইন্না যাদবনি হাযবা যাদে। তোল্লবী নুপীমচা অসিগী থম্মোইনুংদগী শীঙ্খবক্লিবা পি অসিদি মমল নাইদে।'

পুলিসনা ইসবোবু পুখ্রে। মঞ্জরীনা লুক্কনা মঙম শান্দবা খোঙথাঙদা মাযথীববা লান্মীগুম ৱাযেলশঙ অদুদগী থোকখিবম্মি।

# টেক্সি ড্রাইভর

**কে এস দুগগল**

'কযাদা মথোং চাখিদ্রবা শেল পাযবা ইনাকখুনবশিংনোসে।' দিট্রুনা শাউবংননা হাযবকই। মহাক্কী টেক্সি অদু মাগী কোলিগা মাযোক্লন্না থাবা কান্দা মনীংথংবা সিত অদুদা কবেন্সি নোত চবুন অমা যাওবা মনিবেগ অমা তাবম্বদু উবকই। তশেংনমক মদো গাডী অদুদা তোংলকপা কনাগুম্বা অমগীনি। মদু উকব্বদা দিট্রুদি হবাউবদি লাযবদুনা ইথা থাজদনা মবাইবক্তা তম্লববা শেনযাম অদুনা মশাদু ওম্ভোক্লা ৱাই চিলহল্লম্মি। কবিনো মহাক্লা তৌগদবসিবু? নুমিদাংগী মতমদি যাম্না থেংজিনখ্রে। মহাক নুমিৎ চুপ্পা অমা সহব অসিগী খা-ৱাং, নোংপোক নোংচুপ থুংনা টেক্সি থৌকব্ববনি। ইকোন কোনবা মহাক্কী টেক্সিদা তোংলকপা মী অদো লম্বীগী মতাই অমদগী হাপকথপিবগা বেল ষ্টেসন ফাওবা থিনবিবকপনি। হৌজিকপু মনিবেগ অসিগী মপু মহাক্লা কদাইদা থিবুগনি?

অসুম্মাইনা ফংবা শেল অসিদি শিবাপ ফংবগা মান্নে হাযনা দিট্রুনা মতম চুপ্পদা থাজবম্মি। মহাক অমুকখকসু অৱাবা নংখ্রে। লমচৎ নাইদবী নুপী অমনা কাউদুনা মহাক্কী এতেস কেস অমা মাগী টেক্সিদা হুদোক্লম্মি। শেল পাযবা মীশিং অসি অসিগুম্বা মতাংদদি চেকশিন খোইজিনবা, হৈ-শিংবা ৱাৎলি। এতেস কেস মনুংদা যাওবম্বা পোৎশিং অদো লৌনগনবা লাযনাগুম খুদোংথীবা থোকহন্নিংঙাইনি। থৌদোক অদুগী মতুংদগীদি মহাক্কী নুপী অদু Leukoderma না নাখিবা। মহাক্লা মীগী ব্লাউজ অমদি শাডি শেৎচিল্লুবে, পঙখ্রবী নুপী হাযবদুমক্কি, কোকপা ঙম্নবোইদবা ফত্তবা লাযনা অদু হেক লৌহৌবে।

মদুগী মতুংদা মতম ফন শাংনা মহাক্কী টেক্সি তোংগে হাযবা মীদুদা দিট্রুনা অহানবদা তোংগদৌবিবা মী অদুগী মিং, লৈফমনচিংবা হেক হেক হংলম্মি। মীশিংনদি শিখ টেক্সি ড্রাইভব অসি ঙাওবব্রা হাযনফাও খনখিবজাৎনি। দিট্রুনা মখোযবু ভাব

তাহন্নবা মচা খাযনা হায়খি, 'নখোয শেল পাযবা মীশিং অসি শ্বাইদদি চেকশিন্দে। নখোযনা টেক্সিদা কবিগুম্বা খবা হেক্তা হন্দোক্রম্বা যাই। অদুদগীদি মদুনা লাইববা টেক্সি ড্রাইভর ঐখোয়দদি সমস্যা অমা হেক্তা ওইহল্লি। ঐখোয়না পোৎ অদু হন্দোকখিসি কদায লৌশিনবসু কদায।'

মতুংদদি দিট্রুনা মহাক্কী হৌনবী অসুন্না হেক হেক হংবসি তোক্রে। মবমদি রাহংশিং অসি হংবা খুদিংমক্তা গাড়ী তোংলিবদুগা মহাক্না মবৈ যেৎনগনি। ঙসিসু মদুমক থোক্রে। হৌজিকসু অদুমঙাই মহাক্কী মনিবেগ কাউবল্লিবা মীশক অসিগী মিং অমসুং লৈফমবু খঙলম্লবদি মহাক্না চৎতুনা মনিবেগ অসি অদুমক হন্দোক্রমগনি।

মহাক্না মাগী নুপীগী মাইথোঙদা অঙৌবা পক্লিবা অদু উবা খুদিংগী মশা মতোন্তা হাযজবম্মি, 'ঐগী ইপোৎ নত্তবা কবিগুম্বা অমত্তনা থবক অমতা তৌবোই।'

ঙসিদি কনাগুম্বা অমগী মনিবেগ মহাক্কী মখুৎতা লৈববদা পাকিস্তানদা লৈখ্রবা মখোযগী হোম তাউন অদুগী অচৌবা বাজাবদুদা চহী কযাগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক দিট্রুনা নীংশিংলকই। মতম অদুদদি মহাক বিফ্যুজি দিট্রু অসি ওইবমদে, নুংঙাই যাইফবা ইমুংগী মচা নহা ওইবিবা হবদিত সিং ওইবম্মি। মেট্রিক পরীক্ষা লোইখিবদা ঙাইবিঙে মতমনি। নুমিদাং রাইবম অমা মহাক্না সাইকল তোংদুনা বাজাবদু ফাওদুনা চৎপা কান্দা লক্ষ্মীগী মযাযদা পার্সেল অমা তাদুনা লৈবা উবম্মি। মহাক্না সাইকলদগী কুমথবগা পোৎ অদু খুঙ্গৎলম্মি। মদু যান্না চেকশিন্না যোমশিল্লম্মি। ফন ফজনা লূম্বা পোৎ অমসু ওইবম্মি। মহাক্না অকোযবদা কোইযেং যেংথোক্রম্মি। বাজাব অদুদা গাড়ী চৎথোক চৎশিনসু অতৎ অখম লৈতবদৌনা তৌই। দুকান্দাবশিংসু মখোযদা পোৎ লৈবা লাকলিবশিং অদুদা পুক্নীং লুপ্পুনা লৈ। মখোয কনামতনা মঙোন্দা ইযেং যেংলকতবগুম তৌই। থোইদোক্না খল্লুবা ইতৌ তৌদনা দিট্রুনা মহাক্কী সাইকল অদুগী খোঙনেৎ অদু নেৎলদুনা পার্সেল অদুগা লোযননা বাজাবদগী থৌদোবক্রম্মি। তাঞ্জা হেক ফংবগা কাচিন ওইবপ তৌবা মী চিকপা মফম অমদা মহাক লেপ্লম্মি, অদুগা পার্সেল অদুদা যোন্নিবা মযোমশিং অদু হাংদোকপা হৌবম্মি— অমগী মথঙদা অমা অমগী মথঙদা অমা, মবোল মবোল। মদু কনাগুম্বা অমনা লৌনম তাৎ তৌদুনা থনম্বা মাল্লি। পার্সেল অদু চে মবোল কযামুক্না যোমশিন্দুনা শেম্বা, অতৈ থোইদোকপা কবিসু যাওদবা ওইবল্লে। মতম শাংনা নুংতিগী দুকান ফম্নক্রবা দুকান্দাবশিং অদুনা হেক যেংবদা উগদবা মফমদা সাধারণ নাগবিকশিংগী পূকচেল কয়া যান্না শেংবগে যেংনীংদুনা চাংযেং তৌখিবজাৎনি। দিট্রু মশামক্কী মাইথোঙদা হামুক তৈশিনবগুম খল্লম্মি। মশা অদো যাই থাদুনা পঙথহল্লবা জীবগা মান্নখ্রে। মহাক্কী

হুকচাংগী কযাথশিং অমগা অমগা তোঙান তোঙান তাববগুম খল্লম্মি। কনাগুম্বা দুকান্দাব অমনা মহাকপু অপঙ শীবিখ্রে। মহাক্না পার্সেল অদু অকোযবদুদা লৈবিবা দুকান্দাব অমা-নথ্রগা অমদা শিন্নবম্বনা হেন্না ফবমগদবনি। পোৎ মাঙখিবা মী অদুনা মদুবু কোইথি থিবা লাক্কনি, মদুদা দুকান্দাব অদুনা পোৎ অদু মঙোন্দা অমুক পীবিবম্বা যাবনি। অদুম হাযনা তৌবগী মহুৎতা দিট্রুনা মদু খুঙ্গৎলগা খোঙলৈ থুনা সাইকল তোংখৎতুনা বাজাবদগী লাকখি। মদুগী মতুং ইকুই কুইদনা লৈবাক অসি ভাবত-পাকিস্তান হাযদুনা অনীথোক্না খাযদোকখিবদু মঙোন্দদি ঈশ্ববগী থৌজাল ফংলবগুম থোকখ্রে। মহাকসু পোক্নফম সহ্ব অদু থাদোকপা তাখি, মদুমক নৎলমদ্রবদি দিট্রুনা কৈদৌঙৈদসু অমুক হন্না বাজাব অদু ফাওদুনা চৎপা ঙম্বগী ৱা লৈতে।

ঙসিসু মদুগা হেক মান্নবা সমস্যা অমা অমুক মাযোক্নবে। মিকুপ খবদি মনিবেগ অদো হান্না লৈবম্বা মনীংগী সিত অদুদা অদুমক লেঙদনা থম্লম্লসিবা হাযনা খল্লম্মি। অদুবু মদো অপঙবা ওইগনি হাযনা অমুক খল্লকখি। অযুক্কী ইহান হানবা থবক অমা ওইনা পীক্লিবা মচানিপানা গাডী অদু শেংদোকপা লাক্কনি। মদুদা অঙাং অদুনা কবি খনগনি? অমরোমদা অমুক মহাক মশামক্না নুমিৎ চুপ্পা অমা টেক্সি অদু থৌগদৌবিবনি। অদুগা কমদৌনা লম্লানবা অমগী মনিবেগ অমা মপু মশক খঙদনা তাদুনা অদুম্না লৈহনগদৌবিবনো? মসিদি কনাগুম্বা অমদা লোন্না লৌজখিনবা বার্ত্তণ তৌবগুম্বনি।

খনফম খঙদ্রবা দিট্রু মহাক্কী পাকখন-যুম অদুগী মনুংদা চঙলক্লে। বন্তীনা মাবু ঙাইদুনা লৈবম্মি। মপুবোইবা নীংবী নুপী অমা ওইনা মহাক্না নুমিদাং খুদিংগী অসুম্না হেক হেক ঙাইদুনা লৈ। দিট্রুগী মখূৎতা মনিবেগ অমা পাযবকপদু উবমক্তদা মহাক্না খঙহৌদনা হোৎচিনখিদুনা মিৎনা কুপ্পগী মনুংদা মপুবোইবগী মখূৎতগী তাপ লাউনা লাকখ্রে। মপুবোইবগী মাইথোঙদা মযেক লানা তাবিবা তৌফম লাকফম খঙদবগী মমি অদুনা তাক্লি। মনিবেগ অসি কনাগুম্বা অমনা টেক্সিদা হুদোক্নম্বনি হাযবসি। মহাক্কী মপুবোইবদি মনিবেগ অমতা শীজিন্নদবনি। মহাক্না ফংলকপা শেল খুদিংমক মহাক্কী ফুবিৎখাউদা শুপতেক নাতেক হাপচিনবনি। মযুমদা হল্লক্রগা মদু মহাক্না মাগী নুপীদা পীশিল্লি, মহাক্কী নুপীনা কবেল্সি নোট মখৈনা অমা অদুগা শেল মযেক্না নাকল অমদা থমদুনা থীদোকই।

'মনিবেকতা শেল হাপ্পা হাযবসি অশিংবা নত্তে হাযদনা ঐনা নঙোন্দা হায়দ্রাও? মনিবেগ অদু মাঙথোকখ্রবদি অযাওবা শেল পুন্নমক লোইনা মাঙখিগদৌবিবনি।'

'মপোক ফবা, নুংঙাই য়াইফবা কনানো মসিবু ঐখোয়গী টেক্সি মনুংদা হুন্দোক্লন্নিবসিবো?' হবাও মথোই কাববা মাগী নুপীনা হংলক্লম্মি।

কনাগীনো হাযবদুবু খঙলম্নবদি দিট্রুনা ঙসাইৱাইনা মপুদুদা পোৎ অসি হন্দোকপীবমগদবনি। 'বস্তী, ঐখোযনা মীগী মবলনা কবিগুম্বা অমতা তৌবোইদবনি।' দিট্রুনা মহাক্কী নুপীদা হাযবকই।

মহাক্কী মাইথোঙদা অৱাবগী মমি তাবম্মি। মহাক খঙলম্মি মহাক্কী নুপীনা মানা ঙাঙবা তাবোই হাযবসি। অসিগুম্বা ৱাফমদদি মহাক্না কৈদৌঙেদসু মাগী ৱা তাখিদ্রি।

'কনানা হাযখ্রগে ঐনা শেল অসি লৌবগা শীজিন্নবনি হাযববো? শোৎচিল পুশিল্লুবগী মযাম অমনা ঙংলবিবা থৌববিবশিং অদুদা পীথোকখিতাইদনা।' বস্তীনা থৌ-ৱা শাদনা খুম্নকখি।

'মসিগী নুপীসিদি ওইববোইদবনি।' দিট্রুনা মতোম্তা মুরুম মুরুম শোল্লম্মি।

'মসিবু কবি কাযবগেনে?'

মপুবোইবনা শাউনা মঙোন্দা চৈ থাংখিবদু বস্তী তাবকই। 'কাখু অসিদবু ঐখোযনা লৈবদা মতিক চাবিব্রো? মমখ্রবা অদুগা মোৎসু মোৎখ্রবা। কযাম কুইনা মফম অসিদা ৱানা খাঙগদৌবিবনো? ইকুই কুইদনা ইচানিপাসু স্কুল কাবগী চহী মতাং যৌবক্লগনি। হৌজিকপুদি ইচানুপী অসে পীকলি, অদুবু নুপীমচানা চাউখৎখিবা হাযবসে মতম কৈসু কুইনা চঙলোই। ঐখোযগী যুমলোন্নবনা মাগী মচানুপী হেক পোকপগা অউনপোৎকীদমক্তা ৱাবা হৌবে। ঐগী নুংঙাইতবা লাযনা অসি যম্নবা অমতা ঙাইবা পাম্বৈদি অফবা চিঞ্জাক চাবনি হাযবসি মী খুদিংমক্না হাযবিবনি।'

'হাযবিবদু ঐ যাইনে, অদুবু ঐখোযগী শেলসু নত্তবা অসিদা ঐখোযনা পুম্নমক অসি কবিগী খনগদৌবিবনো?'

'কমদৌনা মসি ঐখোযগী ওইবোইদৌবিবনোনে? মসি ঐখোযগী পৈশানিনে। ঐখোযনা চৎলগা কনাগুম্বা অমদগী লুট তৌক্লবসু নত্তনা। কনাগুম্বা অমনা মাগী মনিবেগ অমা ঐখোযগী টেক্সিদা হুন্দোক্লমলে, মদু ঐখোযনা অমুক লংথোকখিগদবনি অসিবা?'

'তোকও, অসিগুমবা ৱাখল যাওদবা ৱা ঙাঙগনু।' দিট্রুনা কবিমতা তাদনবা হোৎনবম্মি।

'মসিদা রাখল যাওদবা হাযবিসিবু কবিনো?' বন্তীনা অমুক লাউবক্লম্মি। মহাক্না মখা তাবকখি, 'কনাগুম্বগী পূকচেল শেংনা তাঞ্জবা মবল অমুক্তা মাঙখিবা যাওবব্রা? মসিবু রানা তানখিবা শেল্লা, অদু ওইবগবু মহাক্না মসি অসুক যাম্না লাযথোক্কনি হাযনা নহাক্না খনব্রা?'

'নঙনা হাযবিবদুবু কবিনো?'

'ঐনা হাযবিবদি মহাক অদুনা শেল ফংখিবা খুৎফং অদুগুম্না শেল মাঙবা খুৎমাঙসু মান্নে হাযবনি। ঐখোযনা মসি ফংলিবসি ঐখোযগী লাইবক যম্বা হাযবা অদুনি।'

'অপঙবী। ঐখোযগীসু নত্তবা শেল অদু ঐনা হাযবিবসিনি নহাক শোকপা ফাওবা যাবোই।'

'নহাক্না মনিবেগ অসিনা কবি তৌগদৌবিবনো হাযবদুদি ঐনা খঙবদি যাগদ্রা?'

'মসি ঐনা লাইদা কৎথোকখিগনি।'

'লাইশিং অদুদি লৌনম তাৎ তৌবা পুজাবীশিংনা কোযশেন শেন্নদুনা লৈবনি।'

'ঐনা মসি কনাগুম্বা লাইববা অমদা পীথোকখিগনি।'

'ঐখোযদগী হেন্না লাইবববু কনা লৈবিবগেনে?'

'বন্তী, ঐনা নঙোন্দা হাযবিবসিনি ঐখোযগী পৈশা নত্তবা অসিনা ঐখোযনা কবিগুম্বা অমতা তৌবা যাবোই।'

'ঐনা তৌববদি ।'

'ঐনা নঙবু হিংনা নউন খোক্কনি।' দিটুনা লাউবক্লম্মি। মহাক্কী নুপীদা অসুম্না কৈদৌঙৈদসু তাথি তাওইনা মহাক্না তৌখিদ্রি।

অশাউবনা অমুক মপূক্লীং লাকশিনবা ঙমদবা যাই হাযনা কিবদুনা দিটু ফমুংদা চঙদুনা তুমখ্রে।

ফত্তবা মঙশিং মঙবদগী দিটু মতম কুইনা তুম্বা যাবমদে। মহাক্না অযুক্তা মযুম থাদোক্কুনা টেক্সিদা চৎপদা ঙাইবিঙৈদা মবাল লৈতবা মঙোন্দা মথৌ তৌবিবা সন্ত্রী অমনা ফাইন তৌবগী মঙ অমা মঙলম্মি। মহাক্না মঙোন্দা ঙাকপিনবা হন্না হন্না হাযজবম্মি অদুবু মহাক্না হাযজবিবদু তাবিখিদে। দিটুনা মহাক্কী মখোঙ শোক্কুনা হাযজগে তৌবা মতমদা শাউববা পুলিস অদুনা মহাক্কী মবুক্তা খোঙপাক্না কাউশিল্লকখি। মহৌশাগুম্না মহাক টেক্সি খামফমদা অতৈ পূন্নমক্না লাক্লদ্রিঙৈ মমাঙদা ঙন্না থুংলখি,

অদুম ওইনমক মহাকপু নেকপা কনাসু লাক্লমদে। নুমিৎ চুপ্পা অমা মহাক্লা অদুমক ড্রাইদুনা লৈখি। অরোইবদা ড্রাইবদা ৱাবদুনা টেক্সি থৌদোক্লগা লম্বীদা পেসেজব কোইযেং যেংদুনা লৈবম্মি। কিলোমিতব অমমুক্তা চৎপদা ড্রাইবিঙৈদা মিলিটবিগী ট্রক অমনা থুনা যাংনা থৌজিল্লক্কুনা মহাক্কী টেক্সি অদুদা শাফু কন্না থেংজিন্দুনা গাডী অদু শাথীনা মাঙ তাকহল্লম্মি অদুগা খুদক্তা ড্রাইভব অদুসু শিখি।

দিট্রু তুম্লম্বদগী মিকপ থোবক্লম্মি। মহাক মশা পুন্নমক হুমাং কাংলমই। বস্তীদি মহাক্কী ফমুংদা কন্না তুম্লম্মি। মনিবেগ অদো চেৎনা পাযশিন্দুনা মথাদা থমলি। দিট্রুনা মদু মঙোন্দগী মুন্নবা হোৎনবম্মি। মহাক খঙহৌদনা হৌগৎলক্কুনা মহাক্কী নিপাগা মুন্নবকখি। মুন্নবা অদুদা দিট্রুগী খাঙবা ঙম্বগী শক্তি অদু মাঙখিদুনা বস্তীগী মমাইদা খূৎপাক্লা থাখি। বস্তীদো খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লম্মি। দিট্রুনা অমূক্কসু হন্না ফুবিখি।

অসূন্না খৎন চৈনবা অসি দিট্রুনা লৈবিবা যুম অদুদা ইথোক থোক্তবা থৌদোক নত্তে। টেক্সি ড্রাইভবশিংদদি অসিগুম্বা থৌদোক অসি অদুম থোক্লিবনি। যুমলোম্নবশিংগী কনাগুম্বা অমতনা মখোযনি খৎনবদো খামদোক্লবদ্রবদা মখোযগী মচানিপা গুল্লু অদো হৌগৎলকখি। মমিৎ নোইব নোইবদুনা মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লকখি। মমানা মপাদা অথীবা ৱাহৈনা চৈ থাংদুনা থীনা ঙাঙলম্মি।

দিট্রুদো মশা মতোন্দা হঙোইজবক্লম্মি। মহাক্লা চৎখিবা শাজৎ লীচৎ অদো হৌনদবনি হাযনা খল্লক্লম্মি। মহাক্কী পুন্সিদা অদুন্না মপূক্লীংগী অশাউবা ফাথবা ঙমদবা যাওখিদ্রি। মমৈথঙদা নীংঙমদবগা লোযননা মহাক্কী ফমুংদা থুনা চঙখিদুনা কম্পোবনা মমাই মমিৎ খুমজিন্দুনা হিপথগ্রে।

'ইমা নঙোন্দা কবিগী বাপুনা ফুব্বিবনো?' গুল্লুনা মমাদা হংলক্লম্মি। বস্তীদো কবিমত্ত খুম্লমদে। 'কৈশু নত্তেদা ইবুংঙো। নিপানা কবিগুম্বা মতমদা মহাক্কী নুপী ফুই।' বস্তীনা মচানিপাদা শন্দোক্লা তাক্লবা হোৎনবকখি।

অদুদগীদি কবিসু থোইদোকপা নাতৈ চাদবা থৌদোক অমতা থোকখিদবগুন্না মচানিপা অদু শেগাদা কোনশিনবিবদুনা বস্তীনা লেনর্টন অদো মুৎথৎলগা ফমুংদা চঙখিবম্মী। ঙৈহাক্কী মতুংদা মহাক অমূক হন্না হৌগৎলকখি। লেনর্টন অদো থাঙ্গৎলগা দিট্রুনা ফংলকখিবা মনিবেগ অদুদা যাওবিবা কবেক্সি নোটশিং অদু মশীং থীবা হৌবক্লম্মি। নোটশিং অদো মতম কুইনা অসুম মহাক্লা মশীং থীদুনা লৈখি। অদুদগীদি মহাক্লা তুমথগদবগী কন্না হোৎনজবিবা মচানিপাদো কৌথোক্লম্মি।

'গুল্লু নহাকপু কবিগুম্বদা লুপা চাম্ম চৎপী নোটকা উখ্রব্রা?'

'উদ্রি ইমা।'

'গুল্লু নহাকপু লুপা যাঙ্খে চৎপীগী নোট কাদি উখ্রব্রা?'

'উদ্রি ইমা।'

'গুল্লু, নহাকপু লুপা কুন্নগী নোট কাদি উ-লাকখ্রব্রা?'

'উদ্রি ইমা।'

'গুল্লু নহাকপু উখ্রব্রা '

অদুদগীদি গুল্লুসু মহাক্কী ফমুংদা তুম্বা চঙখিবন্মি, মহাক্কী মপুবোইবা টেক্সি ড্রাইভবগুম্না কা অদুদা লৈবিবা ফমুং অদুদা যাম্না কন্না তুমথখিবন্মি।

# সুমতি

**হেমআচার্য**

নর্স অদুনা ইনাক্তা চঙলক্লগা 'পুপু' হায়না কৌবকপা মতম অদুতদা ঐহাক ভাবনা শাবা তাইবঙ অদুদগী হল্লকখি। ইশামকপু লাকশিঞ্জবা ঙমদনা মফম অদুদা ফমদুনা লৈবম্মি।

'পুপু, নঙগী মিৎতা পি ।'

ইশা খঙদনা খূৎনা ঐগী মিৎতা লাম্লুবি। অওইবমক ঐগী মিৎ পিনা পুমচোৎ চোৎলমলে। নীংথিজববী, ফজববী নর্স অদুগী মাইথোঙদা য়েংলদুনা ঐনা মোমোন নোক্লবা হোৎনবম্মি। অদুবু মোমোন নোকউ হায়বা য়াখিদে।

'পুপু নঙবু কবি খল্লিবনো ? যুমগী মবমদা খল্লিবা ?'

'নত্তেদা, ইশুনুপী' ঐনা নুংশিনা হায়বম্মি।

'অসুক যাম্না নুংশিববা ইশুনুপী অমা ইনাক্তা লৈবদবু কবিগী ঐনা যুমগী মবমদা খনগদৌবিবনো ?' ঐনা মাগী মনঙ্গনদা পোপ পোপ ফুবিম্মি।

'পুপু, ৱাকৎবনু নশুনুপীনা নহাক্কী ইঞ্জেকসন কাপ্লবা পুবক্লে।' নোক্লদুনা মহাক্না ঐগী ওইথংবা নীংজোন্দা ইঞ্জেকসন কাপ্লকই অদুগা হৱাও মিনোক নোক্লদুনা কাদুদগী থোকখিবম্মি। ঐ অমুক হন্না কা অদুদা ইতোন্তা তবক তবক লৈহৌবে।

খৃষ্টমাস লোইখিবা চাযোলমুক্তা ঙাইবি। 'খৃষ্টমাস' হায়বা ৱাহৈ অসিনা ঐঙোন্দা থুক লাউবা অমা পোকহল্লম্মি, ঐগী ৱাখল অদোমদা অমুক লৈশিনখ্রে।

অমুক হন্না পিনা মিৎ অসি থুমহৎখ্রে। নুমিৎ অদো ঐ ফমুংদা ফমদুনা লৈবম্মি। চাদা লুপ্লদুনা ঐঙোন্দা পীবকপা ডবলকতি অদু চাবম্মি। নুমিদাংৱাইবমগী অমমবা মমি অদো ঐগী কাদা যৌবক্লে। তাঞ্জা অদুমক্তদা ঐগী নাকল ওইবপ্না চৎখিবা চন্নবী

নুপীমচা অমনা ফমুংদা হিপ্লিবা অহল ঐবু উবদুনা ইনাক তান্না চঙশিল্লক্লম্মি। মহাকপু উবদা ঐ মোমোন নোকখি। মহাক্কী মিৎযেং চিংশিননীংঙাই ওইবা থবা ঐঙোন্দা লৈবম্বা তাই।

'গুদ ইভনিং ' মোমোন নোক্লদুনা মহাক্লা হাযবকই।

'গুদ ইভনিং, বেবি নঙগী শাগৈ জাৎ কবিনো?'

ঐনা কন্নডদা মঙোন্দা হংলম্মি।

'ঐদি খৃষ্টাননি পুপু।' মহাক্লা কোনকনিদা খুম্লকখি— 'ঐগী মিংনা সুমতি।'

'ও ঐ ঐ খঙঙে।' ঐনা লৎ-লৎ তৌদুনা চমম্লবিঙৈদা মহাক্লা হংলক্লম্মি, 'পুপু নঙোন্দা কবি নুংঙাইতবা যাওবগে অকম লাইহৌবা, লোকখুববা ?'

'ইশুনুপী পুপুগীসিদি যাম্না লুবা অনাবা নত্তেদা। চহী অহল ওইবকপগী অদুক হকচাং ঙমদবা হাযবদুনিদা।' ঐনা মোমোন নোক্লদুনা মঙোন্দা হাযবম্মি। 'ও', ঐঙোন্দা মীনুংশি পোক্লদুনা হাযবম্মি। ঐনা তপ্না কোক নোনখৎতুনা মাবু যেংলম্মি।

তনৌ তনৌববা যাম্লবদা চহী তবামুক্তা ঙাইবিবী মোমোন নোক্লিবী ফজববা মাইথোঙনি।

'পুপু নঙগীদমক্তা ঐনা ঈশ্বরদা খুকমগনি। জেসসনা নহাক্কী অনাবদু শোযদনা যাম্না থুনা ফহনবিগনি ' ঐগী খুৎ পাযবদুনা মহাক্লা হাযবকই।

'ইশুনুপী মসিগী অনাবা অসিদি ফবা ঙমগদবা অনাবদি নৎত্রে ।' কবি হাযগদবনো হাযফম খঙদদুনা মহাক্লা হাযবম্মি, 'ফবে, পুপু ঐ হৌজিক চৎলগেকো। অনাবা যেংলুবগা ঐখোয ঙন্না হল্লকউ হাযবকই। অদুবু মফম অসিদা লাকপগী মহুৎতা নুপীমচাশিং অদুদি লম্পক্তা ক্রিকেত শান্নবা যেংদুনা লৈবি।'

'ও ' সুমতিদা অশিবর্বাদ পীননবা খুৎ থাঙ্গৎতুনা হাযবম্মি, 'চৎলোকো ইশুনুপী। নঙনা ঙাঙবসিনা ঐগী অনাবগী মৈশা অসে হন্থহল্লে। ঈশ্বরনা নহাকপু অফবা অঙাং অমা ওইহল্লসনু।'

'পুপু, ঐ হযেং নুমিদাং রাইবমসু নহাক উন্নবা লাক্কনি।' অসি হাযবগা মহাক শজিগুন্না চোংদুনা অমদি কুবাকুন্না পাইথোকখ্রে। মহাক্কী ফজববা রাহোংগী খোঙথাঙ অদু যেংদুনা ঐহাক লৈহৌখি।

'কযাদা নুংশিখ্রবা নুপীমচানো।' ঐনা ইতোমতা খঞবম্মি, 'চাম্মগী মনুংদা অমখকগুম্বদা অসিগুম্বা লাইবেম্বীগুম্বা নুপীমচা অসি ঈশ্বনা শেম্বিবনি।' অদুদগীদি ঐহাক নুমিদাংৱাইবমগী লাইখুবম্বদা পুক্নীং লুপশিনখি। মথঙগী নুমিদাংৱাইবমদা ঐহাক ইশামক সুমতি উন্নবা ঙাইবম্মি। মহাক মমদ্রিঙৈদা লাক্লম্মি। মমাঙগী নুমিৎতা ঙাঙখিবগুম মহাক্না থৌজাল হৈববা ৱা কযা ঙাঙলকই।

'পুপু নহাক ৱানা উই, ৱাববনে? পুপু নঙগী অনাবসিবু কবিনোনে?'

ঐ তুমিন্না লৈবম্মি। ঐগী অনাবগী মবমদা ৱাবী শাদুনা নৌবিবী অঙাং অসিগী ৱাখলদা কবিগী অৱাবগী নোংলৈ নুংশিৎকী চৈনা ফাওহল্লুগদগে হাযনা ঐনা খনখি। অদুবু ঐনা কবিমতা হাযদনা লৈবদু মহাক্না যাবমদে। ঐগী ইখুৎসি পাযশিল্লদুনা মহাক্না হাযবকই, 'পুপু নঙ ঐঙোন্দা মদু হাযদোকনীংদববনে। পুপু ঐ কনামতদা হাযদোকলোইদা ।'

অদুদগীদি মহাক্না শোযদনা খল্লম্বা তাই মথোক কাবকপিনা মসিদা ৱাকবা চুমদে হাযনা। মহাক্না ঙাঙলিবা ৱা অদু হোংদোক্লগা হাযবকই, 'পুপু ঙবাং অহিংদি ঐখোয পুন্না লাইখুবম্মি। ঐনা নহাক থুনা ফবা ওইবসনু হাযনা ঈশ্বরদা থৌনিজে। নহাক থুনা ফবগনি। পুপু নহাক হেক ফবগা ঐনা নঙবু নখুৎ শমদুনা কনভেন্ত পুগনি।'

ঐনা কোক খংনোম নোনখৎলগা মাগী মাইথোঙদা যেংখৎলদুনা হংলম্মি, 'কনভেন্তা হাযবা?' অসিগুম্বা ফজখ্রবা, চন্নবা নুপীমচা অমনা লমজা ওইনা মমা মপা লৈজদ্রবশিংগী লৈফম কনভেন্ত অমদা লৈবমগনি হাযবসিফাওবা ঐনা থাজখিদে। মীনুংশিনা থুমহৎলদুনা ঐনা মাগী মাইথোঙদা যেংদুনা লৈবম্মি। সুমতিনা ঈকাইনা মক লুকথবদুনা হাযবকই, 'পুপু, নঙনা ঐঙোন্দা অদুমাইনা যেংলিবা কবিগীনো?'

'ইবেম্মা নঙবু কদাইদা লৈবগেনে? নহাক্কী অহল লমনদি ?'

'পুপু, ঐদি লাইবকথীবিনি। ঐগী অহল লমন অমদি অতৈ কনামত্তা লৈজদে। ঐদি লমজানি, ইমা ইপা লৈতবীনি, ঐ কনভেন্তা লৈ।' মহাক্কী খোঞ্জেলদো শোনখখিবম্মি, অদুগা মিৎলুদা পিবাংনা থুমহৎলম্মি। ঐনা ফমুংদগী ৱানা কুমথবগা মাবু কোল্লদুনা হাযখি, 'নঙ নমা নপা লৈতবী লমজা নত্তে, ইবেম্মা নঙ ঙসিদগী ঐগী ইশুনুপী ওইববনি, অদুগা ঐনা নহাক্কী পুপু ।'

সুমতিগী মিৎলুদগী অৱা নুংঙাইগী পি মতুম মতুম অদু চেম্থবকত্রিঙৈদা মুক্তাগুম্না লৈবম্মি।

নুমিৎ অদুদগীদি সুমতি নুমিদাংৱাইবম খুদিংগী লাক্লম্মি। মহাক্না কনভেন্ত লোযনবিবা মরুপ মপাংশিংগী মতিক মগুনশিংগী মবমদা ফোঙদোকলৈ অদুগা মতৌ কমদৌনা মখোয মশেল খোযদৌ শিকপা ৱা কযা ঙাঙন শরুবিব হাযবা অদুসু ৱাবী তৌবে। অসিগুম্বা অতৈ ৱাবী কযানা ঐবু নুংঙাইহল্লি। সুমতিনা ইনাক্তা অসুম লাকপা হৌখিবদগীদি ঐগী অৱা অনাগী চাং হঙ্খবগুম পুক্নীংদা ফাওবম্মি। নুমিদাংৱাইবম ওইবকপগা মহাক লাক্কনি হাযবা ৱাখল অসি খল্লি অদুগা মহাক্না অমুক হনখ্রবদা কনাগুম্বা অমা কাযনবগুম ঐঙোন্দা নাইতোম তাবা অমসুং নীংবা কাযবগী চৈনা ফাওহৌই। অদুগা ঐনা নুমিদাংৱাইবমগী লাই খুকুম্বা হৌবম্মি।

নোংমগী নুমিদাংৱাইরমদি সুমতি লাকত্রে। চিংনবনা ঐগী ৱাখল লৈতাহল্লমদে— 'নুপীমচা অদুবু কবি তৌখ্রবজাৎনো? মহাকপু মশা ঙমদ্রববা? নত্রগা ঐগী ইনাক্তা লাকপগী লম্বেলদা কবি কবি থোকখ্রবা জাৎনো?' অসিগুম্বা ৱাখলশিং অসিনা ঐঙোন্দা অকিবা পোকহলম্মি। থোঙলোমদা লেংদনা ঐগী মিৎযেং থমদুনা সুমতি লাকপ্রা হাযনা যেংদুনা লৈবম্মি। অদুবু সুমতি লাকত্রে। নীংবা কাযনা ঐ লাই খুকুম্বা হৌবম্মি।

মথঙগী নুমিদাংৱাইবমসু মহাক লাকত্রে। ঐ মখা তানা ঙাইবা ঙম্লকত্রে। ঐগী চৈশুগী মতেঙনা ঐ হোসপিতালগী চঙফম অদু তান্না চৎলম্মি অদুগা লীগী চৌক্রি অমদা ফম্লম্মি। ঐগী মিৎযেং অথাপ্পদা সবক্কী ঙমখৈ অদোমদা লেংদনা যেংদুনা লৈবম্মি। ফমফম অদুদা ফম্লদুনা ঐনা লাই নীংলম্মি ঃ 'হে ঈশ্বব অৱাবা খুদোংথীবা খিবিক্তুগী ইশুনুপীবু ঙাকথোকপিযু, ঐবু কনাসু লৈজদবা লমজা শাবা ওইহনবিগনু

মতম অদুমক্তদা সুমতি লম্বোইবী অমগা লোযনবদুনা মফম অদুদা লাক্লম্মি।

মহাক কনভেন্তকী মকোকথোংবা মীশক অমনি। মহাক্না সুমতিগী পুক্সিগী অচুম্বা ৱাবী পুম্নমক ঐঙোন্দা লীবকই। সুমতি লুহোংদবী নুপী অমগী মচানুপীনি। নোংমা নোংঙাল্লকপা মতমদা মহাক্কী মমানা থা মাপনখক্তা ঙাইবিবা অঙাংবু কনভেন্তকী মনাকমক্তদা চঙফমদা হুন্দোক্লগা থম্লম্মি। নুমিৎ অদুদগী কনভেন্তকী লম্বোইবী পুম্নমক্না উপায লৈজদ্রবা অঙাং অদুবু মমা মপা লৈজদবা অঙাংশিংগী লৈফম অসিদা পীজ পীথক্তুনা অমসুং যোকপিদুনা মখোযমক্কী পীক্রিবা মনাউনুপীগুম্না শেন্নবিবকখি।

কনভেন্ত অদুগী সিষ্টবশিংনা মহাকপু নুংশিনা লোযনবিবম্মি। অদুবু সুমতি পোকপদগী হৌনা লাইবকথীবী অমা ওইবকই, হৌখিবা চহী অহুম অসি মহাক অজমানা কন্না নাবম্মি। অযুক নুংথিন্দা মরুপ মপাংশিংগা স্কুলদা চৎলি, শান্নে অদুবু

অহিং হেক ওইবকপগা মহাক্কী অনাবা হৌই। লোংনা হিপ্পগা মহাক লোক খুই। সিষ্টবশিংনা মমা মপা লৈজদবগী লৈফম অদুদা অঙাংশিংগা লোযননা মাবু থাদোক্লগা চৎখিদে, অদুবু মখোযনা মাবু কনভেন্ত অদুমক্তদা তুমহল্লি। মহাক্কী অজমা কন্না হৌবকপা মতমদা সিষ্টব অমনা অঙাং অদু মহাক্কী মতশ্বাক্তা থম্মি।

কনভেন্তকী মকোকথোংবা নুপী অমনা সুমতিগী ৱাবী অদু ঐঙোন্দা লীবা মতমদা ঐগী মিৎলুদগী পি শিন্থবকখি। অদুবু ঐনা থল্লম্মি নিপা অমনা নুপীমচা অদুগী মমাঙদা কপ্পদি চুমদবনি হায়না। অদুনা মিৎলুদগী পি অদো তাদনবা হোৎনজবম্মি। অজমানা মবম ওইদুনা নুপীমচা অদুনা হৌখিবা মমাঙগী নুমিৎ অদো লাকখিদবনি হায়বসে মাদব সুপবিঅবনা হাযবকপা মতমদা ঐ মহাক্কীদমক্তা যাম্না নুংঙাইবমদে। ঐনা মাগী মনাক্তা চৈশু শুদুনা ওইববফাওবা চৎলুদ্রিবা কবিগীনো হায়না ঐগী পুক্নীংনা খনখি।

সুমতিগী হিদাক অদু লৌবদুনা মখোয হনখ্রে। চৎত্রিঙৈদা সুমতিনা থৱায ৱানা হাযবম্মি, 'ঐগীদমক্তা লাই নীংবিয়ু, পুপু ঐ নঙগীদমক লাই খুকমলি। ঐখোয অনীমক অনাবা ঙাক্তনি ' অদুদগী মহাক মোমোন নোক্লদুনা চৎখ্রে। অদুবু ঐদি মোমোন নোক্লমদে। অঙাং ওইবিঙৈদগী ঐ অঙাংশিংবু যাম্না নুংশিবকই। কবিগুম্বা অনাবা অমনা নাবা অঙাং উবদা ঐ খাঙবা ঙমলমদে। ঐনা হেক পোকচবা ইচামক অজমানা চহী কযামকম নাখি— অনাবা অদুমক্লা মাগী পুক্সিসু লম্মখাঙদা লোইশিনহনখি।

ঐগী ইচা অমখক্তনি। মাগা যাম্না নকুবা ঐগী নহা ওইবিবী নুপীসু লৈখিদ্রে। অসুম্না যাম্না নহা ওইবিঙৈদগী ঐসু লমজা হাযবদু ওইবক্লম্মি। মসিগী মমাঙদা ঐগী অহল লমনসু তাইবঙপান থাদোকখ্রে। ঐগী নকুবা মবী মতা অমতা লৈখিদ্রে। ঐনা অহল ওইশিল্লকপা অমদি অনাবনা মবম ওইদুনা ঐবু যেংশিনবিনবা অমতা লৈত্রে। ঐগী খুঙ্গংদগী মাইল নিফুমুক লাপ্পা লৈবা হোসপিতাল অসিদা পুক্নিগী ওইনা চঙজফম লৌদুনা লৈবকখি। ঐগী লৈজবা লন-থুম পুন্নমক হোসপিতাল অসিদা কৎথোকখ্রে। অসুম্না হৌখিবা চহী তবামঙাবোম অসি হোসপিতাল অসিনা ঐবু শেন্নবিদুনা লাকখি। ৱাখল অমবোমদা হাযববদি হোসপিতাল অসি ঐগী যুম ওইববনি। ডাক্তব অমসুং নর্সশিং অসি ঐগী ইমুং-মনুং ওইববনি, অদুবু ঐনা অসুক যাম্না নাইতোম তাবিবসি কবিনো হাযবা ঐ খঙদে। তাইবঙপান অসিদা ঐগী অৱা অনা খঙবিবা অমদি পুক্নীং ফাথবিনবা কনামক্তা লৈত্রে হাযনা থম্মোইদা ফাওবকপা মতমদা ঐগী অনাবা অসে খংহেন হেনজিল্লকখি। ককচেঙ অমনা একব অহুম্মুক্কী লম অমা মশামক্লা চৎপদা

*নাইতোম তাবা অদুগুম্না ঐঙোন্দা থোক্লকম্মি। অদুবু ঐনা সুমতিগী ৱাবী তাবা মতমদা ঐগী লমজা অমা ওইবগী ফিভম অমসুং অনাবা অসিদি কবিসু অমতা নত্তে।*

ঐনা মতম চুপ্পদা লমজা শবা ওইববা অঙাং অদুগী ফিভমগা যুম্বান পুন্সিগী নুংঙাইবা ফংলবা মতুংদা মতম খবগী ওইনা নাইতোম তাবিবা ঐগা কবম্না চাংদম্নগনি?

মতুংগী নুমিৎশিংদা মাগী অজমা অদু খবা ফবম্বা তাই। নুমিদাংৱাইবম খুদিংগী মহাক ঐ উন্নবা হেক হেক লাকই। ঐনা মঙোন্দা ৱাবী শাবদা অহল ওইবে হাযবসি কাউথোকখি। নোংমগী নুমিদাংৱাইবমদা সুমতিনা মবাইবক্ত দাকফম লৈবদুনা ইপা পাখৎনা ইথক থক্কৎলদুনা লাক্লম্মি। থোইদোকপা থৌদোক অমা থোক্লমাল্লে খন্দুনা ঐনা মঙোন্দা হংলম্মি, 'সুমতি নঙবু ঙসি নহানখৈগা ইমান মান্নদবসিবু কৈদৌববগে?'

মহাকসু ইঙক ঙক্লা ঐঙোন্দা হংলম্মি, 'পুপু, কবিগীনো নঙনা সিষ্টবশিংদা শেল পীবক্লিববো? নহাক্কী দবকাব ওইবফাওবা কোন্ননবা পৈশা লৈজদবদুদা। নঙদি থবকসু চৎত্রে, নঙবু চৎপ্রনে, পুপু।'

ঐ নোক্লম্মি। নুমিৎ অদুগী মমাঙগী নুমিৎতা ঐনা সুমতিগী দবকাব ওইবদা শীজিন্ননবা হাযদুনা কন্সভেন্তকী সুপবিঅবদা লুপা লীশিং অনীগী চ্যেক অমা খূদোল ওইনা পীখি। লম্বোইবী অদুনা নুপীমচা অদুদা ৱাফম অদু শোযদনা হাযবম্বা তাই। অহল ওইববা ঐগী খূৎ অসিনা সুমতিগী মশম নান্দুনা শান্নবিরুই, অদুগা ঐনা মঙোন্দা হাযবম্মি, 'ইশু নুংশিবী, ঐদি শেল দবকাব ওইদে। ঐঙোন্দা ৱাৎলিবা হাযববু হকচাংফম্বা অমসুং নুংঙাইববা ইমুং মনুংগী পুন্সিতনি। ইশুনুপী, মদুগী নুংঙাইবা অদুসু নহাক্লা ঐঙোন্দা ফংহল্লে। মপুবোক অমনা মহাক্কী মশুবু মতেং পাঙবা হাযবসি মথৌ নত্তববনে? মদু নৎত্রবদবু ঐবু কবম্বা মপুবোক ওইগদৌবিবনোনে নঙোন্দা?'

ঐনা হাযবিবা ৱা অদু সুমতি ভাব তাবম্বা তাই। মহাক তুমিন্না লৈখিবম্মি অদুগা কবিগুম্বা খব খল্লগা হাযবক্লম্মি, 'পুপু, খৃষ্টমাস শুপ্নগী নুমিৎ তবানিমুক্তা ঙাইবে। মখোযনা খৃষ্টমাসকী ক্রিব অমা ঐখোযগী চেকপলগী ৱাংমদা শেল্লি।'

'নুংঙাইবেদা। শেম্ববনে?'

'নহাক্কী কাসিদসু ক্রিব অমা শেম্মুবা?' ঐনা মাগী মাইথোঙদা যেংলম্মি। মাগী লাংতক্নবা অমসুং নুংঙাইবগী মকা লাম্বা মাইথোঙ উবা ফংলম্মি। ঐগী হোসপিতালগী পুন্সিদা খৃষ্টমাস ক্রিব উবা ফংদবা চহী তবামঙা শুবে। ঐনা মঙোন্দা হবাওনা হাযবম্মি, 'অওইবমক, ক্রিব অমা মফম অসিদা শাউ ইশুনুপী। ঐ যাম্না নুংঙাইগনি।'

'পুপু, ধর্ম্মগী কুম্মৈ নুমিৎতা ঐখোয় মযাম পুল্লপ চৎসিবা? ঐনা মাঙজৌননা মাদবদা হাযগনি, নঙগী নখুৎ পাযবগা ঐনা চর্চতা ঐখোযগী খৃষ্টানগী ঈবাৎ থৌনি অদুদা পুগনি। চৎলোইদ্রনে?'

*থম্মোই অসি হবাও নুংঙাইবনা ঈথক হৌদুনা ঐনা হাযবম্মি, 'চৎসি, চৎসি থোইবী '*

'ঙসিদি ঐ খবা ঙন্না হনখ্রগেকো, পুপু, খৃষ্টমাস নোভেনা হৌখ্রে। নহাক্কী যাইফ মঙ্গল নিজবি। কাযনবসি, পুপু।'

মথঙগী নুমিৎতা সুমতি ঐগী ঈনাক্তা চেল্লক্লগা হাযবম্মি, 'পুপু, ঙবাংদি ঐ নঙোন্দা কৈনোমা হংবা কাউহৌবে। ঐনা ঙবাং নোভেনাদা নহাক্কীদমক্তা লাই খুকম্বা মতমদা সিষ্টবনা হংলকখি, 'নহাক্কী পুপুনা নাবিবা অনাবা অসিবু কবিনোনে?' ঈশ্বরদা নহাক্না নাবিবা লাইনা অসি হাযবনা হেন্না ফত্তরনে? 'পুপু নহাক্না নাবিবা লাযনা অসিবু কবিনো?'

ঐ তুমিন্না লৈবম্মি। ঐনা নাবিবা লাযনা অসি হাযদোক্লুনা নৌবিবা অঙাং অসিদা বাহনবা হাযবসে ঐনা পামখিদে। অদুনা ঐনা মঙোন্দা হাযবম্মি, 'থোইবী, ঐগী অনাবা অসিদি অহল ওইবকপগী লাযনা অমনিদা। সিষ্টবদা হাযযু মসিদি অহল ওইবকপগী লাযনানি হাযদুনা। মানা অদুম খঙজবনি।

'পুপু, পুপুগী অদুমাইনা অহল ওইবা খুদিংমক নাব্রনে?'

'অচুম্বনি, থোইবী,' ঐনা হাযখি, 'অদুবু মী খুদিংমক্কী অনাবা অদু হোসপিতালদা লাকপা তঙাইফদবা ওইবোই।'

অমুক হন্নখিদ্রিঙৈদো মহাক্না ঐগী খুদাং পাযবগা হাযবকই, 'পুপু, ঐ খঙই নহাক্না নঙগী অনাবদু ঐঙোন্দা লোৎলি, নঙবু লোৎত্ত্রনে?'

ধর্ম্মগী ঈবাৎ থৌনি অদু নকশিল্লক্লে। ঐগী কাদা খৃষ্টমাস ক্রিব থৌবাং তৌদুনা লৈবম্মি। নুংতিগী নুমিদাংৱাইবমদা সুমতি ৱা-লান যাম্না ঙাঙদনা খৃষ্টমাস ক্রিব অদুগী থবক চিলম্মি।

মহাক্না কনভেন্তদগী মূর্ত্তি খবসু পুবক্লম্মি। ঐনা মতেঙ পাঙগে নীংলবদি ঐসু ফমুংদগী হৌগৎতুনা শঙ শাবা অদুদা সুমতিগী মতেঙ পাঙবা তাবনি।

খৃষ্টমাসকী নুমিৎ নিনীগী মমাঙদা শঙ মচা অদু থৌবাং তৌদুনা লৈবে। নুমিৎ

অদুমক্তদা নাউৱা যীশুগী মূর্ত্তি পুবক্লিবী সুমতিদা শঙ অদুদা মূর্ত্তি অদু থম্বগী ৱা হায়বম্মি, 'সুমতি, মূর্ত্তি অদো মফম অসিদা ঙসি থমগনু অদুম ওইনমক যীশু পোকত্রিঙৈ মিনিত মঙাগী মমাঙদদি যাই।'

'অচুম্বমকনি, পুপু। হংচিত্তি নুমিদাং ঐ থৌবাং তৌদুনা লৈবনি মফম অসিদা হান্না চুমদ্রিং হেক্তা লাকও। অদুদগী ঐখোয পূন্না খৃষ্টমাসকী ঈবাৎ থৌনি যাওবা চৎসি। ঈবাৎ থৌনি যাওবগা হল্লক্লগা নাউৱা যীশু অসি শঙ অসিদা থমসি, ঐখোয় থম্বা যাগদ্রা?'

'নুংশি থোইবী যানি, যানি' ঐনা হায়বম্মি।

মথঙগী নুমিৎতা সুমতিনা কনভেন্তদা শেম শাবা খৃষ্টমাসকী অথুম অহাও খবা ঐঙোন্দা মহাও তংহন্নবা পুদুনা লাক্লম্মি। ঐখোয পূন্না ফমমিন্নদুনা অথুম অহাওশিংদু চামিন্নবে। সুমতিনা হায়বকই—'যেংউ পুপু নুমিৎ কযানি অসি ঐনা নহাক্না হায়বা ইন্দুনা লাকখি। অদুবু ঙসিদি পুপু নঙ ঐনা হায়বা ইনবা তাই।'

'ইনগনি ?' ঐনা মঙোন্দা লাংতক্লনা যেংলম্মি।

'খৃষ্টমাসকী ঈবাৎ থৌনি চৎত্রিঙৈ মমাঙদা নহাক্না ঐঙোন্দা নহাক্কী অনাবদো ঐঙোন্দা তাকথোকপা তাই।'

'হোই, থোইবী শোযদনা হযেং হায়গে ।'

মহাক্কী নুংঙাইবদা মপান নাইরমদে। মহাক্না ঐঙোন্দা চেৎনা কোনশিল্লগা হায়বম্মি, 'পুপু নহাকসে কযাদা ফত্রবনো।' অদুদগী মানা 'গুদ নাইত' হায়বম্লগা হনখ্রে।

খৃষ্টমাসকী অযুক অদু যাকাইবক্লে। অযুক্তগী নাউশুম অদুগী মমাঙদা কোক নোন্দুনা সুমতিবু অজমানা নাবা ফহনবিনবা খুকমজবম্মি। সুমতিনা ঐঙোন্দা নুমিদাংৱাইবমদি মহাক লাক্লবোই হায়খিবনি। ঈবাৎ থৌনি অদু চৎত্রিঙৈদা মহাক নুমিদাংৱাইবমদা লাক্কনি। ঐগী উপুদগী ৱেদিং সুইট অদু পুথোক্লম্মি। চহী কযাগী মমাঙদনি খৃষ্টমাসগী ঈবাৎ থৌনি চৎপা মতমদা মসিগী সুইট অসি শেৎলগা চৎখি ।

নুমিদাং অদুগী পুং বাবো তাবদা ঐ ঈবাৎ থৌনি চৎপা তাখি। মদুগী মমাঙদা ঙৈহাক্তং তুমহৌবা পামদুনা পুং তবেৎ হেক তাবদা ফমুংদা চঙলম্মি। কনাগুম্বা অমনা হেক কৌবক্লবতদা ঐ হৌগৎলম্মি। ঐগী মাঙদা লৈবিবা ঘডী অদুদা পুং ১১ তাবে। সুমতিনা ঐঙোন্দা মহাক পুং ১১ তাবদা লাক্কনি হায়খিবনি। ঐনা মিৎ পাঙথোবকপা

মতমদা নুপীমচা অমা ঐগী মাঙদা লেপ্লুনা লৈবম্মি। মিকুপ অদুমক্তদা মহাক্না হায়বকই, 'পুপু, সুমতি ঈবাৎ থৌনি তৌবা মফম অদুদা লাকপা ঙমগদৌবা মান্দ্রে। মহাক্কী অজমাদো ঙসি ফিভম যাম্না ফৎত্রে।'

কোক্তা নূং অমনা দং লাউনা পানবগুম ঐঙোন্দা থোক্লম্মি। ঐ হকচাং তিংখৎলম্মি। নুপীমচা অদুগী মচীন তনিক তনিক্লম্মি।

'মাবু কদাইদা লৈবগে?' ঐনা নীংবা কায়না হায়বম্মি।

'পুপু মহাক কনভেন্ততা লৈ। ঈবাৎ থৌনি তৌবদুদা ঐগা লোয়ননা চৎলু হায়দুনা ঐবু থাবকপনি।'

'থোইবী ঈবাৎ থৌনিদা নত্তে, ঐবু কনভেন্ততা পু। ঐ সুমতি উন্নবা পাম্মি।' ঐ চৎনবা থৌবাং তৌদুনা লৈবে।

'পুপু ৱাবনু ঙসিগী মহাক্কী অজমা অদো যাম্না কনবা নত্তে। নহাক লাকত্রবসু কবিসু কায়দেদা। মহাক মশামক মফমসিদা অয়ুক্তা লাক্কনি।'

ঐ মপুং ফানা পেনবদি নত্তে। অদুবু নুপীমচা অদুগী ৱাহৈ অদুদা ঐ থবা মখৈদি নুংঙাইবে। নুপীমচা অদু হলহনখ্রে, অদুগা ঐনা খৃষ্টমাসকী নাউশুম মনাক্তা চৎলম্মি। নাউৱা যীশু অদু শগোল খুদেং মনুংদা থমদ্রি। ঐ ইশামক নাউশুম অদুগী মমাঙদা নোম্থদুনা লাই খুকুম্বা হৌবম্মি, 'ইবুংঙো যীশু ঙসিদি নহাক পোক্কদবা নুমিৎনি। ঐগী সুমতিগী অজমা অসি ফহনবিয়ু। মঙোন্দা অৱা অনা খাঙবা ঙম্বগী থৌনা পীবিয়ু ।'

কয়াম কুইনা অদুম হায়না লাই খুকুমদুনা লৈখিবা ঐ ইশামক খঙখিদে। ঐনা মিৎ পাঙথোবকপা মতমদা অয়ুক ওইবম্লে। ঐনা নোম্থদুনা লাই খুকুম্বদা মফম অদুদা তুমথোকখি। ঐনা কোক নোনখৎলগা নাউশুম অদুদা য়েংশিলম্মি। নাউৱা যীশু অদু মদুদা থম্লমদ্রি। সুমতিনা লাক্লগা ঐখোয়না মদু মফম অদুদা থমদুনা অমগা অমগা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লগদৌবিবনি হায়না ঐগী পুক্নীংদা লেপখি।

মতম অদুমক্তদা কনভেন্তকী সুপবিঅব অদু লাক্লগা মফম অদুদা লেপ্লবে। মোমোন নোক্লদুনা ঐগী খুৎশিং অসি মহাক্না পায়শিল্লম্মি। 'পুপু হেপি খৃষ্টমাস ' মহাক্না হায়বম্মি। ঐনসু মঙোন্দা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লম্মি। অদুবু ঐগী মিৎনা সুমতিবু কোইয়েং য়েংলুবি।

'সুমতিদি কদাইদা লৈবগে, মদব?' ঐগী লৈতাদবা ৱাখল অদু ফাথবা ঙমদদুনা মঙোন্দা হংলম্মি।

মহাক্কী মিৎ অদো পিবাংনা থুমহৎলম্মি। মহাক্কী খূৎ অদো শুক শুক নোইবদুনা খোঞ্জেল তনিক তনিক্লা হায়বকই, 'পুপু নহাক্কী নশুনুপীদো যীশুনা মহাক্কী মথানুংদা কৌশিনখ্রে ' নোংমৈশীংজঙনা পাল্লবগুম ইখূৎ অনীনা নাকোং মেল্লগা ঐনা ফমুংদা নোত্থবগা ফমথখি। মদব সুপবিঅবনা মখা তাবকখি, 'ঙবাংদি মহাক্কী অজমা অদো অদুক যাম্না কন্দবনি। মহাক মশামক মফম অসিদা লাক্কনি হায়দুনা থৌবাং তৌজবম্বনি, অদুবু, অদুবু '

ইমানা হুন্দোকপিবম্লবা অঙাং অমগুম ঐহাক কপ্লম্মি। 'কেন্সবনা চহী অহুম্মুক নাবক্লিবা ঐবু ঈশ্বরনা কায়নবা নংহনবিবে অমসুং নৌবিবা ইশুনুপী লৌশিনবিখ্রে, মাদব মহাকপু তৌদববনে ?' ঐগী মিৎতগী খাস্বা যাদনা পি তাবকখি।

'পুপু, থৌনা ফৌ,' মদব সুপবিঅবনা হায়বকই—

'স্বর্গদগী মহাক্লা নহাক্কীদমক অবান খূভম লৌবক্কনি মহাক্কী অবোইবা মিকুপ ফাওবদা কৌখি পুপু পুপু '

ঐ তুমিন্না লৈবম্মি। পুং ১গা মখায়বোম ইশাগী পূক্লীং ফাথজববা মতুংদা মদব সুপবিঅব খোঙথাঙ লুম্না থাঙলদুনা হল্লক্লম্মি। ঐবু কনাগুম্বা অমতনা পূক্লীং ফাথবিবা দবকাব ওইদ্রে। ঐগী মিৎযেং তপ্না নাউশুম অদুদা লৈশিলম্মি। নাউরা যীশু মফম অদুদা থল্লমদ্রি।

চঙশিন্দুনা ঐনা নাউরা যীশুগী মূর্ত্তি অদু পূশিল্লম্মি। ঐনা জোসেপ অমসুং মেরি অনীগী মবক্ত মদু থম্বদা ঐগী মিৎ অসে পিনা অমুক হন্না থুমহৎলম্মি। ঐ তুমিন্না লাই খুবমলে 'ইবুংঙো যীশু, ঐগী সুমতিনা যাম্না কন্না হোৎনজখি নহাক্কীদমক্তা মফম অমা শেম শাবদুনা মালেম অসিদা পোকপিবনবা অদুবু ঐখোয় অনীমক নহাক্লা পোকপগী হবাওজবা অদু ফংহনবিদ্রে। মহাকপু মতম চুপ্পদা পোখাবা ফংহনবিয়ু '

নুমিদাংৱাইবমদা সুমতিগী পোৎলোইবগী তিনখিবা মী লীশিং অদুগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী নক্লা মহাক্কী মনাক্তা লৈখি।

'পুপু নহাক কবিগীদমক্তা কপলিবনো? ঐঙোন্দা নহাক্কী নুংঙাইববা পাউ অমা লৈবে। ডাক্তবনা নহাক্কী ঈ অকায়বা লৈত্রে শেংলে হায়বে। কেন্সবগী অকিবা অদুদগী নহাক কবিমতা কিন্নীংঙাই লৈত্রে ।' ঐনা নর্স অদুদা যেংখিবা মতমদা মহাক্লা হবাও নুংঙাইনা নোক্লকখি।

'সিষ্টব, পূন্নমক অসি সুমতিনা লাই খুকম্বননি।' ঐগী ইশুনুপীগী তৌবিমল অদো নীংশিংই।

'ও, নহাক্না সুমতিগী মবমদা খন্দুনা লৈবি। কপ্লগনু পুপু, ঐসে সুমতিগী মহুৎতা নহাক্কী নশু ওইবা যাবোইদ্রা?'

ঐনা অমুক হন্না নর্স অদুগী মাইথোঙদা যেংলম্মি। মতম অদুমক্তদা ঐনা খনবা হৌবম্মি, 'সুমতিনা পীবিবা অশেংবা নুংশিবা অসিগুম্না কনানবু পীবা ঙমগদগে?'

# অকংবা লৈ

## সৎচিদানন্দ বাউট বোই

গঞ্জা যান্না থকপা, পুং যৈবদা থৱায যাওবা, পোদা বসন্ত খুঙ্গংগী কীর্তন ঈশৈ শকপদা যেৎননীংঙাই লৈত্রবা লুচিংবা জাগু তিযাদি মশামক পোৎলোইবা মী অমা ওইনা মমিং চৎখ্রে। মী অশিবা অমা মৈ থাবকপা মতমদদি অকোযবা খুঙ্গংশিং অদুদা মোমবর্তী অমত্তং পাযবগা মনাক্তা লেপ্লিনবা মীশক অমতা লৈবমদে। অশিবা হকচাংশিংনা খুদোংচাদবা কযামুক থোকহল্লি। তপ্না চাক্কনবা খবদি মৈ চাকউ হাযবা যাদে, খবা অমনা হিংলিঙৈ মতমদা তৌবগুম শিববসু হৈ-শিংনা ইখঙ খঙহৌদনা মখুৎ নত্রগা মখোঙ শৎ তিংথোক্তুনা চেকশিন্না শেম শাবিবা চিতাগী শীং অদু মথক মখা ওল্লক্কনি, মৈশা খজিক্তুংদা শীং মবোলশিং অদু কাযথবক্তুনা হকচাংদগী চেপ্থবকপা যাল্লবা ঈশিংনা মৈ মুৎখিনি। মী খবদমক মনা মনিল নাইদনা চৎখি। অসিগুম্বা অৰুবা মতাং অসিদা অশিবা পুথোকপা মীওইশিংনা মতম চুপ্পদা জাগুদা মহাক্কী মতেঙ অমদি পাউতাক লৌনবা চঙলকই। তুমনীংবা অমসুং গঞ্জাগী নেশা খাঙদুনা মহাক্ন। ফুক হৌগৎতুনা মৈখু কাবা শীং অমা শৎতোকই অদুগা হাযনবা যাদবা অশিবা হকচাং অদুদা কযাবক হন্না ফুদুনা লাউগনি 'চাকউনহৈ, চাকত্রবদি ঐনা নঙবু অমুক হন্না হাৎকনি।' শরু লুকং অদুনা মচেৎ কযা থোক্লা তোই কাযখিবা, খোঙশিং অদুনা অপীকপা মচেৎ মকায ওইবকখিবা, চাকখাউ অদুনা নুংশিৎ তাববা বোল অকাম্বী ওইদুনা হকচাং পূম্বা মৈনা চাকখিদুনা উৎ ওনখিবা উবসি মহাক্তনি। পূম্নমক অদু লোইদ্রিবফাওবা, উৎ মপৈ, হুমাই, শুমজিৎ, চফু মচেৎ, ফিজেৎ ফিগাই, যোৎপি, খুজিল অমদি শম-নানচিংবা ইচাই চাইনা তাবিবা মোংফমগী অকোযবদা কোযচৎ চৎতুনা লৈগনি। নীংথিজনা পোৎলোইবদা কৈদৌনুংদা মঙোন্দা হবাও নুংঙাইতবা লৈখিদে। তৌদবা যাদবা অমা ওহ্না খুঙ্গংগী পুখ্রীদা লুপ্পবা মখুৎনা মফৈগন্দা থাউ তৈবগা পাক পাক থাদুনা মহাক্লা হাযগনি, 'ঈশ্বর ইবুংঙো থাগৎচবি। ওম্বোক্লা ফজনা শিবা মীশিনি।'

খুঙ্গং অদুদা পুক চৎপা অমসুং লাইজাও থোকপনা য়ুমথোঙ খুদিংমক্তা পোৎলোইগদবা অশিবা যাওবকপা মতমদা মহৌশানা জাগুবু মযাম্না খাইদগী হেন্না পাম্নবকই। কবিগুম্বা ইমুং অদুনা মহাক্কী অরামল হুম্বনা শুপ্নগী পৈশা অমগুম্বদা পীনবা হাযবক্রবদি জাগুনা অশিবা হকচাং অদু য়ুম অদুদা পৎ পুমদুনা নমথীবা মনম চেন্দুনা শব্দগী শাদোং কিম্থদুনা লৈহন্নবা থনমগনি। গঙ্গা তোলা অমা, কানি তোলা অমা অমসুং শিকি অমা পীদ্রবদি মহাক্না লেপখিবা ৱাবেপ অদুদগী শম্না মফে অমফাওবা হোংদোক্তে। চেং খবা, অনৌবা ফি-বোল খবা অমসুং লৈখিদবগী উৎসব অহুমগী বার্ত্তনগী মথক্তা মহাক্না পুন্নমক অসি ফংগদৌবিবনি। মপুবোইবা হুন্দোক্রম্নগা নুপী অমনা শিবা হাযবসি মঙোন্দদি মতম চুপ্নদা থোইদোক্না খুদোংচাবা ওইজবা ফংবা তাঞ্জানি। নুপী অদুনা ইনাক কৈবাক খুনবা ইমুং অমগী ওইবা তাববদি মহাক্না সনাগী নাসিকা নত্রগা নাদা চিনবা সনাগী নাইন ফংগনি, অদুগা লাইববা ইমুংদগী ওইবা তাবগনা নুপী অদুগী খোঙদা শিবা লুপাগী খোঙজি ফংগনি। হকচাং অদুনা চিতাথক্তা থাঙ্গৎত্রিঁঙৈদা মহাক্না সনা লুপাগী লৈতেং অদু লৌথোক্কনি, কবিগুম্বা মতমদা মদু ইকোম কোমদবা থোক্লবদি জাগুনা নুংশি হৈতনা চিংথৎতুনা লৌথোক্কনি। ৱা লাউনা হিগোক মচু চঙলবা ঈ চেম্থবকপা অদুদা মহাক্কী পূক্লীংদা খজিক্তফাওবা নুংঙাইহন্দবা তৌদে। মহাক্না অশিবা নুপী অদুগী মফি মবোল লোইনা লৌথোক্লুনা মমল যাম্বা পোৎ অমফাওবা চিৎথদ্রে খঙনবা যেংবদা কবিমতা চিংনবা পোক্তে। নুপী অমনা মীবোল্লিঙৈদা নত্রগা অঙাং উন্নবা মতমদা হেক শিবদা মহাক্তি হবাও নুংঙাইবা পোকই। মঙোন্দা লুপা চৎপী অমা হেক পীদ্রবদি অশিবা হাপ্না শগাই অদো থাঙ্গৎতে। কবিগুম্বা মমল হুন্নববা, পোৎলোইবা অদো মহাক যাও হাযবা যাবোই। মহাক অসি অসুক্কী মতিক খুৎকম পাঙ্গনবা মীনি, মহাক্না অশিবা পুথোকপা অতৈ মীওইশিংগা ৱাবী শান্নদুনা যান্নহন্দবা ঙম্মি। শেল অদো ফংলবা মতুংদতা মহাক্না থবক অদু তৌগনি। অদুদগী মহাক্না মযাই কানা তান নাইবা পুংলোন্দা ঈশ্বরগী মতিক মগুন শক শোন্দুনা খুঙ্গংগী লম্বেল অদুদা জগোই শাগনি। অমকপা যাওদ্রবা লুগুন অদুনা লংনা মুববা হকচাংদা শিবদুনা মহাক্কী অকম্বা খোঞ্জেলগী খোম্থাংনা খুঙ্গং অদু ফাওনা নিনগনি, অপীকপা অঙাংশিংনা কিবদুনা লম্বেলদা থোবক্লোই। ঈক মাযথজবিবা মীশক অদুনা শিববা নুপী অদুগী কংথোক্লিবা মবুকতা থাংনা লেল্লবা মতুংদা মোংফম অদুদা মহাক্না মিতম্নক্লিবা অঙাং অদু লৌথোক্কনি। কবিগুম্বা মতমদা মহাক্না মমি তম্নক্লিবা জীব অদু কবিমতা মপূক্লীংদা নুংঙাইতবা তৌদনা মৈদা লংশিন্দ্রঙৈ মতমদা

পোপ পোপ থুগাই। অসুক্কী মতিক মীনুংশি হৈতনা পাঙথোকলিবা অদুদা কনামতনা খ্বাইগা মান্নদবা মহাক্কী শাজৎ লীচৎ অদুগী মবমদা কবিগুম্বা রা অমতা ফোঙদোকপা পান্নবমদে।

মশানা পাঙথোক্লিবশিং অসিগী মতাংদা যান্নমক থরায যাওনা হেক হেক রাবী তৌজবিবসিনা তাক্লিবদি জাগুনা মহাক্কী শিনফম অসিগীদমক চাউথোকচৈ হাযবনি। 'নোংনা ফুদিৎ ফুৰমখৈ চুবদা কনানা নবসিংহ মিস্রাগী নুপীগী চিতাদুবু মৈ চাকহন্দুনা থমখিবগে? মফম অদুবু ঈশিং থুমজিল্লক্লবদা নাথ ব্রহ্মগী হকচাংবু মৈতাল ওলহন্নবা উপায কনানা পুথোকখিবগে?' মহাক্না হংলম্মি। পোৎলোইবা অদু যান্না কুইনা চঙদুনা রানবক্লবা মতমদা অযাম্বা মতমদা মদু লোইদ্রিফাওবা লৈহৌবসি মহাক মতোমতা। অসিগুম্বা তাইবঙগী ওইবা নৎত্রবা পুংফম অসিদা কনাগা মহাক্না লৈমিন্নদুনা ঙাঙন শক্লগদৌবিবনো হাযবদু ভাবনা শাদুনা যেংসি। উ তবেৎ হৌবা উমং অদুগী মতাইদা মকোক পান্দবা অমা হিপ্তুনা লৈবম্মি, মুক্তাঝাব ঈশিং খোংগী মযাদা হৌবিবা হৈনৌ পাম্বীগী কাচি কাবোংদা অহল ওইববা শাবোই অমনা পোকপদা ঙাইবিবা অঙাং অমা মুশি মুশিবা মৈদা যাইবম্মি। কাংচুপ অদু কন্না চিংলদুনা খন্নাউ শেংদোক্লদুনা জাগুনা মহাক্না হকথেংনখিবশিং অদু মিৎতা শং শং উবা মওংদা লীবম্মি। মদুদা রাবী তাবিবা ভাগবট্ট খুঙ্গংগী মীশিংনা পূক্লীংদা অঙকপা নুংঙাইবা অমদি অকি তুজুংবা পোক্তুনা মনাক্তা ওমশিনখি।

অতিযাদা অমম্বা নোংনা কুপশিল্লবা অশ্বিনগী থামৈ ওইরবা যাচংবা মতম অদুদনি। চুবাদা শুনু অহিংবা তৈদুনা, মকোক্তা কম্ফোতিনা ইকোয কোযনা যেৎলদুনা জাগুনা ভেবন্দাদা ফমদুনা কন্না মকোক চিকপা অদু ফনবা হোৎনদুনা লৈবম্মি। খুঙ্গংগী পুবোহিতনা শেংলবা হবিবংশ পুবান হৌনা পাবম্মি। ইখঙ খঙহৌদনা তেংথা নাওইবা হৌনা কপ্লগী খোঞ্জেল অমনা অচিকপা অদু থুগাইবকখি। জাগুনা মদু যান্না মযেকশেংনা তাখি অদুবু কনা লৈতবা যাওববগে হাযবসিদি খঙলমদে, মহাক পোখাফম খঙদবা হৌবক্লম্মি। অদুবু মদু যান্না কুইবদি নত্তে। খুঙ্গং অদুগী অবোইবা মতাইদা লৈবা দুকান অমদগী হল্লকপা কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা পাউ অদু তম্নকখি। শিবিবদো জাতিযগী নহা ওইবিবী নুপী অদুনি। জাগু মিৎ-না শিংনা হৌগৎতুনা ফম্লম্মি। মহাক্কী যান্না খুদোংচাবা তাঞ্জা অমা লাক্লে। মহাক যান্নবা শেনফম অমা ফংলগনি হাযবসিদা থোইদোক্না চিংননীংঙাই লৈতে। পাপনা থল্লবা তাইবঙপান অসিদা নুপীশিংনা মখোযগী তোল্লবা মপুবোইবশিংগী মমাঙ থানা শিবা হাযবসি তোইনা থোকপা নত্তে।

তোইগুম্বসুং মহাক্কী নুংঙাইবা অদো থুনা অৱাবা ওইব্রক্রম্মি। তাবিবা পাউ অদুদি অসিনি— নহা ওইবিবা নুপী অদু মীবোলখ্রে, অদুগা লম অদুগী অঙাং যৈথবা মীগী মযায কল্লবা হিদাক্কা মহাকপু অশিবগী খাযাৎতা তাহনবনি। শোক্ক শন্নবা যাদবা, অমাংবনি হাযনা ইস্থোকপা অদু যাবা ঙল্লবতদা জাগুনা নুপী অদু পোৎলোইবা ঙমগনি।

অহল ওইব্বী জাতিযগী মমাগীনি হাযদুনা মালেমসিদা হেক লৈহৌবিবা হাযববু নহা ওইবিবী মমৌ অসিদা ঙাযববনি, অদুবু হৌজিক্তি মহাক অদুসু শিদোকখ্রে। চহী অহুমগী মমাঙদা জাতিয কলিকাতাদা মবাইবক যেংননবা মযুম থাদোক্কুনা চৎখ্রে অদুগা মাগী ইমুংগা মবী তৎনখ্রে। হৌজিক মহাক অতোপ্পা নুপী অমগা লৈমিন্নবি হাযনা তোকঙা অমা শন্দোক্লম্মি। মমৌনুপী শিববা, মচানিপানা হুন্দোকপিবন্নবা জাতিযগী মমানা লৈমাযদা ওন্দুনা মবাইবক্তা খুৎতুন্না শুদুনা তেংথা-নাওইবি।

খুঙ্গংগী অহল লমনশিংনা মৌনহা অদুবু নীংথি না যেংশিন খোৎচিন তৌবিদে হাযদুনা হনুবী অদুবু থীনা চৈবিবম্মি। অদুবু মদু মহাক্কী লনাইগী ওইবা লাইবক থীবা থৌদোক ওইখিদ্রে। পুলিসনচিংবা লাক-খোৎপা তৌববা, অদু ওইববদি শাগৈ জাৎতা নত্তনা খুঙ্গং অদুমক্কী ওইনা মিৎচৎ থীবনি। যাবিবমখৈ থুনা অশিবা হকচাং অদু পোৎলোইথোকখিবা তাবনি, খুঙ্গং অদুগী ফত্তবা অবোন অথুপশিং অদু পুলিসতা তমথোক তমশিন তৌখিদনবা।

নহাবোল খবনা অশিবা হকচাং অদু মোংফম তান্না পুনবা চোংথোবক্লম্মি। চক্গী থৌবী শেম্লে, ৱাগী শগাই শেম শাদুনা থম্লে, মৈহুম হুমাই, শূমজিৎ, চফু, থৌবীনচিংবা যুম অদুদগী পুথোক্লে। অশিবা নুপী অদুগী হকচাং অদু শাডী অমনা কুপশিল্লে, অদুগা ৱাগী শগাই অদুদা পুনশিনবিদুনা জাগুবু পোৎলোইনবা থাবে। পোৎলোইবা অদো অবাইবা ওইবোইদৌবম্মি, মিৎকুপ অমদা হেক্তা নোং তাবকপা যাবগী অকিবা লৈবম্মি অদুগা মদু লোইদ্রিঙৈদা পুলিস লাক্লবদি খুঙ্গং অদুগী মী পুন্নমক জেল চঙবা তাবনি।

অদুবু জাগুনা মদু অমতা খঙজিল্লুদে। মৌ নহা অদু মপাপ চেন্দুনা শিখিবনি, অদুগা মহাক্কা পোৎলোইবা অদু মতেঙ পাঙশিন্দুনা মশামকপু মোৎশিনহনগে খল্লুদে। অসিগুম্বা পূক্নীংগী নুংঙাইত্তবা অসি ইবাই লাইনা নমহৎপা ঙমলোই। যাম্লবা লুপাগী শেল মযেক মঙা পীদ্রিফাওবদি মহাক্কা থবক অসি পাঙথোকপা ঙমলোই। জাতিযগী মমানা অথু-অকাযগী থবক থোবকপা মতমদা শীজিন্নবা চেকশিন্না ফক্লাংগী অহোবদা

লোৎতুনা থমজবা শেনফম অদু পুথোক্লে। অদুবু মদুনা যান্না ৱানা শীং, কেবোসিন, চেং, হাজাম অমসুং ফিশু ফিজান্বা মীগী শেল পীবা মখৈদি কোন্নে। অদুদি জাগুনা মীনুংশি পোক্লক্তুনা অশিবা নুপী অদুগী মনাতোন্দা নপলিবা লৈতেংগী পোৎ অদু লৌববোইদ্রা?

'ঈশ্বববু থাগৎসি' জাগুনা অশিবা পুবা মীশিং অদুদা ওনশিন্দুনা হায়বম্মি, 'ঈশ্বব খুকমসি, অচুম্বদি মহাক্তনি।'

খোঙচৎ অদু হেক হৌবগা যান্না থুনা মোংফম যৌখি। নুংশিৎ শিৎলকখি, অদুগা নমথীবা মনম অমনা মালংদা শন্দোবকই। জাগুনা অমোৎ অকায লৈবা অপীকপা মফম অমা শেংদোক্তুনা কোম অমা তৌবগা অকংবা শীং মযাম অমা অমগী মথঙদা অমা ঙাকলৌ ওইনদুনা হাপচিল্লে, অদুদগী অশিবা হকচাং অদু চিতা মথক্তা থাঙ্গৎতুনা থমলে।

নুপী অদুগী মমাইদা কুপ্লিবা ফি অদু হাংদোকপা মতমদা নোংদোলথক্কী থাজনা লৈচিল পোমাই হাংদোক্তুনা খঙহৌদনা থোবকখি। থাবলগী মঙালনা যৈবদা নাতোনগী লৈতেং অদু ইবং লংনা উবম্মি।

জাগু তনিক তনিক্লা মযাংলেন্দা হুমাং কাংলম্মি। থাজনা মিকুপ খবগী ওইনা লৈচিল মকমদা মাঙখি অদুগা অমুক থোবক্তুনা থাবলগী মঙাল অমদি মমিনা অশিবা অদুগী তাইফেৎ তাইববা মাইথোঙদা শান্নবম্মি।

জাগুনা সনাগী লৈতেং অদু তম্না মখুৎ তিংথোক্লম্মি অদুগা অমুক লেপখি। নুপী অদুগী মাইথোঙ অদো মৱাক চান্নবা অশংবা থবোগুম্মি। মহাক্কী কুংলবা শমযাম অদু থাজগা লোযননা শান্নমিন্নবিবা লৈচিলগুম্মি। জাগুগী মবুক্তা নুংঙাইতবা চৈনা অমা ফাওবকই।

থাজনা লৈচিল মকমদা চঙখি। জাগুনা থম্মোই নুংহিক্লনা লেপ্তুনা লৈখি। মহাক্কী পূক্লীং অসুক যান্না শোষ্থিবা কবিগীনো? মশক মতৌ ফজববী নহা ওইবিবী নুপী কযামুক মহাক্লা পোৎলোইদুনা মৈ থাদোকপ্পবা নত্তববনে? হৌজিক মহাক্লা কবিগীদমক্তা থবক অসিদা অসুক যান্না হৈনীংদ্রিবা কবিগীনো? মঙোন্দগী হেন্না মশক ফজবী নুপী কযামুক লৈখ্রে। মঙোন্দবু মযামদগী কবি থোইদোক হেন্দোকপা লৈববগেনে?

জাগু মশামক ৱাখলগী লাংদা থুদুনা নুপী অসিগী মবমদা খন্দুনা লৈখি। মহাক্কী নাতোন্দা থোইনা মমল যামদবা অপীকপা সনাগী লৈতেং অদুগা কামখৎলবা মশা

শোল্লবা অঙাংখাউদনা পোকত্রিবা অঙাং অমা যাওবি। থা মবি নত্রগা মঙাগী মতুংদদি মহাক মমা অমা ওইগদৌবিবনি। অসুন্না খাঙুথক্তা পুন্সি লোইশিন্নবা মহাক্না কবি থবক তৌখ্রবগে? মহাক্না লুহোংলবা মতুং নুমিৎ তবামঙানিগী মনুংদা মপুবোইবনা মহাকপু থাদোক্তুনা চৎখিবা হাযবসি মহাক্কী মবাল অমবা? নহা ওইবগী তগৎ তগৎ তেকপা, খিং খিং লাউবা, ফোং ফোং শাবা হকচাং, নুপাগা কোন্নদুনা নুংঙাইনা শান্নবা পাম্বগী থিংঙমদ্রবা নুংশি ঈথৌলাংবা অসিবু মহাক্কী মবাল্লনে? ঈ শাগৎলকপগী ঈথৌলাংবা হকচাংনা অচুম অবান খনবা ঙম্বগী ৱাখল মাঙহনখিবা হাযবসিবু মহাক্কী দোষবা? কবিনা অচুম্বনো কবিনা অবানবনো হাযবসিবু কনানা বিচাব তৌগদৌবিবনো? 'জাগু লাউ।' অশিবা পুবশিংদুনা ইপা পাখৎনা হাযবকলম্মি, 'নঙ তপথবগনু' কোইযেৎ অঙাংবা যেৎপশিং মিকুপ অমদা মফম অসিদা ঐখোযবু ফাবা হেক্ত লাকপা যাই। নাতোন্দা লৈতেংলিবা সনাগী লৈতেং অদু লৌথোকহৌবো অদুগা চিতাদা মৈ চুবো। ঈশ্ববগী সেবাগীদমক মতম অমূক মাঙহল্লনুসি।'

'ঐ মদু পামদ্রে।' মঙ হাগী তাইবঙদগী মঙফাওনবক্তুনা জাগুনা হাযবকই, 'মদু মহাক্না অদুম লোযনজখ্রসনু।'

'নঙনা হাযবিবসিবু শোইদ্রব্রা? অদুদি হুই অমোম অসি মৈ থাদোকখ্রো। মহাক্ন মতম কযা কুইনা চঙহনগদগে হাযবদুদি ঈশ্বরনা খঙগনি।'

'মথক্তা কেবোসিন হৈজিল্লু। মদুনা চাকপদা মতেঙ পাঙগনি।'

'সনা মচেৎ অসি নহাক্না মতৌ কমদৌনা পাল্লকত্রিবনো?' অশিবা পুবশিং অদুনা জাগুদা ৱাহং মনম মনম হংলকই, 'নহাক্কী পূকচেল কমদৌনা হোংলক্লিবনো?' মহাক কবিমতা রা ঙাঙলমদে।

মৈ চাকখৎলক্রে। শীং পেবেক পেবেক লাউবক্রে। অশিবা হকচাং অদু খজিক্তং লেংথোক লেংশিন তৌবক্রে। উনশা অদু মকু মকু কুবক্রে অদুগা মুসুক মুনা কাথেক্রক্রে। জাগুগী মিৎযেং চিতা অদুদা অদুম থমদুনা লৈবি। পূং অমমুক্কী মতুংদা মহাক্কী চৈ অদু পাযবগা মতুম তাশিনবা পোৎশক অদু চক চক থিনগাইবম্মি। থুনা অমুক কোক্কী তুম্বা থুগাইবগী মতম যৌবক্লগনি। মহাক শ্বব শাংনা অমুক্তা হোন্দোক্লম্মি।

মকু অমনা মোংফম অদুদগী থাপ্না লৈবা চুথেক অমদগী খোংলকখি। লংজাশিংনা মখোযগী মশা খপলকই, লমহুই লাবা অমসু হৌনা হৌনা খোংগৎলকই। হকচাং চাকপগী মীহিং মনমনা মালংদা শন্দোবকই। পোৎলোইবা অদু অপন খুবৌ

থাংদনা নান্না চৎথবকই। নোং তাবকই। অশিবা পুবশিং অদো হবাও তযান্না মখোয মশেল ৱাবী শান্নবকই।

'ফবেদা মহাক ওক্তবী অসিগী সনাগী লৈতেং অসি শোক লাকখিদ্রে' কনানো অমনা হাযবকখি। মযাম পূন্নমক অমতা ওইনা অচুম্বনি হাযনা যানবকখি। মদুদা জাগুগী পূক্নীংদা চিং লাউবা অমা ফাওখি।

—'মসিগী সনা অসিনা জাগুদা কবিমতা অফবা ওইবোই।'

'কোযচৎ চৎতুনা নিপা ঙাঙনবা অমদি মশামক্কী গর্ভগী অঙাংবু হাৎপা ঙম্বা নুপী অদুদি অসুম্না শিবদা মতিক চায। মতম পূম্বদা ধর্ম্ম হাযবসি লৈবিবনি। মসি নহাক্না উশিন্নদবা যাবোই।' কনানো অমনা অমূক হাযবকই।

'হৈ তুমিন লৈযু' জাগু তিযাদিনা হাযবক্লম্মি। মহাক্কী খোঞ্জেল অদুদা মেঙনা নৌথবা অমা যাওবক্লম্মি।

'ঐনা হাযবিবসি যাও, তুমিন্না লৈযু।'

# অইবশিং শকতাকপা

**ব্রোকব, গুলাবদাস (১৯০৯-২০০৬)**

সেপ্তেম্বব ২০, ১৯০৯ দা সৌবাষ্ট্রা লমদমগী পোববন্দবদা পোকই। বোমবে ষ্টোক একচেঞ্জদা মতম খবা থবক তৌবম্মি। গুজবাতি সাহিত্যগী মশক নাইবা ৱাবীমচা, উপন্যাস, লমকোয ৱাবী, নাটক ইবতা নত্তনা সমালোচক অমসুনি। মহাক্না ইবা, অনুবাদ তৌবা, সম্পাদক ওইবা লাইবিক হুম্ফুগী মথক্তা ফোঙখ্রে। অতৈ পুন্নমক্তগী ৱাবীমচা ইবা অমা ওইনা মাগী তোপ তোপ্পা মগুন লৈ। মহাক্কী শীংথানববা ৱাবীমচাগী লাইবিকশিংগী মনুংদা **লাতা অমসুং বিজ্জি ৱাতো, উভি ৱাতে** অমসুং **ব্রোকবনি শ্রেষ্ঠা ৱারতাও** নি। খৃ কুম ১৯৯১ দা ভাবত সবকাবনা মহাকপু **পদ্মশ্রী** পীদুনা ঈকাই খুম্নখি। গুজবাতি সাহিত্য পবিষদকী প্রসিদেন্ট (১৯৭৩-৭৪) ওইবম্বা অইবা অসি গুজবাতি সবকাবনসু মহাক্না গুজবাতি সাহিত্যগী লমদা তৌবিবা মমল যাম্লবা খুদোলগীদমক্তা মনা পীদুনা ঈকাইখুম্নখ্রে। মহাক্কী ৱাবী মচা অমসুং নাটক কয়া হিন্দীদতা নত্তনা জবমন, ইংবাজী অমসুং স্পেনিস লোন্দসু হন্দোকখ্রে।

**পবশুবাম বোকা (১৯১৮-)**

নেপালি লোনগী মশক নাইবা ৱাবীমচা ইবা অমনি। খৃ কুম ১৯৩৯ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালযদগী বি এসসি ফার্ষ্ট ক্লাসতা পাশ তৌখি। দার্জ্জলিংগী গভর্নমেন্ত হাইস্কুল অমদা মতম কুইনা ওজা ওইবম্মি। সিক্কিম সবকাবগী এদুকেসন দিপার্টমেন্টতা দিপ্যুতি ডাইবেক্টবসু ওইবম্মি। মহাক্না ইবম্বা মশক নাইবা ৱাবী মচাগী লাইবিক অনীনি - পঞ্চামৃত (১৯৫০) অমসুং **নৌগেদি** (২০০৫) নি। খৃ কুম ১৯৪৯ দা **ভাবতি** চেফোঙদা ফোঙখিবা **মৃতুকৈ মুখেনজলি** অমসুং **মেবো পুবানো স্কুল** থোইদোক্না মমিং চৎখিবা ৱাবী ঙাক্তনি।

**বি, চন্দ্রিকা (১৯৫৪-)**

অইবী অসি তিবুবনন্তপুবম, কেবলাদা পোকই। মপুংফাবা মিংদি চন্দ্রিকা বালন, লাইবিক ইবদা শীজিন্নবা মিংনা চন্দ্রমতী কৌই। মহাক ইংবাজী অমসুং মলযালম লোন অনীমক্তা লাইবিক ই। মহাক ফিক্সন ইবি অমা ওইনা খ্বাইনা শকখঙনবগা লোযননা সমালোচক অমা ওইনসু শকখঙনৈ। ইংবাজীদা লাইবিক মবি অমসুং

মলযালমদা লাইবিক কুনমুক ফোঙখ্রে। মলযালমদা ফোঙখিবশিং অসিগী মনুংদা তবানিথোই অমদি ৱাবীমচাগী লাইবিক্কি অদুগা অমনা উপন্যাস মচানি। ৱাবীমচা ইবি অমা ওইনা লেমজনীংঙাই ওইবা মনা কযা ফংখ্রে। খবদং পল্লবদা - খ্বাইদগী ফজবা চহীগী ৱাবীমচাদা পীবা **ডি পি শিবকুমাব স্মাবক কেলি এবার্দ** ১৯৯৬, ফিক্সন অমসুং অনুবাদতা পীবা **কথা নেসনেল এবার্দ** (১৯৯৭),খ্বাইদগী ফবা ফিক্সনগীদমক্তা **কেবলা সাহিত্য অকাদেমি এবার্দ** (১৯৯৬-১৯৯৮), খ্বাইদগী ফবা সোর্ট ফিক্সনদা পীবা **পখবাজন পুকস্কাব (২০০৭)**, খ্বাইদগী ফবা নুপী অইবীদা পীবা **অবনিবালা পুকস্কাব** (২০০৯) নচিংবা।

## সুবেন্দ্র ঝা 'সুমন' (১৯১০-)

মৈথিলীগী কবি, বচনা ৱাবীমচা অমসুং উপন্যাস ইবা অমনি। জবনেলিষ্ট অমসুনি। **মিথিলা, মিহিব, স্বদেশীন**চিংবা চেফোঙগী সম্পাদকসু ওইবম্মি। খৃ কুম ১৯৭২ দা লেমজনীংঙাই ওইববা **সাহিত্য অকাদেমি মনা** ফংখি।

## মিশ্র, ক্রুসনা প্রসাদ (১৯৩৩-)

ওডিশাগী গঞ্জম জিলাগী মনুং চনবা ববহামপুবদা পোকই। উপন্যাস অহুম, ৱাবীমচাগী লাইবিক নিপান, লমকোয ৱাবীগী লাইবিক অমা, পুন্সি ৱাবীগী লাইবিক্কচিংবা ফোঙখ্রবা ওডিযাগী মশক নাইবা অইব্নি। ইংবাজীদসু ই। খৃ কুম ১৯৭৪ দগী থাগী ওইনা ফোঙবা **মনস** কৌবা চেফোঙ অমগী **সম্পাদক** ওইবকখি। প্রজাতন্ত্র প্রচাব সমিতি কতক্কা মঙোন্দা খ্বাইদগী ফবা ৱাবীমচা ইবা অমা ওইনা **বিসুব এবার্দ** (১৯৭২) পীদুনা ঈকাইখুম্নবি।

## বস্কিন বোন্দ (১৯৩৪-)

হিমাচল প্রদেশকী কশৌলিদা পোকই। ৱাবীমচা, শৈবেং, উপন্যাস অমদি অঙাংগী সাহিত্য ইংবাজীদা ইবা মশক নাইবা অইবা অমনি। মহাক্কী উপন্যাস **দি কম ওন দি কফ** হাযবা অসিদা **John LLewelly Rhy's prize (1971)** অমসুং কমনৱেলথ লৈবাকশিংগী অইবদা পীবা **ব্রিটিশ এবার্দ**সু ফংখ্রে। খৃ কুম ১৯৯২ দা মহাক্কী **Our Trees Still Grow in Dehra** হাযবা ৱাবীমচাগী লাইবিক্তা **সাহিত্য অকাদমি মনা** ফংই। খৃ কুম ১৯৯৯ দা ভাবত সবকাবনা মহাক্কা অঙাংগী সাহিত্যগী লমদা তৌবিবা খুদোলবু ঈকাইখুম্নবা ওইনা **পদ্মশ্রী** পীখি।

**নাবাযণ, আব কে (১৯০৬-২০০১)**

মালেমদা শকখঙনববা উপন্যাস অমদি ৱাবীমচা ইবা ইন্দিযান ইংলিস সাহিত্যগী অইবনি। লাইবিক ইবদা পূক্লীং লুপত্রিঙৈ মমাঙদা মহাক মতম খবা ওজাগী শিনফমদা থবক তৌবম্মি। মহাক্কী অহানবা উপন্যাস **স্বামী এণ্ড ফ্রেন্দস** (১৯৩৫) হাযবদুদা স্কুলগী অঙাং কাঙবু অমগী এডভেঞ্চবগী মবমদা লীখি। মহাক্কী মশক নাইবা উপন্যাসশিংদি **দি ইংলিস টিচব** (১৯৪৫), **দি গাইদ** (১৯৫৮) দি **মেন ইটব ওভ মালগুদি** (১৯৬১), **দি ভেনদব ওভ সুইটস** (১৯৬৭), **এ তাইগব ফোব খালগুদি** (১৯৮৩) অমসুং **দি ৱার্ল্ড ওভ নগবাজ** (১৯৯০)নি। খৃ কুম ১৯৬০ দা মহাক্কী **দি গাইদ** হাযবা উপন্যাস অদুগীদমক্তা সাহিত্য অকাদেমিনা লেমজনীংঙাই ওইববা **সাহিত্য অকাদেমি এৱার্দ** পীদুনা ঈকাইখুম্নখি।

**তুলশিঅনি, লেখবাজ (১৯১৯-)**

সিন্ধী সাহিত্যগী মশকনাইবা ৱাবীমচা ইবা অমনি। মহাক্কী মকওইবা ৱাবীমচাগী লাইবিকশিংগী মনুংদা **অলবিদা, মঞ্জুবী কোলাহন, সোনা** শীংথাবা যাই। লাইবিকশিং অসিদা যাওদবা অতৈ ৱাবীমচা কযা অমসু লৈবি।

**দুগগল, কে এস (১৯১৭-২০১২)**

ভাবতকী মশক নাইববা পঞ্জাবীগী অইবা অমনি। পঞ্জাবীদা নত্তনা উর্দু, হিন্দী অমসুং ইংবাজীদসু ই। ৱাবীমচা, ড্রামা অমসুং উপন্যাস ই। পূন্না ৱাবীমচা চাম্মঙা, অঙ্ক অমগী লীলা যাঙ্খে অমসুং উপন্যাস তবা হেন্না ইদুনা ফোঙখ্রে। মহাক্কী লাইবিকশিং ভাবতকী অমদি মীবৈবাক্কী লোন কযাদা হন্দোকখ্রে। **সাহিত্য অকাদেমি এৱার্দ, খালিব এৱার্দ** অমসুং **ভাবতিযা ভাষা পবিষদ এৱার্দন**চিংবা ফংখ্রে। খৃ কুম ১৯৮৮ দা ভাবত সবকাবনা মহাকপু **পদ্মভুষন** পীদুনা ঈকাইখুম্নখি। খৃ কুম ২০০৭ তা মহাকপু খ্বাইদগী লেমজনীংঙাই ওইববা **সাহিত্য অকাদেমি ফেল্লো** পীদুনা সাহিত্য অকাদেমিনা ঈকাইখুম্নখি।

**হেমআচার্য**

কোনকনি লোনগী মশক নাইবা ৱাবীমচা ইবা অইবনি।

**বাউট বোই, সথচিদানন্দ (১৯১৬-২০০৪)**

খৃ কুম ১৯১৬ তা থুবদা মনাক্তা লৈবা গুরুজং কৌবা মফমদা পোকই। মহাক ওডিযাগী মশক নাইবা কবি, উপন্যাসকাব অমসুং ৱাবীমচা ইবনি। 'সচি বাউট বোই' হাযবগা হেন্না মযাম্না খঙনৈ। বেঙ্গলদা চাউবকই অমসুং মহৈ মশিং তম্লকই। ভাবতকী নীংতম অন্দোলনদসু যাম্না পীকলিঙৈদা যাওবকই। মহাক্কী শৈবেং খবদি ব্রিটিশনা পাল্লিঙৈদা বেন তৌখি। খৃ কুম ১৯৪৩ দা **বাজি বাউত** (Baji Rout) কৌবা অশাংবা শৈবেং অমা ফোঙবদা মমিং চৎখি। শৈবেংগী লাইবিক কুনবোম ফোঙখ্রে। খৃ কুম ১৯৬২ দা ভাবত সবকাবনা মঙোন্দা **পদ্মশ্রী**, খৃ কুম ১৯৬৩ দা মহাক্কী **কবিতা** কৌবা শৈবেংগী লাইবিক্তা **সাহিত্য অকাদেমি মনা**, খৃ কুম ১৯৮৬ তা মহাক্না ওডিযা সাহিত্যদা তৌবিবা খুদোলগীদমক্তা **জ্ঞানপীঠ এৱার্দ** পীখি। ৱাবীমচা ইবা অমা ওইনসু মশক নাইবা অইবা অমনি।



**ডা থোকচোম ইবোহনবী সিংহ** খৃ কুম ১৯৫১গী এপ্রিল ৫ দা শীংজমৈ মথক চোংথাম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। হৌজিক ডি এম কলেজ ওভ আর্টস কী মনিপুবী ডিপার্টমেন্তকী এসোসিয়েত প্রোফেসব অমসুং হেদ ওইনা থবক তৌবি। মতম খবা থৌবাল কলেজদসু মনিপুবীগী ওজা ওইবম্মি। খৃ কুম ১৯৮৩-৮৪ দা নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালগী জেনবেল সেক্রেটবী, ১৯৮৯-৯০ দা **ৱাখল** গী সম্পাদক, ১৯৯৪-১৯৯৭ ফাওবা মনিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী জেনবেল সেক্রেটবী ওইনা থৌদাং লৌখি। সাহিত্য অকাদেমিগী মনিপুবী এডভাইজবী বোর্দকী টার্ম অমগী মেম্বব ওইখ্রে। বোর্দ ওভ সেকেন্দবী, মনিপুব অমসুং কাউন্সিল ওভ হাইয়ব সেকেন্দবী, মনিপুবগী মেম্ববসু ওইখ্রে। হৌজিক মনিপুব ষ্টেট কলা একাদেমিগী জেনবেল কাউন্সিলগী মেম্বব ওইবি। মনিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল অমসুং নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালগী লাইফ মেম্ববনি। ফোঙখ্রবা লাইবিকশিংদি — **অঙনবা মতমগী মনিপুরী সাহিত্যদা ইমেজবী** (১৯৯৭, নৈনবা) অমসুং **বঙ্গবন্ধুগী লৈবাক্তা** (২০০২, লমকোয ৱাবী)। মহাক্কী লমকোয ৱাবীগী লাইবিক অসিদা খৃ কুম ২০০৫ দা **সেরাম মুক্তা সাহিত্য মনা** অমসুং খৃ কুম ২০০৭ তা **মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি এৱার্দ** ফংখ্রে। লৈফম চোংথাম লৈকাই, শীংজমৈ মথক, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

ISBN . 978-81-927033-3-6



**অশাংবা কমিউনিকেসন ইম্ফাল**